# খারেংগী শন্দোন



দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর-17

কোঙবা

দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর

বি, টি, রোড, ইম্ফাল।



খুৎনম

…ানবা—১৯৭৫

মণীং

…ণীং অনী চনী

নম্ফম

মণিপুর গীতা প্রেস, পাংজবৈ, ইম্ফাল।

# অহোঙবগী ৱাহৌ

ৱারেংগী লমদা মণিপুরী সাহিত্য পঙনোপ নোম্না নত্তে। অদুবু অৱাংবা থাকী ক্লাসতা তম্বনবা অমদি নৈনবা মশক নাইবা ৱারেংশিংগী অপুনবা লাইরিক্তি খুৎ থেক্নুনা। থাবা ওয়দগী পঙহেন হেন্নকপা উদে। পেন্থোক্লিঙাই ওইদে।

কোরমনা পাম্দম কয়ামুক লাক্লুনা মায়গৈ অসোমদা অৱাৎপা কোন্সাই থৱদংদা ওইরবস্থ মেনথৎপা ঙমগত্রা হায়দুনা হোৎনরকপনি সম্পাদনগী থবক্তা। মায়পুনখিবা অমদি তেংবাংবিখিবা বিদ্বানশিংগী সেবা কোরমনা কাউজরোই। কোঙঙগে হায়ঙরুবদা হয়াও হয়াও য়াবিরকখিবা লেখকশিং অমদি লেখকী উত্তরাধিকারীশিংগী তৌবিমল কাউকম থোক্তে। লাইরিক অসিবু বি, এ দা তম্বা লাইরিক অমা ওইনা খনবিরকপা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়বু কোরমনা থাগচ্চরি।

লাইরিক অসি নখা হৌবদি কুইরবনি হৌখিবা ১৯৭৩ গী মে-জুন অহুমাইদগীনি। অদুবু লোইরমদাইগী ৱারেং মরিদা তায়রবা মতাংদা চে মরাং কায়না ফংলকখিলবনচিংবা খুদোংচাদবা কয়ামুক্তগী মতম থরা লেপ্লুরে। হৌজিক্তা পুথোকপগী খুদোংচাবা ফংজরি।

ইম্ফাল

তাং ১ | ৮ | ৭৪ ইং

এ, নীনমণি সিংহ

জেনেরেল সেক্রেটরী

# হীরম লামায়

# য়াহৌদোক

খোঙনা চৎপগী মরমদা কনানন্ত খঙ্গুরুদে। মসিবু কনানি হায়না কনানা লৌবগে? মশা মশাগী ফীভমগা চানবা য়েংদুনা চৎপা তম্লবদি মী মী অতৈগী ফজবা কয়া হেনগৎলকনি। অদুবু মসিগী মরমদা কনানা খঙ্গুরুবগে? মীওই মীতৌ ফজবা নোঙ্গ-পেল্লবা মীশক্তুনা কুপথাং থাংদুনা চৎলি, নেমখ্রবা কংখ্রবগুনা মখুত্তা কয়া হাই। অয়েংবনা চীন খুমদুনা নোক্তুবা ঙমদে। থর অমনা শীত্তুনা চৎলি, থরনা খুনৌং কাওদুনা হায়রিবশিংসি মপোকচৈঙী পীথোরকপা নত্তে। শেমদোকপা য়াবা ঙাক্তনি। লৈখিদ্রবা অমেরিকাগী ডাক্তর অমখক্তদি খোঙনা চৎপবু কনানি হায়না লৌখি। ঈশ্বরনা তাঙনা শেম্লম্লবা মীওইবগী ফজবা শরীর অমা হাপকৎনবা মরম্মাইগী থোদাং ওইনা লৌখি মীশক মীশকী ফীভমগী মতুংইন্না চৎনবগী মওং য়াইথেগী মথক্তা পুথোক্লমই।

চাং তম্নবদা খোংদি কয়া চাদে—অয়ুক মুমিদাং ঙাওনবদা শীজিন্নরিবা ঐখোয়না সাহিত্যগী কোন্দা বারেং হায়না খঙনরি-বসিবু কনানা ইবদা, ঙাওবদা কয়া য়াম্না চেকশিন্না লৌনরুবগে? অনৌংবা অমা, অপাম্বা অমা ফোঙদোক্লগা লোইরে। মী মীগী মতুংইন্না ঙাওব, তম্বা হৈবা, হৈতবা হায়বা অমা লৈরবস্তু।

মসিগা ওম্নবদা লৈরি—শৈরেং। মমিংদা পনবদা লৈরাংগুম, লীক্লাইগুম, উচন চানা চনবা লৈত্তেংগুম লৌনৈ। অতোপ্পা মওংদা হায়রগা শৈরেংবু থাজ য়োঞ্জপ্রবা নিঙোলগুম লুনা, চাম্না, চেকশিন্না লৌনৈ।

লাইরিক অসিগী পান্দম রারেংশু সাহিত্যগী মচল ওইনা শৈরেংদগী হেনবনি হায়দ্রবসু ভাবদি নত্তুনা মশাগী তিক-থন লৈজরি হায়বা উৎপনি। থোইদোক্লা শীংনবগী বাদি নত্তে।

ঐখোয়না খঙই, জাতি অয়াম্বগী সাহিত্যগী থোঙহৌদা শৈরেংনা হাম্না ফাওরকখি। মরম অদুমক্লা শেংনা লংবা অমা শৈরেংগা থাগোম্নবগুম তৌরি। অরংবসি মকথখিদনবা, শিথ-খিদনবা ওইরম্বসু য়াই, মসি ইনবগীদমক্তা মখল মথাগী পথাপ, লৈতেং পুথোক্লম্লিবা অমস্তুং পুন্সিগী মচি পুন্নমক মসিদা চেনশিল্লি হায়না শৌনরম্লিবা। লৈশেমদৈগী, ঙম্লিদৈগী, মেঙনা শুক্নাৎপা তাইবংগী মঙাম্না শেম্না তাবা হৌরকপদা মীওইবনা মশাগী রাখলনা পোৎকী মরী, মনুং, সমাজগী য়াওন্ থিবা হৌনরকপদা রারেংগী শক্তম চোংথোক্লকখি। থাঙ্গৈশেংবদি শৈরেং অমস্তুং রারেং অনীগী খেন্নবসি চৌংগা পাৎকা খেন্নবমুক লায়না পুথোকপা ঙম্ব। নত্তে। অইবা অনীগী মিৎয়েং খেন্নবা, পোৎকী গুণ ফাওবা খেন্নবা, মরমশিংসিদগী ফোঙদোক্লবগী তোঙান-তোঙানবা লম্বী থিনখিবতনি। অনীমক্তা মতেং নত্রগা থুৎলায় ওইরিবদি রাহৈ, রাহৈ ঙাক্তনি। রাহৈগী মতেংনা মখোয়গী রাখল, পুক্নীংগী ঈহুন অত্থবা, অপাবগা মফমদা মশক থাম্না লাপ্তোকপা ঙম্নবনি।

অহানবগীসিদা য়াহৈবু তক্ষায়াই, মুক্তায়াইগুম লৌবা উই। অকোনবগীসিনা চৌংগী ঈফূৎকুম। অমনা মপুং হজিনবা কল্পনাগী শাদোং, অতোপ্পনা লৈতারবা রাথলগী

নীংশীংবগী য়াংমদা থম্বা য়াদবা অমনা অইবা অনীমক কলা-কারনি। মশা মশাগী রাখল, আদর্শ, পুক্নীংগী ঈছন ফোংদোকপনা মরু ওইরবস্থু তাবীনবা, পাবীনবশিংবু মীরায়থোকপা য়াদে। অইবশিংগী কলানা করিগুম্বা মওং অমা তৌদুনা মীওইবগী হিংনবগী পাজ্জল পীদবা য়াদে। মচুগ লোয়ননা হিংনবগী সুংঙাইবা কাওব-দনা অনৌবা থৌনা, পুন্সিবু অহাম্বনি হায়না খন্দনবা অনৌবা আশা। Alan Sillitoe না মগী রচনা Both sides of the street তা য়াম্না চঙথোম্না পনবা অমা লৈ : "A writer's mind is, or should be, free · like a watch hand set at twelve o'clock, With the rest of mankind in the middle of the dial and moving towards five-to-eleven. Therefore what he writes will become a slowly permeating influence."

সনা মুঙ্গী ওইরিবা রাথলনা থৌদাং অসি পাঙথোকপা তমস্ত্রবস্থ মসিগী শাদোং রাহৈশিংনা শেম্বা রারেংগী মশক্নদি নাম্থোকপা য়াদে। মসি উবদগী খুষ্টগী চহী চা কয়াগী মমাঙদা এরিষ্টোটলনা ইরম্মি : "Good prose will reveal its quality both in style and its arrangement. The primary virtue of prose is clearness, But clearness is not everything;

style must have distinction. It must be natural, rising and falling with the subject. Your sentences should be grammatical, alive, rythmical, but on no account metrical."

অদুদি ষ্টাইল হায়বসিদি করিনো ?

Buffon গী 'Style is the man' হায়বসি হায়দোকপা লায়বমুক পুথোকপদি য়ানা থোকই। কলাকারস্থ সমাজগী মরক্তা লৈরিবনি। সমাজগী চংনবী অমস্তু ভাঙন-শানবগী য়াৎহিলং-দগী হেক নংম্থোকপা ঙমদে মহৌশানা নাইনোম ওইবা থবায়গী মৈরীদি য়াম্না নেঙন চাকই, অকোয়বদা লৈরিবা সমাজগী মৈশাদগী কাবক শাবা ঙমজরকই। মরম অদুনা লৌশীংগী মনদা অমগুম্বদ মশাগী পোক্লকপ গী অধিকার খঙজয়কই নত্রগা কলা : অনীশুবা শক্তম (পীথোরকপা ৭গুণ) উথোকপা ঙমজরকই। মসি ফংনবগীদমক থ্বাইদগী হেন্না চঙদবা য়াদবদি কলাকারগী মশাদা ফাওরিবা ইনৗংবগী ঈথিল অদু অশেংবা, থরায় তাবা হায়বদি ইংরাজীদা 'সিনছিয়র' হায়বসি ওইবা তাই। মসিগী মতাংদা য়ারেংনা শৈরেংদগী (কবিতা) য়াম্না তমজনিঙাই লৈ। মথক্তস্তু পনগ্রে, মীওইবগী য়েহ্লোঙৈদগী লোয়নরক্লবা মঙাল, ফজবগী মশক অদু শৈরেংদা নম্না ফংবগুম তৌই। চী মায়দা চোইনা তাবা নুংঙৌ, থুংকৈবদনা অপাম্বা মওংদা অশেংপা লৈপক্লুম শেমনীংবা মওংদা শমই লৌশী লাকতা ভাদুনা পাইদুনা লৈরিবা য়াহৈশিং কবিনা মওং চানা থল্লগা অশেংবা

পুক্নীং ঊথিলগী ময়েক শানা পুথোকপা ঙমই। মারেং ইবদা কাওরিবা দি কিল্সি, চার্লিজ লেম্ব, বর্ক কবিতাগী ঊহৌদা ভাংনা মশাগী অশেংবা পুক্নীংগী ঊহৌ পুথোক্লকই।

Style হায়বা বাহৈসিমক্তি কদায়দগী থোক্লকই?

চংনমবা উপমা অমনি। মতম কয়াগী মমাংদা মচিল তুম্বা, ইনবা থূৎলায় অমগুবু খঙনরমং। অদুবা লাটিন্দা 'stiles' হায়বা বাহৈ অসি চাউরাক্লা কনাগুম্ব অমগী মশাগী অনীংবা ফোঙদোক্লববু খঙনরই। হৌজিক্লা ই রাজৌ বাহৈ 'style' হায়বসি নীংথীজনা ফোঙদোক্লবা মওংবু খঙনরক্লে। অদুবু অয়াম্বা মতমদা খঙনরিবদি (১) ইবগী মওং অমা (২) নীংথীনা ইবগী মওং অমা। [ F.L. Lucas : Style ]

হৌজিক ঐখোয়গী মাঙদা থমগদবদি লোনবু, মারেংগী মওংদা, চুম্বগী করিগুম্বা অমা ভংবদা ওইরবসু পুক্নীংগী ঊহুল পোকহনববু ওইরবসু—চঙখোম্বা শীজিন্নবনি। বিজ্ঞান, অর্থনীতিগুম্বা হীরমগীদি অসিগুম্বা থম্নিঙাই চংদবা য়াই। অদুবু অঙ হৈবশিংগী মরক্তা ফাওবা সমকোণ বাহু কাইনা স্বর্গ য়োই হায়না ফাগি ভৌনে। মতাং অসিদা ঐখোয়না অমুক কাউরোইদবদি মীওইবনা মশা মশাগী পুক্নীংগী ঊহুল ফোঙদোক্লবা ঙমদে। পুক্নীংগী ঊহুল য়াওদনা সাহিত্যগী কলা ওইরক্তে, নত্রগা কলা অমত্তসু চোংথোরক্তে। কনগুম্বনা খেৎপা য়াই বা ঙাওবগী শক্তি ফনা য়াম্না লদুনসু দিমোস্থিনিজনা গ্রীস কনবা ঙমখিদে, সিসেরোনা রোমান রিপব্লিক নত্রগা মিলটন্না

ইংলিস কমনৱেল্থ। অদুবু মসিমদি চুমই হায়না লৌনৈ; ভোলটা-য়ার অমসুং বর্কনা ৱাহৈ অমদা হায়রগা ইউরোপকী শক্তি ওইখি। রোসস্সুগী Contract Social না ইউরোপকী ইতিহাসতা লেঙব্রবা, পম্পুণ অমা থনম্লে পেইনগী Common Sense না আমেরিকাগী। মখোয় অসিনা মায়পাকপা কংগ্রিবসি ৱাখলনা ওইবমুক মখোয়গী ঙাঙবা হৈবগী পাঙ্গলদগীনি। ইংরাজী সাহিত্যদা ইংরাজী ৱাই-বলগী প্রভাব অয়াম্বন খঙনরবনি Lucas না মতাং অমদা পয়ি:

"So long as men remain emotional creatures, they will continue to be taken, like rabbits, by the ears."

অদুদি চঙখোম' ফোঙদোকপবু খঙনরিবা 'ষ্টাইল' হায়বসিদি তানবা নত্রগা তম্বা য়াবরা? ৱাহং অসিগী অপায়বা পাউখুম পাক্লা পীবা ঙমদে নত্রগা পীবস্সু য়ারোই খল্লি রোজিক্রুসিয়ান-শিংনা পরশ পাথর পুখোক্লমই অদুগা হৌজিক ভিবত্ত হায়না খঙনরিব' লমসিদা লৈরম্বা মশক লাকপা ঙমদ্রবা ঋষিশিংনা মশক উহন্দন' মফম অমদগী মফম অমা তোয়া চৎপা ঙম্মই হায়। অনীমক সমাজদা কল্লক মীহৌনবনা মাঙনবা তারে হায়দুনা কনামগুদা তাকখোক্লদে অদুবু অইবগী দি অস্সুম্না খুদোং থীনিঙাই লৈতে। হিন্দু নত্রগা খৃষ্টিয়ানশিংগী মরক্তা মদুং হল্লিয়া থিবা মীওইশিংদনা ধর্ম্মগী মচি ওইবা অরুবা মশক খঙবা ঙমই। অস্সুম্না মশক খঙনবা হোৎনবসিদনা অগোনব-সিগী লম্বী তাকই। Walter Raleigh না মাগী লাইরিক Style দা পনবা অমা লৈ; "His style is a man's own; yet

how hard it is to come by | It is a man's bride to be won by labours and agonies that bespeak a heroic lover." মসিবু তাকপীবা তম্বীনবগী অশেংবা পাম্বৈদি নাট্যগী অভিনয় অমসুং রা তাণ্ডবা তম্বীবগুম্বনি। মকম অসিনা রোমান ওরাশিংনা হায়রম্বা রা তাণ্ডবগী কলা তম্বীবগী অচুম্বদু নীং-শীংবা য়াই : "To be a good orator it is first of all necessary to be a good man." ফজবা ষ্টাইল হায়বদি মী অমগী মশাদা লৈরিবা পাঙ্গল পুথোক্লবা পাম্বৈনি মসিনা থবায়গী মশক লানা তাকই। মথক্তা পনগ্রিবা উপমা অসি শাংথনা পুবা য়াদবা অমনা লীল থোক্লিবা অমগা অইবা অমগা চাংদা থেম্ববা লৈ। অহানবগীসিদা অশেংবা কলাগী মশক য়াওরবসু মত্তৌ তম্বগী মচল অমদি অদুম চেম্মতুনা লে, অকোনবগীসিদনা হীরম অদু মশাগী ওইবা অশেংবা উত্তবা য়াদে। "Always be ready to speak your mind," Blake না হায়রমই, "and a base man will avoid you." মরম অদুনা ঐথোয়না শম্নপ্না লৌবা য়াই, ষ্টাইল হায়বসি অমরোমদা রাথলগী ইংগিৎনি।

Buffon গী মোৎ অদু মসিদগী থোক্লকপনি। মীশক নত্রগা লমচৎনা চঙথোম্না ইবগী, তাণ্ডবগী মওং পুথোক্লবদি অতাবা অপাববু থাজহম্ববা পুক্নীং থিংজিনহম্বব করম করম্বা মচাক চঙবগে ? থোইদোকপা রাকোম্ন শূদনা হায়রবদা অয়াম্বনা লৌনরিবসি —অফবা রাথল, অফবা লমচৎ অমসুং তারিবা, শারিবশিংগী মফমদা ফজবা মিৎয়েং। নেপোলিয়ন, থোইদোক্লা

কলাদা লুপ্পা মী নত্তে, অদুবু মাগী মথাদা কনাগুম্বা অমা থমক থম্নমদাইদা হংই, "নুপা অদু করি করি ইজরবগে ? মাগী ষ্টাইল য়েংগে।" চাইনাগী লিন য়ুতাংগী মতুংইন্না লাইয়েকপা অমসুং খুওই কাওবদা মগুন লেপ্লবগী থরাক্তি কলাকার অদু তেক্নিক কজবা শীতিম্লবরা হায়বা নত্তে, মাগী লেমজফম ওইবা থাজং লৈত্রা হায়বসিনি। মতম মতমগী মতুংইন্না ধর্ম্মনীতিগী মিৎয়েংদা থরমথৈদি হোংবা নাই অদুবু অয় স্বা মীনা ভাগুলিবগী নত্রগা অইবশিংগী লেঙদবা গুণ থরদি অদুম লুনা থম্নরে। প্রোঃ লুকাসকী মতুংইন্না রারেংগী মথলদি গোলডাস্মিথকী মতৌগুম্না অপাবশিংদা য়াম্না নোঙবা অমসুং কজবা হৌনলোনচৎ উৎপা, স্টার্নগী কাগি অমসুং হর'ও তথাম্বা উৎপা, মেকোলিগী মতৌগুম্না পাগল অমসুং হৈনীংবা, জোন্সনগী মতৌগুম্না কজবা ভাব অমসুং থম্মোই শেংবা। মথে য়সিনা Bonamy Dobree না থাবদোক্লিবা রারেংগী মথল (১) দিস্ক্রিপ্টিভ (২) ইমোটিভ অমসুং (৩) এক্সপ্লেনেতরি হায়বদুগী মথংদা অদুম লেন্নদুনা লৈরবনি।

পীরিবা খুদমশিংসিনা য়য়াম্না লৌনয়বা রারেংগী চাউয়াকপা কায়াৎকী ভমথৈ উৎপা ওইরবদি, চঙগদৌবা মচল থরসু ঐখোয়না পুখোকপা ঙমগনি মদুগী মমুংদা অহানবদা—ময়েক শেংবা। ময়াম্না খওৈন, সমাজদা লোনগী থোদাংদি খঙহনবা। চুম্বা শাউ তম্বা, লায়া তম্বা ওইরবস্তু নত্রগা অভেদা প্রভাব জাহনবা ওইরবস্তু। শৈরেং নত্রগ রারেং-শৈরেং ওইবা খুংইদা করি-গুম্বা মতমদা চৌ দোন্দা পাহবা লৈচিনগুম নত্রগা অরাপ্পা থোংবা

নোংশুম অরোনবা, অথুপ্পা খরা চেম্না উবা য়াই; অচম্বা য়ারেংদি ময়েক শেংলগদা ফজৈ। হোয়, অইবশিং মান্নদবনা, অরুবা, ময়েক শেংদবা খরদি অচুম ময়াওনগনি। মরু ওইনা দর্শন শাস্ত্র অমসুং বিজ্ঞানগী ওইবা হীরমশিংদা। মসিমদি হায়বা য়াই, অরুবা ময়েক শেংদবা অয়াম্বা কান্নদবা, ফজবা, অমাঙবগী মশক্তি। ময়েক শেংদবা খোরক্লিবসিগী মরমদি অমুক্তদা য়াম্না কোঙদোক্লীংবদগীনি। জুলিয়েৎকী অায়াগী মতৌ-শুম, য়াখলদি য়াম্বা, কোঙদোক্লীংবা মরী মখোঙদা খঙদবা। মসি অয়াম্বা নোনা তমখৎলকপা অইবশিংগী মকমদা থেংনৈ। য়াহৈপরেং অমা হোরুরগা চিংনবা, অকিবা কয়ানা লাকশিল্লকই, অদুদগী বিশেষণ অমগী মথংদা বিশেষণ অমা অদুদগী উপবাক্য অমগী মথংদা উপবাক্য হাপচিল্লকই। মরম অদুনা অনৌব্বক খম্বরগা কান্নদবশিং খন্দোকপ্রগা কান্নবদুনা লৌশিনহোগনি। মতুং তাবদা তোঙান তোঙানবা য়াহৈপরেংদা ঈগনি। ভোলতায়ারগী খুদম্না খাইদগী অরাবনি। পুন্নমকসি হায় হায়দুনস্ত মখল মখেলগী য়াদি পুমকাউ কাউখোকপা য়াদে। মসি থেংপা ওমগ্রবাদ অপাবগী মহাও মাঙলকনি। C.E. Montague না মাগী লাইরিক A Writer's Note on His Trade তা পল্লম্বা অমা নীংশীং-ঙবা ওমদে: "As keenly as a good talker he ( writer ) will feel the value of eclipse, within the bounds of reason, he will know how much more blessed it is for a reader to guess right than to be told; know,

too, that in a picture the high lights depend, for their value, on the low, were it not so, we might find our best light reading in Acts of Parliament, because their whole aim in life is to be clear………"

ময়েক শেংবগা লোয়নবদি অশঙ্বা অমস্তুং মথক্তা পনখিবা মথল মথেল।

মশামক্তি য়াম্না ঙাঙগনবা Polonious না হায়: " Brevity is the soul of wit". হায়গদৌবা রাকম তেম্না হায়বসিস্থ অপাবশিংদা নোঞ্জবা অমস্তুং হৌনলোনচৎ উৎপা মশক অমনি। মসি ঙমদ্রবদি অইবগী হৌনলোনচৎ খঙদবা উৎপদা নত্তনা সমাজগী সমস্যা ওইরিবনি। হৌজিক হৌজিকমক মরুওইবা থোদোক কয়ামরুমদা শাংনা ঙাঙবা, ইবগী অরাবসি অয়াম্বনা থেংনরবনি। অরাবদি থৃত্তা কলম, মাঙদা অঙৌবা চেবাং তাহ্নবা ইগ্রবা অইবা অমনা মশাবু থিংবা ঙমদে। অশঙ্বা নত্রগা তেনবা হায়বসি য়ামদনা ইবা ঙাক নত্তে। মসিনা অফবা অইবা কৈদৌঙৈদস্থ ওইহনবা ঙমদে। হৈ-শিংনা চৎনবা য়ানবা ককশিম্না ইবডুনি। অসিগুম্বা অশঙ্বা, অতেনবসিনা ব্রারেংগী চীং লেম্বা, পাঙ্গল অমস্তুং খোঙতেল উৎপা ঙমগনি। মথক্তা পনখির্বা মথল-মথেল নাইবা হায়বসিনা অমুক শঙ্বা-তেনবদগী হেম্না লূনা খন্নিঙাই ওই। তশেংবমক্তি, মথল-মথেল হায়বসি মিংয়েং, পূক্নীংগী ঈহুল অমস্থং খোম্থোক্তা উৎপা তাই। ক্লিওপেত্রাগী, infinite variety না মহাকী নাতোনগী

অশাঙবদগী ঐখোয়দা পামজনা থোকই। রেছাইন, সেক্সপিয়র; ডাগোর, কাওগ্রিবশিংসি মথল মথেল থনবা কল্লা পুখোক্লম্বদগী নি।

হৌজিক চথরক্লিবা অপাবশিংগী নীংথিবা মরী থম্বগী মতাঙদা অইবগী লৈবাকমচা তাবগী বাকম অমা লৈরি। নোঙবগী থাঙ্গেশেংবা মশক নাইবনি। মসিনা য়েক্লবা কাওবা শাউহন্দনা মায়খোঙ মকশলহন্দনা লৈতানা থমই। অইবা অপাবশিংদা চিরোল তৌনৈ, অহৈ অপা শানা মীঙোন্দা তাকশিল্লি। অদুবু কুইনা চত্তে, হেক্তা মখণ্ডনরকই। কল্যাইল, রস্কিন ইংলণ্ডদা; ঈশ্বরচন্দ্র, রামমোহোন ভারতদা মখোয়গী পণ্ডিত ওইবগী ফিক্লোলশিং হৌজিক্তি শূম চায়ে। অসিগুম্বা ময়ায় অসি সমালোচকশিংগী মফমদসু তোয়না থেংনদবা নত্তে। মরম অদুনা লৈবাকমচা তাবগী চাংয়েংদি নিঙাই নত্রগা য়েংনবা অমা থোরকপদনি। নিঙাইদা থ্বাইদগী শিংবা লম্বেন্দি— মসি নাম্বোকপনি। মায়োক্লবা য়াবদা মায়োক্লগনি, নত্রবদি লমচং নাইদবশিংদুবু ঙাঙহনবনা কগনি। লৈবাকমচা তাবগী চূনজবা লোনচৎ অমনা—কাগি জুগাই হৈবা। মসি য়াওদনা ষ্টাইলগী মরমদা নৈনবদা মপুং কারোই। শাউরংননা ইবগী পান্দমদি, অয়াম্বা মতমদা, অতোপ্পা অইবা নত্রগা অপাবদা চৈনা পীবা, অমরোমদা হায়রগা অইবা মশাগী অশাউবা চেদা শিন্দোকপা অমসুং অপাবশিংবু য়ারিবমথৈ শাউহনবা। Alexander Pope না Sporus অমসুং Sapho বু মহাক্না সুংশিদবা তাথীরা অদুম হায়না অতৈনসু লৌহমাংই। বাহং অমদি ঐখোয়না হৌজিক তাথীনবা,

সুংশিনদবসি তুংগী মীরোল কনানা, খোশাবীগনি ? কাগি য়াওদনা ঙাঙবা, মীনা ভানীংদে। 'ঈকোপ পাৎকী থাংজিং তিংখংনা পন্দুনা হজিনবা য়াদে', হায়রম্বদু কনা ওইরমগবা! খুত্তামচাগী 'য়াঙাঙ অমগা প্রমাণ অমগা মনাও ইবুংঙো।' কয়াদা অর্থ চেন্না সুংঙাই-হনপ্রবা! নত্রগা কমলগী 'লৈরাংগুম্নবা পুন্সিদো অরেম্বদা মাঙলংগনি……।' মতাং চানা হাপ্পা ফাগিনা অতাবা অপাবগী তৃকথরুবা পুক্লীং তেকথৎহল্লি। লংফৈদা চান্নবা মরূপ মপাঙ উনবগুমই। মরুভূমিগী মরুদ্যান হায়বদুনি।

মথক্তা পনখিবা অশেংবা থম্মোইগী ঈথিনগী লেপ্তবা খোঙচৎ উৎনবা অইবগী হস্তদবা পাঙ্গল, হৈনীংবা চেনবা তাই। ইনীংবস্থ, অতৈ ইন্দ্রিগী খোয়াংবা পরমগুম্বনি। অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়না ইন্দ্রিগী শাফু ফাজিন্নবদা হোৎনরি। অদুবু সাহিত্যদদি পাঙ্গল য়াওদনা ফাজিনবদগীদি ফাজিন্দবা পাঙ্গলনা হেন্না কৈ। থাইনগী অচৌবশিংগী ময়ক্তা এরিষ্টোকেনিস নত্রগা এস্কিলসনা অপাবশিংবু শুম্মৎলিবসি মখোয়গী পাঙ্গলননি। থর নৌবা মতমগী হায়রগা স্কোট নত্রগা হ্যগো, দিকন্স নত্রগা ডুমাস, ত্রোম্নোপ নত্রগা বালজা মখোয়গী চোকথবা লৈতবা পাঙ্গলগীদমক শীংখানদবা ঙমদে। ভারত্তা অঙনবা মতমগী কালিদাস; ভবভূতি, বানভত্ত, অনৌবা মতমগী বঙ্কিম, মাইকেলদত্ত, রবী ঠাকুর পনবা য়াই। কলা হায়বসি থর শোল্লপ ভাবা মিৎয়েং পুকচেল চেনবা মীনস্থ পুখোক্তবা, ইদবা নত্তে। তোমাস গ্রেগী মঙলানগী তাইবং নত্রগা পেটরগী মোংফমদা হৌবা থয়োগী শহম চেনবা

শীংথানদবা ওমদে। অদুবু মখোয়শিংসি মকোক থোংবা থাকীনি হায়বা ওমদে। অদুনা লৌশাং শিংলনা ইবা ওয়শিংগী মকমদা লৈরিবা পাঙ্গল, হৈনীংবসি কনাগুম্বনা অয়োনবা মুংশিনবা থম্বা নত্রগা নেশা শীঞ্জিন্নবদগীনি হায়নবসু য়াওই। তৌবগীদি কলাকার অমগী হেক ইনবা পুন্সিদি অরাডবা নত্রগা অকনবা থবক্কী মতম, অদুদগী অঙ্গংবা। খুদম ওইনা রার্ডসরার্থকী ফ্রেঞ্চ রিভোলুসন অমসুং এল্লেট ভেল্লোন থেংনরুবা, অদুদগী য়ুমদা হল্লকপা মতম। মসি হায় হায়দুনসু পৃথিবীগী ফাওগ্রিবা অইবশিং শিনকম অমা পায় পায় ইবা ওাক্কনি। মখোয়দা য়াওরিবা পাঙ্গল, হৈনীংবদুনা চিংদুনা য়ুমদা হল্লক্লগা চুম্নগী পোত্থাবা পাম্বা ইমুং মমুংগী মী ওইদুনা লেনখিদে।

ষ্টাইলগী মডাংদা থানবা য়াদবা অমসুং অইবগী মশাদগী রাখল, মিৎয়েং মশক পায়া ডাক্লিবদি—উপমা, রূপকনি। সায় হর্বর্ত রিদকী মোৎ মতুংইন্নদি, শৈরেংদনা অনৌবা শেম্বগী শক্তি চেল্লি; রায়েং হায়বসিদি চুম্নগী মরৈ নত্রগা করিগুম্বা অমা মমুৎ তানা উৎনবদা শেম্বনি। মরম কদুনা উপমা চঙদে। অদুবু এরিষ্টোটলদি মসিগী মায়োক্কনি: মসিদি অইবগী পীথোরকপা গুণগী মশক্তি। অচুম্বনি। অয়ুক মুমিদাংগী রায়ী রাডাইদা লৈতেং অসি য়াওদনদি অর্থ মপূং ফাদে, ওাঙবগী মরেক মহাও য়াওদে। য়ুমথংনবা হুয়ানগনবচু হায়নৈ 'মাদি মথুৎ শাংই', আশা চাউগনবচু কৌনৈ. 'মালঙদা তেনকায়া', মৌ অনৌবাচু থবক কয়বদি হায়বা, 'মখোঙ য়াংই।'

অদুনা খর য়াংবা থাকী সাহিত্যনি হায়না। থম্নরিবা য়ারেংদা খ্বাইদগী নীংশীংনিঙাই ওইরিবদি উপমা থেৎপগী হৈশিংবা উৎপদনি। মসিগী মরু ওইবা পান্দম্না, ষ্টাইল অদু চঙখোম্না মশক পাম্না চোংথোরকপদা উপমাদনা পাঙ্গল তশেং তশেংবা, অয়াঙবা খোঙচৎ পীবা ঙমই। ফাগি, পাইরকী লৌশংনা, অইবগী মরম্নাইগী ওইবা শক্তম অমসুং কবিতা পুশিল্লকপা ঙমই। কবিতা হায়রগা মফম অসিদা, য়াম্না লৈশি লৈথোন্দুনা কে-মোনা ইবগী য়াফম নত্তে। পুন্সিগী ফজবা, চীং লেম্বা নত্রগা অয়া সুঙাইগী মশক অদু পুশিল্লকপবুনি। শৈরেংদদি য়ারেংগী শরূক ইয়াও য়াওদবনা ফজে—হৌজিকী মতমদা অনৌবা খোঙহৌ অমা লাক্লবসু। য়ারেংদি শৈরেং চেন্নদবা ইঙম ঙমদে। নত্রবদি নোংজাবী থোক্তবা কালেনগী সুমিদাংয়াই তাগনি।

ঐখোয়না হৌজিক ফাওবা নৈনরক্লিবসি এরিষ্টোটলগী সংগ্যা অদুগী চাওরাকপা কায়াৎকী মতুংইন্না চথরক্লি। মহাক্না পল্লম্বা 'ষ্টাইল' হায়বদুগী মরমদা মায়কৈ কয়াদগী য়েংনবা হোৎনখ্রে। মথংদা Arrangement লৈহৌরি। 'মসিদি খুৎহৈবগী উচল শেম্নবগী মওংনি। স্রোনাথান স্বিফটকী 'Proper words in proper place' হায়বসি মথক্তা নৈনখ্রিবদুগা, য়াহৈ পরেং মওং তানা শেম্নগী পরীংগা অনীগী মরক্তা লৈবগুম তৌরি। থোইদোকপা য়াকোয় শূদনা Encyclopaedia Britanica দা Literary style গী মরমদা পল্লম্বদু হেক্তা লৌথোকপদা থোইনা কায়রোই।

থুংলোয়বা লাইরিক ইবা অমনা শীংজিন্নরিবসি :—

সিন্তেক্ক : (ক) অশাংবা অমসুং অতেনবা রাহৈ পরেংশিং (খ) মান্নবা মশক্কী রাহৈ পরেংশিং (গ) ব্যাকরণ।

থোঙ্খোক : (ক) লয় (খ) স্বর ব্যঞ্জনগী ময়েক্কগী থোকপা থোঙ্খোক্কী মশক।

মতাং অসিদা এরিষ্টোটলনা মথক্তা হায়খিবা রারেংদা লয়দি লৈগনি, তান্দি লৈবা য়াদে হায়বদু নীংশীংবা তাই। [ There must be rhythm, but in no case, metrical. ] রাহৈ পরেং তেনবা শাংবগী মতাংদা Pater গী 'Style' রারেংদা পল্লম্বদু লৌবা য়াই : "And prose thus asserting itself as the special and privileged artistic faculty of the present day, will be ...., as varied in its excellence as humanity itself reflecting on the facts of its latest experience — an insturment of many slops, meditative, observant, descriptive, elcquent, analyt'c, plaintive, fervid." ময়ম অদুনা হীরম তাজা অমসুং মথক্তা পনখিবা মথল মথেল হায়বদুগী মতুংইন্না রাহৈ পরেংগী তেনবা-শাংবা নাইদবা য়াদে। অমুকন্থ মথাতানা মানা হায় : "Say what you have to say, what you have a will to say, in the simplest, the most direct and exact manner possible, with no surplusage :— there is the justification of the sentence so fortunately born 'entire, smooth and

round' that it needs no punctuation and also ( that is the point ) of the most elaborate period, if it be right in its elaboration."

মাম্নবা মশকী ৱাহৈপৱেংশিং হন্না শীজিন্নবদি মথল মথেলগী চঙদ্রবা য়াত্রবা মচলনি। তৌবদবু ইংৱাজী ৱাহৈগী 'tautology' হায়্নবদি ক্ৱাম্নদবদা হনবা হায়্নবদুদি থোকহনবা য়াদে। মসিনা শাগৎলক্লবা ৱারেংগী মশক থীহনবা য়াদে। R.L. Stevenson না ৱাহৈ অমম্ং ৱাহৈপৱেং শীজিন্নবসিবু 'আর্কিতেকচর' গী মওং ওইনা লৌরমই। অদুনা মানা হায়্ন.... "every word, phrase, and paragraph must move in a logical progression, and convey a definite conventional import."

ব্যাকরণগী মতাংদদি — চানবা থোংবদা মৈ ঈশিং, অদুদগী থৱা হন্থবদা থুম থাউ চঙদবা য়াদবগুম লোনগী মতাংদসু ব্যাকরণ চঙদবা শুকয়া য়াদে। মসিদা থোইনা মথা শাংথরুবা কাম্নদে। সাহিত্যগী থুংশেম মরুওইনা ৱারেংদা ৱাহৈ শীজিন্নবগী চাউরবা ৱাকম অমা লৈরি। শৈরেংদদি অথম্নবা ৱাহৈ ঙাক্তগী মফম্রি হায়্না লৌবগুম তৌগ্রে। ৱারেংদদি, অরুবস্ু, অরায়্বস্ু থন্দোক্ল-বস্ু, থনগৎলবস্ু পুন্নমকী মফম ফংবগুম তৌরি। মসিনি ঐথোম্না অমুক উশিন্নদনা চৎপা ঙমত্রিবা। সাহিত্যদা লোইনমক ৱাহৈদগী থোক্লকপা ঙাক্তনি, লোইনমকসু মস্নিদা শিন্থিগদবনি। অদুবু ৱাহৈশিং অসিমক্তি তাইবংমীনা শিন্নবদা পঞ্চভুটনা ঈশিং পুংশিন্না জিনশিন্না মুদুম হায়্না লোন্নহনা লৈথোগনি। ফনাগুবা অকাওবা

অমনা হায়খিগুম্নদনা বাহৈ খুদিংমক Caesar গী খোপ ওইখিবা অমসুং মতু' লাকদোবা Caesar গী খোপ অমুক ওইগদৌরিবা লৈপাক মতুমগুম্বনি। পুন্সিবু ভক্না নুংশিনা য়েংলিবা ঈনখৎ-লক্লিবা নহারোল খুদিংমক্লা অনৌবা সুর, ফজবা পুখোক্লবা মসিদি মতম চুপ্পগী লংচুনা লৈবা তাই। অতুনা Falstaff কী মতৌগুম্না "What is honour ? A word. What is in that word ? Honour. What is that honour ? Air. A trim reckoning !" হায়বসু য়াদে, নত্রগা Ben Jonson না সেক্সপিয়রবু হায়খিবা, "Word to him was a fatal Cleopatra"; তাহনবসু চুমদে। C.E. Montague গী লোন্দাদা "If form enables matter to rise to the highest achievable power of itself, matter ( word ) is that in which, alone form can find exercise for its own transfiguring faculty" লৌবা তাই।

মসিগী মতাংদা চোংখোরক্লিবা বাহং অমনা মতম মতমগী শাজিন্নরিবা বাহৈগী মপান্দা মতাংগত্রা ? নত্রগা মতমগী মাওন অমসুং চঙদবা য়াদবগী মতুংইন্না অনৌবা মশকী বাহৈশিং শেমগত্রা ? নত্রগা অমুক হান্নগী অরিবশিং অমুক থীগৎকত্রা ? শন্না হায়বা তারবদি মখল মখাগী বাখল কোঙদোকপা মতমদা মতম মতমগী মরুওইনা সাহিত্যগী লাইরিকশিংগী চেনাশিংদা ফংলিবা বাহৈশিংনা মতিকচাদে। কৈখেন্দা, মীতিনকমদা, নহারোলশিংগী মরক্তা তাঙনখৎলক্লিবা পুন্নমকসি ভশিন্নদবা ওমদে। সমাজদা

অমগা অমগা খণ্ডনবগীদমক্তা লোনগী অহানবা চঙদবা য়াদবদি কোম্না লায়না ফোঙদোকপনি। ওক্তবী মুপীশিংনা লোম্নরিবা লোন্দা, লাইরিক ইবশিং, সমাজ শেংদোক্লবা থবক পায়খৎলিবশিং, আইনগী য়ায়েঙ্গে পাম্নরিবশিং অমস্থং মীওইশিংসিগা ভিন্নরিবা মীশকশিংনা খণ্ডদবা য়ারোই। য়ায়েন মপুগী লোন্দি অয়াম্বনা খণ্ডনৈ। কৈথেন্দগী ফুরিংখাউ চপ্লিবা নহাড়ুগী লোন খণ্ডব্রবদি য়ায়েন চৈরাক পীবদা অকায়বা ওইগনি। অসিগুম্বা সমাজগী মরী কয়াদা, অনৌবা য়াথল ফোঙদোকপদা, নহা অহলগী মরীদা লৈনরিবা অনৌবা মরীনচিংবদা লাক্লিবা য়াওল অসি মশক ভ্রাক্লবা, ফোঙদোক্লবা অনৌবা লোন লৌশিনবদা কাম্নবা লৈতে। মরম অড়ুনা হায়নৈ, 'A language must eat to exist.'

অসি হায়ড়ুনস্থ মী অতৈনা ভাবা মুম্ভাইরোইদোবা, খোয়দারোইদোবা য়াহৈশিং শেম্বদি ফজদে। মরমদি লোন হায়বসি সমাজগী কাম্নবগীদমক্তনি। অড়ুগা কনাগুম্বা অমনা মশাগী অনীংবড়ু ফোঙদোক্লগা লোইরেতা খন্দুনা মশাগীতা হৈনজবা মওংদা ফোঙদোক্লগা করিগীদমক্তা সমাজদগী ভোঙাম্না তাগদগে? য়াহং অসিস্থ থোক্লকই। অমুক অতোপ্পা য়াকম অমনা কনাগুম্বা অইবা অমনা মাগী মতমগী লাইরিক লাইশু কয়া হৈতবা য়াথল থোইনা খনগন্দবা মীওইশিংগীদমক্তা ইগত্রা? অমুকস্থ অরিবা, হৌব্রবা মতমগী লোন শীজিন্নরকপা নত্রগা থোইনা চৎনত্রবা য়াহৈ য়াতা পুথোক্লকপদা অতোপ্পা কাঙলুপ অমবু খণ্ডহন্নীংড়ুনা হোৎনরিবনি হায়বা হেক্তা খণ্ডই। য়াহৈ অমগী মশাদা মতমগী ভূংশিল্লকপা

মচি ওইবা ময়ামদুনা কুইর কুইরগা মহাও হেনগৎলকপা য়ুগুম খাইদগী মমল য়াম্বা ওইখৎলকই। অদুনা পণ্ডিত অমনা হায়: "It is a counsel of perfection—some will say, of vainglorious pedantry, but that shaft flies furthest which is drawn to the head, and he who desires to be understood in the twentyfourth century will not be careless of the meanings that his words inherit from the fourteenth." মণিপুরী সাহিত্যদি মসিগী মতাংদদি খাইদগী য়াংলি। অইবা নহারোল্ল কনামকুনা অরিবা সাহিত্য পাবগী খুদম থেংনবা উত্রি।

য়াহৈগী ময়মদা কয়াম্বক্রুমসি হায়রুরবা তুংদা থোইদোক্লা ময়েক শেংনা ব্যাখ্যা তৌবা ঙম্মোইদৌবা য়াকম অমা লৈহৌরি। য়াহৈ হায়বসি মথক্তা পনখিবা অদুম হায়না মী খুদিংনা শীজিন্নবদা অপনবা অখিংবা লৈবা য়াদে। অমরোমদা মী খরনা য়াহৈ খর নক্লগা য়াহৈ পরেং চবুল খরবু ময়াইগী মশক তারুবনি হায়দুনা কনশিন্দুনা খম্মু য়াদে। য়াহৈশিংসিগী মশক চোং-থোরক্লিবসিদি অইবগী খন্নোই, থবায়গী খোন্থোক পীবা ঙম্বা মতমদনি। "As a quality of style," Pater না হায়, "soul is a fact." তশেংনা হায়রবদা ইনৌ নৌবা য়াহৈ পুথোকপা হায়বসি ওইথোকপা নত্তে। য়াহৈশিংগীস্ত উত্তাংবীগী পুন্সি লৈ। মী অতৈনা শীজিন্নরবা য়াহৈ লৌদবা, য়ায়দবা অইবা অমনা ঙমদে। অতৈদগী লৌবা ইংরাজীদা Quotation

হায়রিবসি, অনৌবা ইরিবা মীচুগী রাখল কয়া য়ায়া ইচঙ খোরবগে, মচিন তুম্বগে হায়বগী মপান অমুক য়ায়া তাংই। মওং চাদনা শীজিন্নরবদি খ্বাইদগী তনবগী খুদম্নি। মতাং চায় চাদে খোইনা থিদনা চীন্দা তোয়না পকপদু হেক্তা হায়দোক্লখি। মীনা শীজিন্নরম্বা রাহৈ খরচুদা মপাম্বা, মমুংগী অর্থগী ফজবদি থিদবগী মওংনি। অদুনা থাঙ্গশেংবা দরকার লৈবদগী নত্রগা থম্মোইগী খোম্বোকা চুশিন্নরুবদগী শীজিন্নবা কোতেসন অদুদি শীজিন্নরিবা মীচুগী মশাগী শক্তমগী মমি শোয়দনা তাগনি। ইবগী খবক্তা কারবার ওইরবদি মীওোন্দগী পুবা কায়বসি—পাপকী খবক্নি। অদু নত্রবদি রাখল কোঙদোক্লবা লম্বীদি আইন্না ( copy right ) থিংবা ঙমদে। খেন্নবা মতমদা মান্নবা রাখল য়ায়া খরৈ। কালিদাস, সেক্সপিয়রনা শীজিন্নরম্বা রাহৈশিংদ্ৰ ঐখোয়না মখোয়দোনা খনবা, কাওবা ঙম্নবদি ঐখোয়গী ওইরে। অদুনা হায়, "The best quotations, the best translations, the best thefts are all equally new and original works." "চুরানববু চুরানবনা ফারবদি কনানা বিচার তৌগনি?" মত্রগা "লায়রবী ইরোম্নি খঙদবনা হায়বনি," অস্তুকী মতিক ঐখোয়গী হৌজিকী পুন্সিগা চুনত্রে, চাওবা, কমল কাউথ ক্তুনা ঐখোয়গী ওইনা শীজিন্নরে।

রাহৈগী অর্থগী মতাংদা, লোন অদুনা কয়া য়ায়া চাওখৎলে অমসুং চাওখক্রি কায়বদা অমুক মপান য়ায়া তাংই। অইবা ওয়রি মান্নবা অর্থগী রাহৈ শীজিন্নবদা ময়াম কাবঙম উরি।

কল্লবা, নীংথিজবা, চঙথোনবা, শুঙ্কৎনিঙাই ওইবা, হেনবা, পানবা, লমঙানবা—অর্থ মাল্লবা মওংদা শীজিন্নরি। অহৈবনা শীজিন্নববদি মতম অমত্তদা লৈথন কয়া চশুংননা শাৎচিনবগুম উই। অদুবু ঐথোয়না নীংশীংগদববদি. অচুম্বা মশক ভাকপদা অমুক হায়দোকখিবদা লোইরে। মসিগা মান্নবা লৈতে। অতোপ্পা য়াহৈ অমা হোংদুনা অর্থ অদু ফোঙদোকপা ঙম্লোই।

অয়োইবদা য়ারেংগী মচল অমদি, কয়াদি লুনা থন্নদবা, লম নক্রগা ছন্দনি। মসি নৈনবদা লুনা থোকই নক্রগা খুদোং-থীনিঙাই কয়াস্থ লৈ। লুই, মরমদি য়াম্না কুপই অমসুং পাক মশক লাকপা ঙমদে। খুদোংথীনিঙাই ওই, মরমদি সাহিত্যদা থোৎ-নোবা শরুকশিং, সমালোচনাগী অকনবা চৈথানা মাঙহনবা য়াই। মরম অদুনা প্রো: লুকাসনা হায় : "There are some things in its enjoyment that need sharp wits and concentrated attention but there are also others that are, I think, best left to the less conscious parts of the mind." অদুবু অপাননা থন্নবদা পুশিনগদবদি ইরিবা থুদিংমক ভাঙথোকপদা য়াহল্লোইদবনি। শন্না হায়রবদা ফ্লোবিয়র (Flaubert) না হায়রমই : 'a good style must meet the needs of the respiration.' মরম অদুনা অইবা অমনা মানা ইজরিবদু য়াম্না চেকশিন্না লাউনা নক্রগা মথমতা ভূমিন্না পাদুনা য়েংবা ভাই। অইবা অমনা অপাবশিংগী পুক্লীং—কল্লবা, অরুবা য়াথলনা লাকশিনবমুক থোম্থোরুসু লাকশিনবা ভাই। মতাং অসিদনি

ছন্দগী মরু ওইবা লাক্লিবসি। পূর্ণাংগী ঈহুলনা ছন্দ পোকহল্লি। ছন্দনা পূর্ণাংগী ঈহুল পোকহল্লি। অদুবু ছন্দগী শরুক্না হেনমল্লবস্থ অপাববু শুক্নাংলি। মসিদি মাত্রাগী মথৌনি। ৱারেংদি, শৈরেং নত্রগা হৌভিক্কী মনীং তম্বা শৈরেং ( free verse ) ফাওবা নত্তবনা তালগী য়ুম্ফমদা শেম্বা ছন্দনা অপাবশিংবু থরায় তাহনবদি নত্রদুনা চুম্নগী শাইহাক্কী মুত্তাইবদা নত্রগা খোয়শাউনবা পোকহনগনি। মাত্রা য়াওবা ৱারেংদি খুৎশেম য়াম্না যাল্লি। অদুনা এরিষ্টোটল অমুক নৌংশীংলবদা—"The form of style must be neither metrical nor yet without rhythm. For if it is metrical, it becomes unconvincing, because it seems artifice··· On the other hand, the unrhythmical is formless,"

'ৱারেংগী শক্লোন' অসিদা খল্লিবা অইবশিংগী খুৎইশিং মথক্তা নৈনখ্রিবা ৱারেংগী ষ্টাইলগী মগুনশিংদুগা য়াম্না চাশিন্ননা থোকই নত্রগা লোইনমক অৱাংবা থাকৌনি হায়বদি হায়মনবা থোকনি। অদুবু অহিংবা অমম্নং চহী লাশীং অমগী মথক্তা পুন্সিরক্লবা, চাওখৎলক্লিবা সাহিত্যগী শাদোং ওইরিবা লোন অমগী চহী ৱাখৈরোমগী থোঙচং অথদি উংনবা লাক্লি। অতৈ জাতিগী সাহিত্যগী ইতিহাসক্তা থেম্নবা অমনা, মণিপুরী সাহিত্যগী য়েলহৌতৈদা ৱারেংগী মশক য়াম্না ওম্না কাওরকখি। মরম অদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারেংগী কুইরবা ঈচেল অমা লৈরি। মরক্তা ধর্মগী ঈখিলম্লী; অরেপ্পা থর য়াওরক্নত্রবদি

তশেংনমক য়াম্না চঙখোল্লবা,. উইরবা, লৈবাকমচা তারবা শকফম চেনবা অমা ওইরম্লগদোবনি। অদুবু শতাব্দি তঙামাপল লোইরম-দাইগী 'খাজিঙম্বা', 'জিলা চঙবা' অমসুং কুনশুব' শতাব্দি চঙ-লমদাইগী হাওদৈজাম্বা চৈতন্যগী খম্ব থোইবীগী রারী'না রায়েংগী পীল্লবস্তু পীক্লা ঈচেলগী মরী অমদি পীরি। মসিগী মতুং হেক তাবদা বাঙ্গলা, ইংরাজী লোনগী সাহিত্যাগী শমিন ফংলবা মতমদা ইহান চাম্না থোরকখিবনা—খ্বাইরাকপম চাওবা। মহাক্কী মতমদি মণিপুরী সাহিত্যগী য়াম্না লুবা তাংকম্নি। মদু খঙনা মঃাক অমসুং মাগী মতমগী মীওইশিংনা ইখি। শিনকম্না ওঝা ওইবতা নত্তনা শেমগৎ, শাগৎপা, পাউতাক পীনীবগী অপাম্বা অমা মাগী মশাদা কম্না চৈম্লে। মদু মাগী রচনাশিংদা ময়েক শেংনা মমি তাই। অমসুং মসিগী মতাংদা হৌজিক ফাওবদা তুংদা লাকপা অইবা অমনা রচনা ইবদা চাওবদগী হেম্না চেকশিনবা অমসুং খুৎলোয়বা উৎপা ঙমদ্রি। মাগী 'মুংশিবগী জয়' তাংকক্ক অসি রোমান্টিক ওইবগী মশক চেম্লবস্থু চাওবগী হৌনশাদি অদুম মউই: "পৃথ্বী অপুম্বা পাতালদা নমথসনু, প্রেমদি মাঙগনি নীংদে। পুম্নমক অরেম্বনি— প্রেম্না জয় ওই হায়বসি মহৌশানি."

ষ্টাইলগী মায়কৈদগী য়েংলুরবদি অঙাংহলনা চাওবদগী ঙনথৎনা লৈ হায়বা য়াই। থুৎশেম, মপানগী ঈথিল চঙখিদরা অঙাংহলনি। অদুনা লৈরাং থম্বালগী অহান অকোন নাইরা শক্লোন উরুই। "থম্বালনা, অয়ো মমুং-চন তোরাং ফক্তা ওন্দুনা খোইমু মশুংলাংগী মাঙবা তারক্লবদা খমুং কিকোই কৌওনবীনা

খোইমু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নহনা থম্বালগী থবান্নবু কৌথোক-দৌরি," অঙাংহলভনা ইরম্মি। "কবিগী কাব্য রসজ্ঞ থরদগী নত্তনা সত্যগী পূজারী, জ্ঞানগী সাধক, বিজ্ঞানগী সেবক পুন্নমকীনি। অদুনা কবিবু (কালিদাসপু) "সরস্বতীগী বরপুত্র" হায়না জগৎনা মিংথোম্নরিবসিনি।" ইতিহাসকী তাংকক অমা উৎপা খুৎইনি। অইবনা শ্রীমীনকেতন। বাঙ্গলা, সংস্কৃত সাহিত্যগী ঈথিলনা থম-থেংনা হাইজিল্লবগী খুদমনি। মশাগী ফজবা মশক্তি 'ভাগ্যোরপরেং', 'অঙাংগী রামায়ন্দা' কংলবস্নু। হৌজিক্কী মতমদা মীরোল অনৌগী লাংদাই ওইরিবনা শ্রীমনিস্না শাস্ত্রী। মহাকী 'ফজবা — অসিগুম্বা রিফ্লেক্সিভ ওইবা রচনা অসি মণিপুরী সাহিত্যদা থর তাঙই। অদুম হায়না পদ্মকুমারগী 'কলাকার অমসুং সমালোচক'। মণিপুরী মরক্তা ফাগি হবস্নু তাঙই। শ্রীদীনমণিগী তৌশিন্নবা য়াওদনা তৌবা ফাগি অনৌবা মহাওনি। পুন্সিগী ওন্নথৈনবা অমা মাগী, 'ঐগী রেডিও'দা উৎলি। মদু চাননবা মাগী তোঙানবা খুৎই অমা লৈজৈ। "ভাইহাক চথোকলুই হজিল্লকুনা মারথুমকি অদু শৎ হাইগত্তুনা য়েংই, ফজৈ।" মী খুদিংমক, মকম, মতাং মতুংইন্না অঙাং ওই। অদুবু কুইদে। "ঐবু লাঞ্জরক্কবনিদা! অমুক্তদি ময়েক শেংনা শকউদা. য়ারোই' হায়বা লৈরবস্নু মথোয় অদুম অসি চৎপ্রগা পুন্সিগী ওইনা য়ারোই হায়রবস্নু করে।" অনৌবা মথেল ওইনা ত্রাভলোগকী মচল অনী হাপ্লি। মণিপুরীদি লমস্নু চৎনদে, চৎলুরবস্নু ইনদে। বিনোদিনী, সুপীদা সুপী ওইবগী মশাগী খুৎই অমা লৈজৈ। মদুগা

লোয়ননা দার্জিলিং ফ'ওবা চৎপদা থেংনরকপা মীওই অমসুং মফমশিং'গী ড্রামা অমা পারি। নোংথাংমানবী য়ুম্বুরেম্বী, কোটো ডানবা টিবেটান যাত্রীক, Vicks Vaporub অমসুং Lakme´ গী কেনভেশরশিং অইবগী থূৎইদা মথায় পান্না চোংথোরকই। মসিদা অমুক মহান পীরিবদি: 'ভাঙ্রানবা নোংপোক ঈপাক্তা সনাগী মশেক উরক্লে—অহানবদা সনাগী নৈই অমত্তং অদুদগী অসুম অসুম মপুং ফারকই ... .... .... সনাগী লৌরী চেন্নকই; সনাগী ঈপোম হৌরকই। ভাইহাকী মপুংদা সনরূপ্পা কাঞ্চনজঙ্ঘনা নিক 'নক লাউরক্লে।' শ্রীমাংথোই থাইমৈগী 'নাউশুম অমত্তদগী' নৌনা ইখৎলহ্রিবা মীওই থূদিংমক্তা পাকম থোকই। অশেংবা থগৎমোইগী থোস্থোক্লি। শ্রীনীলকান্ত, শ্রী রাঃ কুঃ সনাহল অমসুং ইশামকী রচনাশিং মপুংগী মচাক য়েংবদগী থওইনা খনখিবনি।

ইম্ফাল

১৫ মে, ১৯৭৪

—সম্পাদক

# খ্বাইরাকপম চাউবা

## নুংশিবগী জয়

[ লবঙ্গলতা'দগী লৌথোকপা ]

অহী গী তা'পৌ থেঙজিল্লক্লে। শরৎকী শেংলবা অতিয়াদা থাবন্না ঈপোম হেৌরি। মায়কৈ তরামক মীচিক মীখোল তাখিদ্রে, পুমচীক চীকদ্রে। মরক মরক্তা মকুতনা থাবু য়েংদুনা চৈরি— অমম্ব অচীকপদ ঈ'না পানবা থুগা'ন্ত হায়বগীদমক্তা নিন্দা তৌরি' হাপৌশিংনা তত্তং-তপম লৈতনা খোংদুনা তাইবংমীগী নাউশুম ঈশৈ শক্লি। শরৎ ঋতুগী মহী চেল্লবা থাবন্না তাইবংপানবা অপূম্বা থুম্মাংপা উদুনা প্রেম করবা হূইনা কপ্লক্লি। নুংথিন্দা য়াশিগী, অহী দা শকতাবী ময়াংশেকপীনা পুংতোন মশাদা য়ান্দুনা লৌ'হবীনি হায়বা উৎলি। ওন্ন' য়'চঙখিবা ক্বাক অহল খরনা থাবলগী মায়ানা শুম্মাংখিদুনা ইম্বুং ঙাল্লে খন্দুনা তাইবং মী খরগী তুম্বা থুগাইরি' লোম্নাইদবী নেক্লা অমনা তুম্বা চাবা লৈতনা থুল-থুল থুদিং পাইদুনা মাগী পা'খো' চল্লি। কনানা ফোঙই—য়োগোক তেক্ষোক। কনানা হায় - কালেন তেম্পাক। কনানা খল্লি—তোন্দোন পাবুং। কনানা নীংই তোকপম শা'ন্দ্রৌ। কনা-না লৌই বউ কথা কও। ওম্মোকপনি! 'মনোবঞ্চা পুরাম্বিণী' হায়বা উচেক অদুনি, নী বদা য়াদবা লৈতে · তেখাও বামোন,

পাম্খোক চম্ফু:ৎ, পথের কাক অসিনচিংবা। ঙসি অহৌং অসিমক থাবৈল্লে, বুন্দালৈ থরো অসিনচিংবা অহৌংগী লৈরাং পূম্নমক শাৎকায়দুনা শরৎকী অহৌংগী নী থিবা মপূং ফাংল্লে। অসিগুম্বা মুংঙাইরবা অসিদা ফমুংদ মতম থরা ওন্দুন লৈরগা লবঙ্গনা মপাল থোকলক্লে। য়াত্রাবদা মুংঙাইরবা মতমনি; পুক্রীংদা অরাবা রাখল লৈবনা মুংঙাইরবা অহৌং অসি তুমদনা লেনবা তারি। রাখল্লা খুদুম চনখিদুনা থোৎলবা ফমুং অদু তিংখংগুম্বা নীং ল— তুম্বনা য়াদ্রবদি রাখল, আশা অমত্তং ওইদবা পোক্‌লিনা পারে পরেং ল'ক্লুনা মী অমবু ঙাওহনবসি মহৌশানি। লবঙ্গস্ত ঙসি তুম্বা য়াদদ্রুনা ফমুংদা ওন্দুনা লৈরম্মি—মরমদি অরাবা রাখল। হৌপলগা তুম্বা য়াদ্রবা অদুদদি অঙাং ওইরিবৈগী শান্নবদগী লৌদুনা পাখঙ ওইবগী আশা ফাওবা পুন্সগী থোদোক পুম্নমক মথং মথং নীংশিংলক্লে তূম্বা য়াদ্রদুনা হৌগৎলে. থোঙ হা দোক্লুনা মপান থোরক্লে।

তোর্ব্বান্দনি। পাউনম হিদেনগী মনাক অশংবা তিংথৌনা কুপ্লবা চাংজৌ মথক্কনি। অশংবা তিংখোগী মথ্তা শরৎকী লুরবা লীক্লানা তাবদা রেশমগী মথক্কা মণিমুক্তা হৎপগুম উরে। থাবলগী লংলবা মশেক্লা য়ৈবদা লীক্লা মরীক পুম্নমক অদু ঈথক থক্লি। ঙসি লবঙ্গগী পুক্রীংস্তু অদু মঙায়রে। পুক্রীংদা অরুবা রাখল চামনা মথং মথং থোক্লগা থুনা থুনা মাঙক্লি। সমুদ্রদা কোঙ্গোল চামা চামা কারগা মালংবনা হুম্বদা থুনা থুনা চীকমাঙ নবগুম্বা নভ্রগা লাইজ ঈপাক্তা অমগী মতুংদা অমা মথং মথং

ঈশক হোৱগা থুনা থুনা কায়খিবগুম্না লবঙ্গী পুক্নীংগী ঈপাক্তস্ত ৱ খলগী কোঙ্গোন নম্ভ্রগা ঈথক চামা চামা হোৱক্লগা থুনা মাঙখিরম্মি। অস্তম তৌনা লবঙ্গনা তোর্ব্বান চাংজৌ মথক অদুদা ভৱা কুপ্লক্তুং ঙাহৌ-ঙাহৌ অদুম চৎলগা মতোমতা হায়জরকই।

"অমুকস্ত মৈদা চাংয়েংবা! মহারাজনা ঐচোন্দা করি হায়রি— নিংথৌনা ঐচোন্দা ওইথোক্তনা চ'নবীবা নত্তনা করি দোষ পীনিং-ঙাই লৈ? মনাউ ইবুংঙো খ্ৱইরাকপদি? নত্তে, করিস্ত লান্দে, ঐবু লুনা তৌবীরি চমা য়োকপীরি ঐগী লৈজবা গুণগী মতিক চ.বা ব্যবহার তৌবীরি। মনাই মধু অসিদি ঐনা হেন্না লৈবাক্তী থবক পুরক্লবা মীনি; মনাই অচানববু অমগী মমাঙদা থাগৎপা অসিদি মহৌশানি। তৌইগুম্বস্তুং লতাসনা—কুঞ্জলতাবু মহাক্তী থম্মোইগী থুপ্লবা কাচিন্দা লোৎলিবা রাখল অত্তুদি খঙদনা— তৌইগুম্বস্তুং মত্তুস্ত কনানা খঙগবা? অদুগা ঐবু ইপাশক্লা য়োক্লবা নিংথৌগী মনাউ ইবুংঙো অতোম্বা য়াইস্কুল লাকপদি—? খল্লুদুনা কয়দে। ঐগী মরমগীদমক্তা মচিন-মনাউ ওইবগী দুংশিনবা, নিংথৌগী মনাউ ওইবগী মুংশিনবা, নিংথৌগী মনাউ ওইবগী মুংঙাইবা পুম্নমক মাঙগদৌরি। নিংথৌগী মীচংদা য়াওরবদি ঐগী ইশাগী ওইজবা হেনব্রা? করিগী? চুম্মি ঐগী হৌজিক লৈরিবা ফীভম অসি কায়দবা য়াই, তৌইগুম্বস্তুং মত্ত মীওইবগী লীচৎ নত্তে। খোংবান্দা তারবা শনবু চিংখৎপীরগা মাবু চিংখৎপীরিবা মী অদুবু রাইবা. নব্রা? কান্নদে। পুম্নমক অরায়বনি। 'প্রেম, মুংশিবা'! মসি ঈশ্বরনা মীওইবদা তোঙাম্ন পীরক্লবা পুকচেম্নি;

মী পুন্নমক্কীমক মসি লৈবা ভাগুনিদি হায়রগা মশা মশাগী নত্তনা অতৈগী ওইবা মমন্দি কনানস্থ খন্দে, খল্লুরবস্থ খঙদে। মুংশিবা হায়বা অসি ৱাহৈনা হায়থোক্কবা স্বর্গগী অওইবা লল অমনি। মসি লৈবতনা পৃথিবী অসি মুঙাইবগী মকম ওইরিবনি। নত্রবদি মসি নরক্কী মশক ওইরবা লৈকংলা ওইরমগদবনি। মসি ঈশ্বরনা শেম্বা পোৎ পুন্নমক্তা লৈরবা অমৃতগী মশক্লি। ওলাঙথাগী মুংশিৎনা য়েবদা পুরীং হকচাং অপুম্বা ঈংনরি, করিননো ? মদুদা মুংশিবগী অমৃত য়াওরি। বসন্ত ঋতুনা লাকপদা মালেম অপুম্বা অসি অনৌবা হৈরাং-লৈরাংনা কুপ্লে, নামিবা মলয়া মুংশিৎনা হৈরাং লৈরাংগী অনৌবা মুংশিরবা মনম হুমদুনা তপ্না তপ্না শীনবা থুংনা শীৎলি। মদু উবদা, মদুনা য়েবদা অমদি ঋতুরাজগী থৌগল ইল্লকপা অয়াম্বা পোম্বী চেক্লাগী কোলোই মুংশিবা তাবদা মীওইবা অপুম্বগী পুক্লীং মদুদগী হেন্দোক্কনা কংলবা শম্মোই য়েৌনা প্রেমগী ঈংলবা লাইজ ঈরানা চোৎলি! করিনা? বসন্ত হায়বা অসি মুংশিবগী ঈফুৎনি। অমতংগা খনখে ; শরৎথা। অহীংগী ভাংলোনা থেঙজিল্লক্রবদা ভাইবংপানবা অপুম্বা অচীকপগী নীংথিজরবা শকফম অমা ওইখ্রে ; ভাইবং মী অপুম্বা লোইনা তূমখুন হুনখ্রে. মীচিক-নাচিকখোল তাখিদ্রে, মরক মরক্তা অহীংগী উচেক খরতনা পোম্বা পোম্বা খোংলি। ম লেম লৈমায়থক অসি পৃথ্বী শীনবা থুংনা মহী চেল্লবা থাবমা চোৎলে, মুঙাইবা হৈত্রবা মকুগুম্বা ঐহাক, নহাক, মহাক, খরদং নত্তনা ভাইবংমী পুন্নমক্কী পুক্লীংদা ৱাহৈনা ভাঙথোকফম খঙদবা মুঙাইবা অমা ফাওবা ভাক্লনি ;

করিনা? —শরৎ হায়রনা ঋতু অসি সুংশিবগী শাইওন্নি। মী পুন্নমক্কী থান্নবা য়াই, তৌইগুম্নবসুং নিংথৌগী মচান্থুপী, কুঞ্জলতা-সনা হায়বী অসি ঐগী থম্মোইগী কুঞ্জগী অশেংবা লতানি; নত্রগা মচুদা লাৎলবা সুংশি মূর্ত্তি ওইরবী লাইরেম্বীনি। নহান পাউ চংৈউদগী ঙসি হায়বা সুমিৎ অসি ফাওবা ঐগী থম্মোই অসিদা লেঙদনা লৈরিবনি অদুনা লান লোইরে, মনাউ ইবুংঙোগী লৈকোন্দা নৌংনবা পুন্নমক খঙনরে। প্রেমগী থৌরানা অমুক হেন্না চেৎনা পুল্লে। মসি ঐগী দোষ নত্তে, হৌজিকষক স্বর্গদা কাথংলু, পাতালদা চোংথৌ—সুংশিবগী তত্তনা শাংদোক্লবা য়োহ্লি' অমনা চিংশিনগদৌরি, চিংথোক্লিবমথৈ চিংশিনবা হেন-গদৌরি। ঐনা মতু থবৎপা ঙমগন্রা? ওইংথাক্রানি। পৃথী অপুম্বা পাতালদা নমথমতু, প্রোথদি মাঙগনি নীদে। পুন্নমক অরেম্বনি—প্রেমনা জয় ওইবা অসি মহৌশানি"।

# হিজম অভাংহল

## থম্বাল

[ মরিশুবা মতাং ]

অচৌবা পৃথিবী অসিবু মপান নাইদ্রবা লুরবা, পাক-চাউরবা সমুদ্র অমনা কুপ্তুনা থম্মি। অসিগুম্না সংসার সমুদ্র অসিগী করম্বা মফমদা কয়া লুবগে হায়না অসি, কল্পনাগী থৌরী লিতোন্দা অনু-ভূতিগী নুংতুম পুল্লগা থাদতুনা, পৃথিবীনা হৌরকপদগী ঙসি ফাওবা ওন্নরকই। মফম অসিদা অসুক লুই হায়বা অসি ঙসি ফাওবা ওইবা লোইদ্রি, অসিনা মথৌ ওইদুনা ( অয়াম্বা মীরোন কয়ানি ) লৈনরকই। ঈরোন-মুং অসিদা হী-য়াই কয়া লৈ—হায়নবা মখৈদি হায়নরকই।

ঈপাক অসিগী ইশিংনা পাইখৎখিদুনা নোং ওইনা অমুক তারে। তীন-কাং নাপীদগী জীব পুম্বনা অমৃত অসিবু থক্কুনা ময়োন চোংনরি, হিংনরি। পৃথিবী অসিবু ফারি। নত্রবদি উফুল ওইনা পাইথ্রগদবনি। তু-খোং তুরেনগী ঈশিং পীকই হায়দুনা তোঙানবা নত্তে, ইপাক অসিদগী ঙাক্কনি। অরাববু মুঙাইহনবা মুঙাইববু কাউহনবা সুম্বা মাগী গুণনি সুম্বা অমৃত অসিদা লুপ্তুদা থম্বাল অসি মাঙগদৌরে।

মানা অমগী কান্নবা লৈরক্কবা অদুনা অতে'প্পা অমগী মাঙনবা ওইরকপা হায়না অসি হৌনবনি। অশি-হৈবোং কৌবা উনা, উনি হায়বগী কান্নবা লৈতবা, মশাগী কান্নবদা নীংবা মীগুম্বা উখোংনচি'বা ওইদুনা খ্বাইদোনা তৌরবনা খ্বাইগী অমাঙব ওইরে। অীববু লৌরমদায়দা থম্নুং কিকোই লৌওনবিগী খুৎলাই ওইনৈ। অশি-হৈবোংদা নত্তে—মাগী কান্নবা য়েংবা মীগী য়েংদবা খোইমু অসিগী অদু মঙায়রে। থম্বান্না, অয়ো মনুং-চন তৌরাং ফক্তা ওন্দুনা খোইমু মশুংলাংগী মাঙবা তারক্লবদা থম্নুং কিকোই লৌওনবীনা খোইমু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নদুনা থম্বালগী থরাম্নবু কৌথোকদৌরি। হায়রিবা অসিনি—মশাগী ওইজবদা ময়েংলবা মানা মীগী মাঙনবা ওইরবা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি।

সমাজ অমবু খুদুম চনগে হায়না হোৎনরকপদা সমাজ অদুগী মনুংদগী পিরেল-হৈগুম্বা অমবু থিরগা মানা খুৎলাই ওইদুনা সমাজ অদুমকপু লাকশিনবা ঙমই। লৈরাং লৈকোম্নুং অদুবু মাঙহনগে তৌরকইবা লাই অদুনা খোইমুবু—খোইমু মশুংলাংগী লৈরাংমখৈ কং-খোং চাইনরকএ। চোইরক্লবা তোল্ল-তারবা মতমদা মীগী মীচং লৈরক্তে—থম্বালগী মীচং লৈরক্তরে। মাবু উরগা মরূপ-মপাংনা লৈথোক্লরে। সুংশিরক্তরে শক্ল-চুন মাঙথরকপগা চান্নরম্বা সুমিৎনা থম্বাল মাগী পূঞ্জী লাইজ অদুবু কংহনবা হৌরক্লে। অয়াকপা উলেম্না য়ৈবীররে। সুমিৎকী মৈশানা চাকথেরক্লে। মপাঙ পুরম্বা সুংশিৎনা মৈশা পুদুনা শিৎলরে। উখোং-রাখোংদা লেনবা অঙাওবীগুম্বা মাগী লৈফম লৈরক্তরে।

"থম্বাল হায়বী অসি পাৎ-থি কোম-খি লৈকু-লৈরাই মচানি, করি লৈতবনি" হায়বীরক্নে। উন্না য়্যৈদুনা মনা কংলে, ঈশিং কংখরে মুংশাগী মৈদা খাচবা ওমদল্লুনা লৈখোমদা চওদুনা খোইমুবু লাইশোন ওইদুনা খাঙওকই। য়েক্লবনা লৈখোমমুংদগী থম্বৌ ওইনা থম্বালবু ফারে। মতেক মতেক থুদেকপীরে। অসি ফাওবদা থম্বাল মবুক মুয়মদে—ঙৌরোক ঙৌরমই মবুক অহু ইহো হোরমই। মতেক মতেক তারবা ফাওবা মপুরোইববু নীংজবগী শীঙেল মাগী লংজানা মশা অদো অমগা অমগা তৎন-থানা লৈনদে।"

অতৈ কংকাল লৈরাংশিংবুদি মুঙাই-য়াইফ মচা ওইনা য়োকই। ইংথম উল্লেন কনবী, মখোঙ শোমই, পুং মতম কয়াদনা মালি থমদুনা লাইজ খীক্লেন পীনবী। তীন-কাঙ মহীক-মতাং তোংগনি তোংকদে হায়দুনা ঙাকউ। থম্বাল মাদি লমজা মদোম তোকচরে। পল্লেম পম্থৌ কায়গ্রবদা মচেম মচন পুম্বনা অতোন-অতা'বু লমজা লৈরি হায়বা তাইবংনা কাউনবগুম থম্বালবু কাউনরক্লে।

পুখ্রী লাইজ মুংদো লৈকং ওইরক্লে লৈতংগাই ঙাক্না ওইরে। থম্বালগী মপিৎ মতাংদা মঙাইরক্লে। মসি ফাওবদা খোইমু মাবু কাউদরি, মরৈ লৈয়েংদা ভত্তনা শোল্লি। লীক্লা ফাওবা তাখিদরে মপুরোইবগী নাম শোনবদা লৈয়েং ফাইরে। অসি ফাওবদা "থম্বাল কৌবী ঐবু মাঙবা ত'রে করি উপাই লৈবগে" হায়বা মমঙদম্ব থল্লুবা লৈতে। লৈয়েংদা খোইমু হায়বা ময়েক অসি ইথরে।

কোরৌ চাকচমাং অমগী অপীকপা মতাং অমত্তুং থম্বাল কৌবী লৈরাংনা লৈকোল পূগ্রী লাইজ থক্তা শাৎলমই। ঙসিদি অউবগী থম্মোইগী লৈকোল পূগ্রী লাইজ থক্তা শাৎখরে। থম্বালগী মপোক, খোইমুগী ওক্তবা, লৈরাং অতৈগী মতৌসিবু—লৈকোল লমদমসিদা হৌরিবা পামেল পুন্সিবশিংসিনা উরকই। লৈরাং খোইমু মরোল মরোল ওইরকএ। অৱাবা নুঙাইবা অনীনা পুরিবা লমদম অসিগী ঙমখৈ থিবা কংলক্তরে। য়েংবা ঙম্মক্তরে—উয়ুং পাম্বীশিংনা লৈকোল থাদোকখরে। অসূকপা চীংগী লোক, অৱাংবা চীংদোঙ অপাকপা অচীকপা লমদম লমজাউদা তোপ্পা হৌখরে।

অথাপ্পদগী য়েংবদা পামেলশিংসিবু উজাউ চীংজাউ হায়দুনা লুম্না পূক্লীং হূনা উখরে—নীংথিজরে। ৱাখল চাউবশিংগী ৱাখলগী লংজা ওইরকই। সাধু বৈষ্ণব-যোগী মুনি ঋষিশিংগী মতৌনি,—নোংদোন—সেকপিল ওইদুনা লৈপাক ঙাকপা নিংথৌগুমই। পূক্লীং অসি তপথহল্লি। লৌন-চৎনবা পঙনা ঙমদবা বেদ-পুরানগী মতৌগুম্না পামেল অসিগী মখোঙদি পঙন য়োনা ঙম্নদরে পূক্লীং চেৎপা যোগীগুমখরে। তাইবংগী ৱাবা কোক্লবা যোগীশিংনা তৌবগুম পামেলশিংনা খোইমু লৈরাংগী মতৌ উবদগী পামেন্না লাইনীং পরৈ চেৎখি।

হেরা মণি মুক্তা পামদ্রবা, মশক উবদা শানা শাগী পুকচেল কোক্লবা, মখোয়গী খূৎনা শোকপদা নূং ফাওবা পেৎলবা, জীবতবু মুংশিগ্রবা মহোয়না পাউতাক পীবদা :- "সতীনা মপুরোইববু নীংবগুম লাইবু নীংগনি" হায়। সুম্না সতীবু থাগৎলি। যোগীশিং

অসিনা লাইগী মমিং শোনবদা, মশীং খঙদরবদা, খোইগী লুখাক ওইরবা থম্বালগী থমচেৎ মরু অকংবনম্ব, তাইবং সতীশিংনা জীবদা পাউতাক পীবগুম্না যোগীশিংদা মশীং তাকই। তাইবং ঐনা তৌবগুম থম্বাল পূং মচেৎ অমত্তগী পুন্সিনা চহী কয়া পুন্সিবা পামেলগী পুন্সিগী লম্বী চিংই।

তাইবং সতীগী পূক্নীং লৌতুনা জীবদা যোগীশিংনা পাউতাকপী। অসিগুম্বা যোগীশিংবু থম্বান্না নামগী মশীং তাকপী। থম্বাল মাগী মগুণদি নীংথিজে। শিঙেল-মপাল-লৈরাং ওইবা, মহৈ তাউজিং হৈ ওইবা, মনা তাংগ-লা-ওইবা, মবুক-হোবা-মক্কবা, খাঙহৈবগী লংজানা মপুরোইবগী মফমদা লৈরাং মাগী থম্মোইদগী তৎন-থান-লৈতবী থম্বালগী পুন্সি ওনথরে।



# অশাংবম মীনকেতন

## কালিদাস

কালিদাস ভারত কাব্য-জগৎকী লেমজনফম্নি; মহাক পোক-চমল ভারতনা ঙসি জগৎকী কাব্য-সমাজদা ফম্বে য়াবা ঙমজরিবনি। তমসাগী খোঙমুংদা পোক্লবা, তপোবনগী বীণানা নাওরোইবা ভারতী কাব্য মপুং ফাজবনি, সিপ্রাগী খোঙবান্দা, কালিদাসকী শৈশক্তা মতম, যুগ কয়াগী য়াওল চারে; কবি কয়া লাক্লে, কবি কয়া চৎখরে; কবি-সমাজ খিবিক্তা কবিগী অর্ঘ্যদি মতম্মে মঙোন্দা মতম।

যুগকবি কালিদাসকী অমৃত-চেল্লবা খোর্জেন্দগী শিন্থরকপা কাব্য-রসকী অমৃত চুপ্লুরবা কনানা মঙোন্দা ভক্তিগী অর্ঘ্য কত্তবা ঙম্মুবা! অকবিশিংগী ৱাদি থম্মু থম্লসি; কবিগী শাগৈমক্লা মশা মশাগী অভিমান কাউথোক্লে; তম্না কৎনৈ মঙোন্দা ভক্তিগী অর্ঘ্য ভট্টি-বাণ-নচিংবা যুগ-পুবা কবি কয়ানা। মখোয়না শরুরম্বা মহাক্কী গুণগান্না লেঙদবা প্রমাণ ওইরি। মতাং অসিদা কৃষ্ণভট্ট কৌবা অফাওবা কবি অমগী ৱাফম নীংশিংঙুদবা ঙমদে।

"বয়মপি কবয়ঃ কবয়ঃ কবয়োঽপি চ কালিদাসাদয়ঃ
দৃষদো ভবন্তি দৃষদশ্চিন্তামণি দৃষদো দৃষদঃ॥"

"নুংজমগা নুংয়াইগা নুংলোমদা য়েংহুনা নুংশীংদা চন্নিম্নবগুম,
কালিদাসহোয়গা ঐখোয় অতৈ কবিগম্মু কবিরোমদা য়েংঙগা

কবিশীংদা অদুক মচম্মিন্নবা হায়বদুনি” হায়বা কবিগী ৱাফমসিনা কাব্য জগত্ত কালিদাসকী ফমফম অদুম মতাকই।

কালিদাস লাইনা-থাবা কবিনি। কোকিল কনা খোন্দম্লুবা লৈ। তান্না কনা তাম্থিকুবা লৈ। হারি কনা খোনশেম্লুবা লৈ! পিথাদোই কনা শৈরেংঙুবা লৈ! মশানা অদুম লাকচবনি; মশানা অদুম তাজবনি।

বররুচি থোয়না ৱাংনা চৎপা কবিনি। কবি কনাবুস্ত মানা মীথানরুদে; কালিদাসকী মগুণ শক্লবা তাবদা মনাতোল নাকচি কাঙডি। মহাক্কী অমম্বা অভিমান অসি উবদা গুণগী তূংনফম ওইরবা ভোজনিংথৌ ৱাবীদবা ঙমখিদে। নোংমা সভাদা আবৃত্তিগী মতাং অমা থোকখি। নিংথৌগী সনা য়াথংনা কবি বররুচি আবৃত্তি-থৌগল তৌখি:—

“শুষ্কং কাষ্ঠং তিস্থত্যগ্রে”

নিংথৌগী সনা ইংগিৎ ফংদুনা কবি কালিদাস বররুচিনা আবৃত্তি হেক লোইবগা থীখ্রিবা পদগী রূপান্তর তনথল খনখি:—

“নীরসস্তরুবরঃ পুরতো ভাতি”

বররুচি মমিৎ পাঙেঙ; কালিদাস মশক খঙেঙ; নীঙাইদনা খোংবা কোকিলগী মগুণ খঙেঙ; জগৎনা “কবীষু কালিদাসঃ” হায়না মগুণ শক্লবদা মবুক্লীং, মথৱায়, মহকচাং য়াওনা খোম্থাংজদুনা গুণীগী খুবম তাঞ্জখি।

কালিদাস অসিগুম্বা কবিনি। অদুনা জগৎনা মহাকপু মহাকবি মিংথোম্নবনি।

কালিদাসকী শব্দ-নির্ব্বাচন শক্তি মশাগী পীথোকচরকপনি ; মহাক্কী শব্দ লূজবা, মেঙ্‌জবা নীংথিজজবা, ফজজবনা শ্রুতিদা অপেনবা পীনবদা নত্তনা ভাবুক্কী মিত্তা য়েংবদা পেনবা নাইত্রবা কুমৈ অমমমগী মশক্লি; শব্দবিশেষ অমদা ভাবুক্না ঙাওদনিঙাই লৈতবনি।

"সরসিজমনুবিদ্ধং শৈবলেনাপি রম্যং"

পদ অসিদা সরসিজ হায়বা শব্দবিশেষ অসিনা মশাগী লূজবা, মেঙজবা, নীংথিজজবা, ফজজবনা পদদা শ্রুতিমধুরতা হাপ্পদা নত্তে ; তরক্লবা থম্বালদা ভাবুক্কী মাঙদা খিন্দনা ঈপোম্নরবা লাইজ ঈপাক্না কোন্ননা খিল্লি। ভাবুক শ্রুতি-দৃশ্য কাব্য অনীগী নুঙাইবা পুন্না পীনরি। শব্দদা লালিত্যগা সার্থকতাগা অনী হেক হেক পূনবসি মহাকবিগীদা ওইনা তৌজৈ।

মহাক্কী খূয়েক্তস্থ অসিমঙায়। খূয়েক্কী ফজ্জবদা নত্তে ; শব্দগী মাধুর্য্যনা পদগী লালিত্যনা ভাবুকপু শুস্বদা নত্তে; নীংথিজরবা উপমা অমগী সঞ্জীবনী মন্ত্রনা য়েক্লকপা শক্তম খূদিং মথৱায় হাপ্লি ; ভাবুক্কী মাঙদা তরং তরং খিল্লি :—

"মার্গাচলব্যতিকরা কুলিতেব সিন্ধুঃ
শৈলাধিরাজতনয়া ন যযৌ ন তস্থৌ"।

উমাগী অকনবা অয়ুংব তপস্যানা শিবগী নিবাত, নিষ্কম্প ধ্যান কায়রে ; মবুকচেন্দি য়েংনীংঙি ; ব্রহ্মচারীগী মশক লৌহুনা ফাওরক্লে ; মমাঙদা শিবনিন্দা তৌররে ; ব্রহ্মচারীনি অয়াকপদি থানীংদে, মথম্মোইদদি য়োনা য়ুরে ; মশাদা নাম্থোকচরগে নীংবনা খোঙফম লৈনা ফুক্লক্লে; খোঙদোই-হুনখিগদোরে উরক্লবদা

শিবরূপ হজিল্লে ; যুগ যুগান্ত মহাক্কী প্রেমদা তাউদুনা মহাক্কী দর্শনগীদমক্তা তপস্যাগী অৱাফম পুররুবী পার্ব্বতীনি। চৎসি-চৎঙমদা লৈসি-লৈঙমদা অৱাবদা তারে। কবিনা মশানা বর্ননা তৌরিবা হৈমবতীগী শক্তম অসি 'চীংমায়দা ৱাইবা ঈচেম্না লাইজা ঈহম্নবগুম' হায়বা মন্ত্রগী মশক ওইৱবা উপমানা মথৱায় হাপ্তুনা পার্ব্বতীগী ঈকাই-মুংশি য়াম্নবা চৎসি-চৎঙমদা লৈথসি কদায় হায়বা শক্তম মাঙদা তৱং তৱং উৎলি। অসিগুম্বা খুয়েক অসি জগৎনা "উপমা কালিদাসস্য" হায়না শক্করিবসিনি।

কবিগী কল্পনা, কল্পনাগী খেল অঙকপনি ; মহাক্কী কল্পনাগী জগত্তা তারুৱবা ভাবুক কনাগী থম্মোই মুন্দনিঙাই লৈ! স্বর্গদনি ; কশ্যপকী আশ্রম্নি ; সত্ত্বগী ৱাজ্য, শান্তিগী য়াহীপফম্নি ; মফম অসিদা শজিনা কৈ উবদা থুক্তে, কৈনা শজিদা মিতাদে ; লাইজ ঈপাক্কা বাড়বাগ্নি গর্ভদা পুবগুম মহাক্কী তম্বাক্তা ৱজংগী শক্তম সর্ব্বদমন ; পীক্লবা মৈরিক্কা প্রলয়ঙম্বা শক্তি পুবগুম চহী মঙাগী তনৌ তনৌবা শক্তমদা দিগ্বিজয়গী শৌর্য্য ; অকিবা শম্ফে অমা পক্তনা মচাগী দমক্তা মপাঙ্গল ফুদোক্লবী নোংশা অমোমগা লানশোক্লবা কার্ত্তিক্কী শকফম ; অমরোমদনা মশাগী ওঁৱস্তগী তাবা মচা ওইবনা মচা মুংশিবা প্রেম্না ঈথক্লৱবা মথম্মোই পুঙমত্রবা দুষ্যন্ত ; অঙাংগী মিহৌবা শক্তম ; অমুক অমরোমদনা জীবদয়ানা শক্তম্নরবী তপস্বিনী ; সর্ব্বদমনগী দমন্দা ৱারবী নোংশা অমোমগীদমক্তা মৎম্মোই হীক্লবী শক্তম ; মুংশিহীক্লবা খোনফম্না নোংশা থাদোকহনগদবগী ৱাহোং অশাবা উত্তুনা লাউরকপা, "পশ্য শকুন্তলাবন্যং"।

চহী মঙাগী পুন্সি খোঙফমদা মমাদনা অৱা-সুঙাইগী খোঙবু ওইজৱবা অঙাংদা শকুন্তগী শকুন্তগা মথংদা লাবন্যংগী লা লাকপগা মমা তাকপোই নীংঙকপা, মমাগী মকম হৱাউনা হংঙকপা, অঙাংগী হৱাউবা শক্তম; চিংনৱম্বা কোক্তুনা মচানি খঙবদা হৱাউবগী ঈগুম্না ফুং ঙাম্থোকপা নিংথোগী শকফম; জীবগী অৱাবা কোকপদা নুঙাইখিবা তপস্বিনীগী মায়থোং; তাঞ্জা অসিদা অঙাওবা মচাগী খোঙ্গুল লীৱকপী মপুৱোইবগা মচাগা পুন্না মমাঙ থাবা ফংজদ্রবী শকুন্তলা; অনীবু পুন্না খঙহোদনা উবদা ঈকাইনুংশি য়ান্নৱবী শকুন্তলাগী অঙকপনা মাঙেঙাইনবা শক্তম, শব্দগী খেল অমনা শান্নৱিবা খেল কবি কালিদাসতগীনি।

জ্ঞান পুন্নমক্কী তুংনফম্নি। অখন্নবা ভাবুক খৱদগী নত্তে; কবি কবিদা কবিনি; মহাক্কী কাব্য—সত্যগী পুজারী, জ্ঞানগী সাধক, বিজ্ঞানগী সেবক পুন্নমক্কীনি;

"তাং হংসমালা শরদীব গঙ্গাং
মহৌষধিং নক্তমিবাত্মভাসঃ।
স্থিরোপদেশামুপদেশকালে
প্রপেদিরে প্রাক্তনজন্মবিদ্যাঃ॥"

"উমাগী শিক্ষাগী মতাংদা কাংঙগী শাগৈ পুম্বনা শরদ ঋতু য়োৱবদা গঙ্গাদা ফুজিন্নবগুম পূৰ্ব্বসংস্কার থিবিক্না ফাওৱরে...." হায়ৱিবা কবিগী ৱাক্‌ন্না দর্শনগী তথ্য পুন্নমক ভাবুক্তা কয়া নীংথিনা পীৱিবা!

"গ্রহৈস্ততঃ পঞ্চভিরুচ্চ সংশ্রয়ৈঃ
অসুর্য্যগৈঃ সুচিতভাগ্যসম্পদম"।

মহাৱাজ দিলীপকী ঔরস্তগী সুদক্ষিনাগী গর্ভদা পোক্লবা মহাক্কী মগুণতনা সুর্য্যবংশবু রঘুবংশ হায়না খঙনরবা রঘুগী জন্ম-কুণ্ডলীগী ৱাকম্না বিশেষ ভাবুক কয়াগী মথম্মোই করি শুম-দনিঙাই লৈ!

কবিগী কাব্য রসজ্ঞ খরদগী নত্তনা সত্যগী পূজারী, জ্ঞানগী সাধক, বিজ্ঞানগী সেবক পূম্নমক্কীনি। তদুনা কবিবু "সরস্বতীগী বরপুত্র" হায়না জগৎনা মিংথোন্নরিবসিনি।



# জি, ছি, তোংব্রা

## ফম্বাক লীলা

**লীলাগী মিংয়েং ঃ** তাইবংপান অসি লীলাগী ফম্বাকনি। ঐখোয়না উরিবা, তারিবা, মনম নম্লিবা, মহাও তংলিবা, শোক্লবদা খঙইবা পুন্নমক লীলা ঙাক্তনি। সেপ্তেম্বরগী তাং ২২। ২৩দা ঐখোয়না থোকপা উরিবা নুমিৎসি নোংপোক চপচানা মবুক শেংনা থোকপা মাল্লম্বনি। নোংমা নোংমা হৌখিদুনা চয়োল, চয়োল কয়ানা থা · মথং মথং থাবল-চোংবগুম ওক্তোবর, নভেম্বর চঙ্‌লকপদা খরা ·রাস্তম মথারোমদা ঈশৈ হনবনা থৈদোক্লগা মবুকচেল নৌথৎলক্তুনা ইমাতোম্বী খাথংবা পৃথ্বী তম্খাইরোমদা ঙাতোন অতেকপা চাবা চৎখ্রনি। অরাংথংবা ঐখোয়রোমদা মতম কুইনা খোয়দানা লৈররোই। পাবুং দিনমনি, নুমিৎ কৌবা লাইনিংথৌনা থৌশাদনা মচাশিংবু হুন্দোকপীরম্বা উবদা অয়ুক নুংদাংদা ইমা অরাং-লৈমনা তেংথাদুনা কপ্পদা লৈমায়সি লীক্লানা চোৎলনি, ৱাখলদা চমম্লদুনা লৈচিন নোংফাই থাংগনি অতিয়াদা, নুংদাং খাক্তুনা থম্বা ঙাতোন অতেকপা থোংবা ঙারেন হৌরমগনি, অয়ুক অঙনবদা চিন্তানা পোক হৌবগুম অহল নহা খায়দনা য়ুমথক পুন্নমক উম্না পুমঙৌ ঙৌরম্বা উগদবা কুইব্রে। কাঙ, হয়িং, হঙোই, হয়িনোংনাং— খোংবা তাররোই; মপা

লৈত্রিঙৈদা লাইরবা লাক্লগে লাকপা নিংথম থানা কিনবা ফিশাবী-শিংগী কোলগী লাল্লাও কোক্ কাক্লা মুংথিল মুংদাং থায়দনা তানরনি লৈকায় লৈকায় খূদিংদা। ঙাতোন পাম্বাদা মুংদাং খুল্লক্তা হল্লকপা মতমদা নম্বা, ঙাতোন অত্তেকপা ঙৌবগী, লৈতান শরেং থাওদা ঙৌবগী মনম অদুনা অয়ুক মুংথিলদা লৈরক খুল্লক্তা নমলম্বা ব্রাখোঙ মনমদুবু কোকহনগে লাক্লরি। চাইনা সিল্ক, রবর সিল্ক, নাইলোন্না থেমদুনা মুংশিৎ মুংশা চাহল্লম্বা উনশা ফজবশিংদু মুংশিৎপু উনগা সঙ্গ তোপ্রে কিজরে হায়দুনা পঞ্জাবী দোকানগী শামতুগা মরূপ তনশান শায়দুনা মুমিৎ তাবদা সিনেমা লীলা য়েংবা কোয়না চৎমিয়রগনি। কূমৈ অসি উবদা দোকান্দার বাবু, দর্জি, দোবী, সনলাইট সোপখোয়না বাঃ বাঃ লীলা পাল্লে হায়দুনা থাগৎকনি, শেল য়াম্না থোকচদবা নহারোলগী মমা মপানা চাদিংদা চদৎনদুনা মপি তাগনি। কনানা নোক্কনি, কনানা কপকনি অঙকপা তাইবং লীলানি। "This world is a tragedy to those who feel, but a comedy to those who think." থম্মোইদা থাদোক্লবদি তাইবংপানসি অৱা পোলোইনি, অদুগা ব্রাখলনা ঙমদুনা চিংবা য়াবশিংদদি মুঙাইপোলোই লীলানি। য়েংববু হৈনরবদি সেক্সপিয়রগী ফৌজনি হায়রিবা তাইবংপানসিদা লীলানা লেপ্পা লৈত্তে মতম পুম্নমক্তা মফম পুম্নমক্তা।

ফজবা : মিৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রি ময়াম্বু পাউ পীহল্লুনা পুক্লীংবু শুক্লৎপা ঙম্বা চুং ফিরান চাবা পোৎপু ফজবা কৌমৈ। মিৎ, পুক্লীং মায়দবা মতুংইন্না ফজবা থনবদা থর থর থেয়রবসু

মীয়াম্না য়ানবা ফজবগী মওং মতৌ থয়দি লৈ। অময়োমদা হায়য়বদি ফজবা হায়বসি অয়েংবা মীগী মমিত্তা পুই। অঙাং হন্দক পোকপত্থু ফজত্রা? ওয়াং চেল্লকপা লৈশাবীত্থু থী হায়নৈদা। ময়া তেক্লুবা, মপোক হোৌয়বা, মউন খুইরবা ফাওবা অহন্নু ফজৈদা। য়েংবা হৈত্রবদি ফজবা থীবগী বিচারসি য়াম্না লানগল্লি। হৈনখিবা, চৎনখিবা, থাজনখিবনচিংবা ময়াম্না- মচু আনোক ওইত্থুনা ভাইবং মীগী মমিত্তা ফজবা থীবগী অয়ানবা মমি য়াম্না তাগল্লি। জ্ঞান য়াম্না লৈবা, লাইরিক হৈবা, চর্চ্চা য়াম্না তৌবা মীগী আনোক্লা মচু থয় পায়, থয় য়াম্না চুম্না উগল্লি। নহাগী মমিত্তদি হন্নুবী চৈশু শুত্থুনা চৎপীবু ফজৈ হায়না মমি তাবা উদে। হন্নুবীনা থীরিবসি কদায়দনো হংলুরবদি খুম্নিঙাই লৈতত্থুনা লৈশাবীনা হায়রকপা য়াই, "ঐখোয়দোনা মশম মুত্রে, মউন থোৎত্রে, ময়া লংত্রিক লংদ্রে।" মশম মুবা মউন থোৎপা, ময়া লংবদনা মীগী ফজবা ওইদে। হৌনবী খঙদবী লৈশাবী, মশক য়েংবদদি পংফ ফজবীত্থুনা মমিং করি কৌবগে হংজরুবা পাখঙ মচাত্থুদা "শক্তাথী নঙোন্দদি তাকনীংদে" হায়না খুম্মক্লো, লৈশাবীত্থুগী মশম, ময়া, মমিৎকী নীংথিবা ময়াম অত্থুনা ময়াল লৈজদবা পাখঙ অত্থুগী মমিত্তা মনাকোংদা থম্মোইদা ফজবা মমি তাহনবা ওমগত্রা? শরূক অতৈ ফনা ফজয়বস্থ কোক্ তাঙবা পাখঙবু ফজৈ হায়নরোই, খোন্দা থীবী লৈশাবীবু কনানস্থ সুংশিনরোই, ফজনা লৈতেংলবী মচৎ নাইদবী ওক্তবীবু জ্ঞান লৈবা মীনা ফজৈ হায়নরোই। মশম শাংনা

থাকপা পঞ্জাবীবু, মকোই য়োকপা মুস্লিম্বু থী হায়নব্রা ? নাওোন সুমাঙদা হৌবা কোই শিং নাম্না কোকপা পাখঙবু ফজৈ হায়নরিবসি লৈশাবী মান্নবা অঙম্বা খরা হোৎনবগীরা ? লৈশাবীনা পাখঙ মান্নবা খোঙ্‌ঙ্‌াও অককপা উপ্পদি ফজরোইদ্রা ? পাখঙনা থাগৎনরোইদ্রা ? রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, বর্নার্দশোখোয় ফজবা অদুক খঙবা অহনশিংনা মকোয় ইচোম চোম্না থাকইবদু অহলগী থীথরকপা শক্তু হেন্না থীনবা তৌরিব্রা ? মতম, মফম, ফীভম, চৎনবীনচিংবগী রাখলনা ফজবগী বিচারদা জুরি (Jury) ওই। মী খুদিংমক অহল নহা, মুপী মুপা থায়দনা ফজবা পামই। করিগীনো ? চাক চাদ্রগা অহিংবা মীনা কুইনা হিংবা ঙমদে, ঈশিং খোয়াংলগা প্রোক প্রোক চাকই, চাবা থকপা রাৎপা মীনা মশা নোপই, ফীভম কায়, মীওই শুদে। ফজবা লাম্মবা, ফজবা খোয়াংলবা মীসু মতম হেন্না থাঙলবদি থাঙবা হৈত্রবদি পাউদর য়াম্না তিংই, দর্জিনা দোবীনা মোমোন নোকই, থম্মোই কংই, মপুং ফাবা মী ওইদে, ঙাওরি ঙাওরি তৌই ... ... .... "A thing of beauty is a joy for ever" হায়বদু মী খুদিংনা খঙনরিবদুনি। মদু খঙবনা পাখঙ খুদিংনা ফজবগী শিকার চৎপদা লৈরক খুল্লক কুৎহল্লিবদুনি ; লৈশাবী খুদিংনা ফজবা শা, ঙা, শরেং, ঙারেন থুনবা লাং থাকইবনি হায়দুনা মমায় ইরাও রাওরিবা, উফকী কুরাক্কুম অঙকপা ফংনা ময়েক থোক্লবা মশানা খপ্তুনা কোয়পাই পাইরিবা, মমিত্তি মীরক নারক্ক কোয়রৈ লৈদুনা লেংলগা। রাজমনগী ফংজরে, থিবা কজবগী খেংনজরে, খজবা

মৈৰগী অশেংবা ফজবগা থেংনরে। থরায় নুঙাইরে, মিৎ পেল্লে, ফজবগী মঙালন। মনাক্তা লৈবা পোৎ পুম্নমকস্ন ইরং লংলে, নোংজুথাস্ন বসন্তগুম্না পারিজাৎ ঙাক্তা শাৎলে, চীংথ্ৰাওদা তাই-রেন পাম্বীদা কাওবা; চারিমখৈ হাওরে পেককস্ন থম্মে, ঙাথা অতেকপনা থাবক ওল্লে। তঙকপা শিংনি অপাম নুংশি! নঙনা নৌরিঙৈদা গিলটি কোকত্ৰিঙৈদা পূক্নী শৃঙ্খলস্বা মফজ! .... ... মচা অনী অহুমদা ঙায়রি, পূম্নং লংলম্বা মরৈ পরেং পিথ্ৰাই মচু লোৎপা য়াদ্রে, মমিৎ কুৎলে, শকদা মিহুল হুল্লে, পূমশীন্ হৌরে, খুনীংদা কৈয়েন য়েক্লে। চিম্বান্দা লিপষ্টিক্লা ফজহনবগী মহুত্তা অউবা মীবু কিনরাই মালহল্লে। আঃ। তাইবং মীগী ফজবা! নঙনা কুইবা য়ারবদি কো! 'Art is lasting. Art is immortal' হায়দুনা কলাকার ময়াম থোরকই। মখোয়দুগী মরক্তা লীলা লেংবা কাঙবুস্ন য়াওরকই। লীলা লেংবশিংগী মফজদি অপাম্বা মঙনি। মঙদি ওইরগা ওইদবদি নত্তবা জাৎ। মরম্মাই ফজবদা নত্তনা মীয়ামগী ফজবা, খ্বাইনা লাম্নরিবা চাক, খোৱাংনরিবা ঈশিং, থরুগা য়ুদোনা ঙাওদবা জাৎ, থক্ত্ৰগা চাদ্রগা থম্মুংগী মীচু চাওবা হেন্দবা, মীওইশুদবা, চাওখত্তবা, polished gentleman ওইহন্দবা। "Man does not live by bread alone." য়াধা কৃষ্ণম্না তাকপীখি— "Drama created the conscience of the age We cannot make people good by acts of Parliament ...... but through the medium of drama, it is possible to set standard of social behaviour. Through poetry and drama

man reveals himself to himself.... .... —" মরূপ খরনা ঐডোন্দা তাকপীখি—"নঙনা সুপী অঙাং মরক্তা লীলা ভৌরিবনি হায়দুনা অরেম্বদা মতম মাঙহল্লিবসি রাজনীতি য়াওরম্মবদি কয়া চাওখৎলনি? মিনিংগুম্বা লাইরিক, অঙাংশিংনা ভম্নবা পানবা ইরবদি কয়াদা ইনাক খুল্লগনি হুজিক? নঙমুক পঙবা মীসি উত্রি ভায়।" W. J. Goethe না হায়—"In art's wide kingdoms ranges one sole meaning, still the same. This is truth, eternal reason, which from beauty takes its dress." ফজবনা কিজেৎ ওইবা অচুম্বসি থিবদা ফজরবা সুপী, ফজরবা অঙাংগী মতেং লৌদবা য়াদত্রুনা ঙাওরিবনি, পঙইবনি। "Art is beauty, beauty is truth" হায়বসি থিবদা লম্মাংনদুনা কনানা লৌক্লি মঙ্গুংদা ঈরারুখিবা য়াওই, কনানা হাসপাটালদা অয়ো অয়ো খোংত্রুনা কুনখিবা য়াওই। কনানা খঙনি কনা অমনা বুদ্ধদেব, চৈতন্যপ্রভুগুম্বা অচুম্বা থিবদা সিদ্ধ কংখিবা। Shelley গী melancholy world— "A dim vast vale of tears illuminated in flashes by the light of hidden but glorious power"—অদু কাপিগী পোদোন মচা মচানা খরদং ঙালহল্লদুনা ভাইবংগী পি খর লোকপদা কংখিবা য়াই। ঙাতোন অভেকপা খর চা, লম্বী খর নমথীহন, মীরা খর ঙাঙলম, চাক ফি খর ভাঙহল্লমগা শিথিদোশরক কপচেৎপা কয়াবু তিক্রি অমুক্তং হোৎলম্মগা শিজখিগে।

## এলাংবম নীলকান্ত

# হৌজিক্কী পুন্সি অমসুং সাহিত্য

[ 'মতমগী বাখল' দগী লৌখোকপা ]

হৌজিক্কী পুন্সি মশক খঙবসি পঙলায় লায়দে। হৌজিক্কী পুন্সি হায়রগা খঙনরিবসি লৌউবগী সভ্যতাদগী হুৎতা লৈখৎলক্লিবা ভারতকুম্বা লৈবাক্কী সহরবাসী অমগী পুন্সি নত্তে। ইউরোপ অমসুং আমেরিকাগুম্বা লমগী চাওখৎলবা সহর অমদা লৈরিবা প্রজাশিংগী থম্মোইদা চেল্লিবা ইহুন অদুবুনি। মিৎয়েং অমসুং বাখল মওং অদুবুনি। মতমগী সাহিত্য পাবা কাঙবুদা পুন্সি অসিগী মমি শামি তাই। খোইমু লৈরাংদা থরায় তাদুনা লৈবগী পুন্সি নত্রে। মালা জপ তৌদুনা নোংথক্কা য়েংখৎপস্থ কায়ত্রে। তপথবা, পেন্দবা অমসুং খোরাংবা অমনা মতমগী মীশক খুদিংগী থম্মোইবু কুপখরে। ঐখোয়না কাউরোইদবদি, কোকথক্তা নিউক্লিয়ার বোম পাইদুনা লৈরি। খুবম অমতং শোয়খিবদা জগৎকী শান্তি মাঙগদৌরি। মিকুপ ঙাইহাক্তং পেং চোইখিবদা ঐখোয়গী ভবিষ্যৎ অমম্বদা লুপকদৌরি। করিগুম্বা নিউক্লিয়ার-বার তৌরবদি মীওইবা হায়বা জাতী অসি অমুক অচাইবাদগী হৌগনি, নুংগী সভ্যতাদা অমুক হৱিল্লকনি হায়নবা অদু থরমখৈদি থাজবা য়াই। যুগ কয়াগী চথরক্লিবা সংস্কৃতিগী সাধনা অদু অমুক থুগায়খরগনি। বাখল মওং অসি নোংহৌনা ঐখোয় খঙবা তাই।

নোংচুপকী মমিং চৎলবা সাহিত্যিক, প্রিষ্টলিনা মহাকী 'লিটরেচর এণ্ড রেষ্টরন মেন' হায়বা লাইরিক অদুদা নোংচুপকী শতাব্দী ১৬ তগী ২০ ফাওবগী সাহিত্য অসি কুপ্না য়েংশিল্লি। জ্ঞান তানা লৈরম্বা পুন্সিদগী খরা খরা অসুম মীওইবগী পুন্সিনা সেণ্টরদগী থাপতোকখিদুনা সমাজগা তোখাই-তোখাই তাখিবা মওং য়োরকই। বিশ্বাস মাঙখরবা, অপুনবা লৌচিং লৈত্রবা অমসুং নাইতোম তারবা পুন্সি ওইরকই। নোংচুপকী মীওইদি মশা-মশাগী জগৎতা ঙাওনরি—"Western man is schizophrenic," অসুম্না জে, বি, প্রিষ্টলিনা অরেপ্পা মত পীরি। অদুগা যুগ অসিবুনা লুরবা সংঘর্ষগী মতমনি হায়রি—"Ours is an age of supreme crisis, when the most desperate decisions have to be made". অদুবু নীংবমক্তি কায়দ্রি। আশা তৌ, মতম লাকখিনি হায়রি।

মতমগী সাহিত্যিক আর্থর কোষ্টলরনা পুন্সি মশক খঙনবা, লারবদা ভারত অমসুং জাপান য়োরকই। মীশক কয়া উনখি, অমসুং মফম কয়াদা কোয়খি। অদুবু মমৈথংদা নীংবা কায়খি। ভারত অমসুং জাপানগী হৌজিক ওইরিবা আধ্যাত্মিক শক্তিগী মশকনা মহাকপু পেলহনখিদে। মহাকী 'দি লোটস এণ্ড দি রোবোৎ' হায়বা লাইরিক অদুদা মহাকী নীংবা থুংদবা পুম্নমক-মম্নেক শেংনা হায়খি। নোংচুপতগী নোংপোকনা মায়কৈ অসোমদম্ন-পঙহেন-হেনবা নত্তে হায়না মত পীরি—To look to Asia for mystic enlightenment and spiritual guidance has

become as much of an anachronism as to think of America as the wild west. রাখল কুপশিন্না খন্থরবা তৌশিন্নরবা মশক কয়াবু উশিল্লবা কোষ্টলরগী পূক্লীংদা ভক্তিনা থোইনা হাইজিনবা ঙমখিদে। মী অমমম ওইনা থোইনা নোংপোক নোংচুপ খেন্নবা উখিদে। অদুনা ময়াম্না খন্ননিংঙাই ওইরবা লাইরিক অসিদা লোইশিল্লি—ইউরোপবাসী অমা ওইবসি চাউথোকচনিংঙাইনি। চপচাবা লোন্দাদি—I started my journey in sack of cloth and ashes and came back rather proud of being a European.

মতমগী পূক্লীং তশেংনা ফজনা উৎখিবদি মমিং চৎলবা কবি টি, এস, ইলিয়টকী 'রেষ্ট লেণ্ড'নচিংবা শৈরেংশিং অদুদনি। নীংবা কায়বগী, য়াম্নমক তনবগী, অর্থ য়াওরক্তবগী পুন্সি মশক উৎলি। ১৯২০ দা ফোঙখিবা শৈরেংনি। মহাক্না হংখি—এখোয়না খঙবদা মাঙখরবা জ্ঞান অদু কদাইদা ফংগদগে? জগৎ অসি থোঙ গম্ লাউদুনা মখোল হৌনা লোইগদবা নত্তে; অঙাং কপ্পগুম্না লোইগদবনি—not with a bang but with a whimper. টি, এস, ইলিয়ট মশামক্কীদি মমৈথংদা রোমান কেথোলিক ওল্লকই—ধর্ম্মদা মাঙখরবা লম্বী ফংলকই। অদুবু মহাক্না মমিং চৎখিবদি 'রেষ্ট লেণ্ড' অমস্থং নক্লবা কবিতাশিংদা হংখিবা যুগকী রাহং অদুগীদমক্তি—কায়শিল্লক্লবা জগৎকী অর্থ কদায়দনো? বিশ্বাস মাঙখরবা মীওইবগী পোত্থাকম কদায়দনো? মসিগী মানা পীরিবা পাউখুমদি অয়াম্বনা লৌদে। অদুগা হংলিবা অসিমদি খ্বাইগীনি।

অস্থম তৌদুনা মমিং চৎলবা বৈজ্ঞানিক অমগী মততম্ব হৌজিক ঐখোয় ইশেল অমগা অমগা ৱারী শানবগী শক্তি মাঙ-শিল্লকলে হায়রি, I have been much concerned that in this world of change and scientific growth we have largely lost the ability to talk with one another, to increase and enrich our common culture and under-standing ( J. R. Oppenheimer ).

অদুদগী অমুক প্রোফেসর গলব্রাইটনচিংবা কয়ানা মীওইবগী পুন্সিসি চাওখৎলকপগী মতিক লৈবা মুঙাইরক্লে, হায়না নীংবা কায়বগী মুংশাশোর হোল্লি। আমেরিকাগী পণ্ডিত জর্জ্জ কেনান-নচিংবা কয়ানস্ম ৱাকম অসি কুপ্না নৈনরি। মীওইবসি পৈশা পায়রা পায়রক্লগা ময়ামগী য়েংলক্তবা, সমাজগী থল্লক্তবা অমসুং মচেৎ মচেৎ তাবা পুন্সি ( Fragmentation of life ) লেম্নরক্লে। সমাজগী অপূনবা পুন্সিগী মুঙাইবা মাঙখরে। কৈরোই-লৈকায়গী মুংশিনবা হায়বদু থিবা থঙজিল্লক্লে। প্রোফেসর গলব্রাইটনা মহাক্কী 'এফ্লুয়েণ্ট সোসাইটি'নচিংবা লাইরিক কয়াদা সভ্যতাগী লায়না অসি কুপশিম্না নৈনরি অমসুং শয়প্না কৌরি হৌজিক্কী সমাজবু—লম্নাইগী ওইনা ইনাকখুনবা, ময়ামগী ওইনা নমথী হংঙাই ( Private wealth and public squalor )। করি অমুক হায়গনি—গুলি অমতং চাশিন্দ্রবদি নোংমগী পোথাবা তুম্বা ঙমদবা পুন্সি ওইশিল্লক্লে। নোংমগী মতম অয়াম্বা মোটর কারদা, ফেক্টরী অমসুং ওফিসতা মতম লেল্লে।

মতাং অসিদা ময়ামগী কলচর (Mass culture) নি হায়দুনা রেডিওনচিংবনা পুরম্বদগী হৌজিক ঙাইহাক্তুং পোত্থানবা মতম পীদবমখৈ টেলিভিজননচিংবা কয়া বিজ্ঞাপ্না পুশিল্লক্তুনা ময়েক লারবা তশেংবা ছবিগী পেলহনবা অমা পীশিল্লক্লে। বিজ্ঞাপননা রাই চাইরে। কামগী রাখলনচিংবা মীওইবগী অশোনবা কয়াবু চেংনা পায়শিল্লদুনা হৌজিক মফম পূম্নমক্তা প্রচার তৌরি। লৈননবা শেংনবা চানবা থক্নবা পুন্সি অসিদা য়ারিবমখৈ অচিকপা ফংহন্দনবা হোৎনরি, অদুগা লোয়ননা রাখল খম্হন্দনবস্ন। পূম্নমক ঈরাংদা তাউহল্লি; ঙাইহাক্কী মুঙাইবদা ময়ায় কাহল্লি। রাখল খম্নবশিংনা খম্নবদা লমজিং মাঙখরবা জগৎ অসি ওইরি খরদদি অমুক, ঙাইহাক্কী মুঙাইবদা তাউরিবা স্বর্গ। অদুবু মসিমস্ন মমৈ-থঙদদি ওইরকই—অতনবা (boredom) অমসুং জ্ঞান তাথরকপা (disillusionment)। ওইরকই আচার্য্য শঙ্করগী অর্থদগী তোঙাম্না, জগৎ মিথ্যা।

অসিগুম্বা ওল্লকইবা সমাজগী মশকপু উৎপসি মতমগী সাহি-ত্যগী মথৌনি। সাহিত্যনা সমাজগী মিংশেলনি হায়বসি অয়াম্বনা য়ানরি। অদুবু তশেংবা সাহিত্য, কাব্য হায়বদু করিনো? ভারতকী মিৎয়েংদা য়েংলুরবদি হায়রি রসনা কাব্যগী আত্মানি 'রসাত্মকং-বাক্যং কাব্যং'। পুক্নীংগী শকলোন কয়াবু ফোঙদোকলি রসনা। মীওইববু নোকহল্লি কপহল্লি শাউহল্লি অমসুং উংহল্লি। ধ্বনিবাদকী কাঙবু অমনা অমুক লাউরি কাব্যগী আত্মাদি ধ্বনিনি; Suggest তৌবা অদুবুনি। ('ধ্বনি আত্মা কাব্যস্থ')। উরিবা পারিবা

তাৱিবা অসিগী ৱাংমদা লৈরিবা শক্লাইদবা অমবু থম্মোইদা ফাও-হল্লি সাহিত্যনা। পূম্নমক অসি থৱদং অথোই অহেন নাইনা হিন্দী সাহিত্যগী মত অমা—কলাকে লিয়ে কলা ( Art for art's sake ) হায়বগুম্না নকশিনৈ। ফজবা অচুম্বা হায়বসি ঈশিং গ্রাস অমা থক্লমদাইদা থাংগৎতুনা য়েংবগুম্বনি হায়না ৱাল্টর পেটর ( Walter Pater ) খোয়না মত পীরি। অসিগুম্বা সাহিত্য মখল অসিনা সমাজগী মশক তাকপদগী থম্মোইগী শকক্ষম তাকপনা মরু ওইনা লৌই।

অদুবু কলাগীদমক কলা হায়বসিনা পঙম্মৌ য়োবদি য়াদে। ঙাইহাক মুঙাইথোকপা হায়বদুনি। তুংকোইদে, অসিনা মীওইবগী থম্মোই য়োবা সাহিত্য ওইহনগে হায়রবদি সমাজগা ঈরোয়ননা চত্তবা য়াদে। ড্রামাগী জগত্তা হায়না য়েংশিল্লুরবস্ব থেংনরি—নোরৱেদা ইবসেন, ইংলণ্ডদা বর্নার্দ শো, রুশিয়াদা চেখোভ ( Chekhov ) অমসুং স্পেনদা উনামুনো ( Unamuno ) অসিন-চিংবা কয়া। মখোয় থুদিংমক মাঙথৱকলিবা সমাজবু মশক তাকপনি। যন্ত্রগী সভ্যতানা মাঙহল্লকইবা থায়নগী অচম্বা পুন্সিগী ঙকনা ফজবা মাঙশিল্লকলিবসি থম্মোই শোক্না উৎলি। সমাজবু কয়েম্নৈ অমসুং নোকহল্লি ফাক ফাক। অমুকস্ব মতাং অমদা পি তাহল্লি। চেখোভকী চেরী ওর্চর্ড ( Cherry Orchard ) পাবদা থম্মোই শোক্তবা কনা য়াওবগে ? জি, বি, এস কী চুম্লবা ফাগী কয়াদা ময়ামসি পুকলী পায়দুনা খাঙনরি। অয়াম্বনা অচুম্বনা ফাগী তৌহনবনি। "ঐনা ভদ্রলোকনি। লায়রববু শুমদুনা চাবনি।

নহাক্পা ডাকুনি-ইনাকখুনববু মুন্দুনা চাবনি। খুৎ শোক্লসি।" হায়বা শোগী রাঙাঙ্ অসিদা মুঙাইরোইদবা কনানো? অসিমকপু ড্রামাগী মিডিয়ম অসি হৌজিক কাওবদি উপন্যাস অমসুং কবিতা-গুম পুন্সি মশক তাকপদা শোল্লি: য়োৗশিনবা ঙমত্রি হায়নরি। অতুগী মথক্তা লাকশিল্লি সিনেমাগী থিংঙমদ্রবা ঈথক।

উপন্যাস ইবগী মায়কৈদদি মতমগী সাহিত্য অসি লিংনা লৈরি। মাগী মাগী য়েংথোকউবা মিথয়েংগী মতুংইন্না সমাজগী মশক তাক্লরি। লৈবাক খুদিংগী মতিক চারবা নোভেলিষ্ট লৈনরি। ইংরাজীগী টুয়েন্টিজ থার্টিজ হায়দুনা ১৯২০ গী ১৯৩০ গী ১৯৪০ গী হায়দুনা চহী তরা তরাগী খুদিংদা সাহিত্যিক কাঙবু কাঙবু হৌনরি। ফ্রান্সকী ওঁঙ্গ্রা ঝেদ, মার্লোনচিংবনা খরা পৌরপ লায়রপনা সমাজগী শোন্থরকপা মশক উৎলি। হিংবা ঙমদবা শিবদা মঙমবা, কমদৌনা হিংগদগে খঙদবা কমদৌনা শিগদগে· হায়বদা মখঙবা চরিত্র কয়া পুথোকলি। অসুম তৌদুনা অমুক জেমস জোইস ( James Joyce ) না রাখলগী থোকপমথৈ ফোঙ-দোকপা মওংদগী হৌরদুনা কাফকা ( Franz Kafka ) টোমাস মেন ( Thomas Mann ) নচিংবা কয়াগী কুলমদগী থোরক্লি ভত্তনা লম্বী মাঙখরবা সমাজগী মশক। অমুকসু উইলিয়ম ফোক-নার, ( William Faulkner ) হেমিংৱেনচিংবা কয়ানা পুন্সিগী নীংবা কায়বগী শককমগা লোয়ননা পীরি অনৌবা আশা অমসুং অনৌবা শক্তি। হেমিংৱেমক্তি মহাক্কী মতৌ ভম্বদা শোয়গলবা রা থিত্তা হায়বগী শাথীরবা ষ্টাইল অমনা পুম্নমকপু শুক্নৎলি।

পুম্নমক অসিদগী পুন্সি অসিদা করিমতা লৈত্রে—থাজনিঙাই ওইবস্ম লৈত্রে হায়দুনা নিহিলিজম (Nihilism) হায়দুনা রাখলগী আন্দোলন থোরক্লি। নাইতোম তারবা পুন্সিনি : হিংলিবসিতনা মওক্লে হায়দুনা চোংথোরক্লি ফ্রান্সকী জঁ। পাল সার্ট (Jean Paul Sartre) অমসুং অলবর্ট কামু ( Albert Camus )। মখোয়-সিদি সমাজগী মিন্থল পায়বা মীশক্লি। কামুনা মহাক্কী Rebel হায়বা লাইরিক্তা আন্দোলনগী শক্লোন কয়া নৈনরি অমসুং মীওইবদা পীরি অনৌবা আশা। আন্দোলনদি তৌদ্রবা য়াদ্রবনি ; অদুবু আন্দোলনদা ফাজিনবা অমস্ম দরকার ওইরি। মী হাৎলু-ববুদি থাজবা অমগীদমক আত্মাঘাত তৌবস্ম অরানবা ওইরোই হায়না মত পীরি। অসিগুম্বা খ্বাইগা ওয়্নৈতনরবা অনৌবা রাখল মওং খরনা ইউরোপ পুম্ববু নোহোনা মশক তাকখি। মীওইববু কামুনা উথি— অতোপ্পা তাইবং অমদা চঙজরকপা মীচেন ওইনা ( an exile in a foreign Universe )। ঐখোয় পুম্নমক আন্দোলন তোগদবনি মী ওইবা তারবদি। ফ্রান্সকী দার্শনিক ডেকার্টস ( Descartes ) না হায়খি 'ঐ রাখল খল্লি অদুনা ঐ লৈ' ( I think, I, therefore, exist )। কামুস্ম হায়রি—'ঐ আন্দোলন তৌরি অদুনা ঐখোয় হিংলি' ( I rebel, therefore, we exist )। অসুম তৌদুনা ইটালিগী হৌজিকমক হিংলিবা লেথক অলবার্টো মোরাভিয়া ( Alberto Moravia ) স্ম হাইকেৎ য়েংবদদি কামগী ঈন্থল অদুদবু থাবা ওইনা উরগা মনুংদদি পুন্সিগী থাঙঙমদবা পোৎলুম ( Boredom ) উৎপা সাহিত্য জাৎ অমা

পূথোক্লি। উরিবা জগৎ রিএলিটি ( Reality ) হায়বসি কৈঙ্কুপ শূপ্নদা থুংদবা কম্পোারগুম্না, ইলেকত্রিক থানবা ইমুংদা মৈ ফুৎকা-ফুৎকা মম্বগুম্না মোরাভিয়ানা লৌরি। অদুনা ইথোরকই খাইনা খঙনরবা লাইরিক—উইমন ওফ রোম ( Women of Rome ) অমসুং টু উইমন ( Two Women ) নচিংবা লাইরিক কয়া। জগৎ অসিদা উরিবসি মুঙাইবা নত্তে, ফজবা নত্তে, অপেনবা নত্তে। খাঙঙমদবা পোৎলুমনি, থাদবা য়াদ্রবা লুম্নবা নম্বোনি।

তোপ-তোপ্না পনবা য়াবা মীশক অমথক্কুংনা হন্দক্কা নোবেল প্রাইজ লৌখিদবা - লৌবা ঙমখিদবা—বোরিস পাষ্টরনাকনি ( Boris Pasternak )। মহাক্কী জগৎনা খঙনরবা 'ডাক্তর জিবাগো' (Dr. Zhivago) হায়বা লাইরিক্কা উৎলি—মীওইবগী পুন্সিগী লোম্না থুপ্না থমজরবা ৱাঙাঙ ৱাতা কয়া, থম্মোইগী ইংগিৎ কয়া, খাইগী আন্দোলননি হায়দুনা তোবসিদা লোইনা নৈথৎখরে অমসুং ৱাজনীতিদনা মী ওইবা নত্তে অতৈম্ব ফজবা কয়া লৈরি। সমালোচক অমনা ভাব অসি ফোঙদোক্কুনা "ডাক্তর জিবাগো" লাইরিক্কী মশক তাকখি—"This sense of the overwhelming need to communicate one's own individual experience, to add something distinctive to the always growing sum of the evidence of life is the most moving theme of the book." লাইরিক অসি শম্না হায়ররবদা এন্টি পোলিটিক্সকী লাইরিক্লি। মুংশিবগী শকলোন কয়াম্ব উৎলি।

অস্তুম তৌনা মতমগী সাহিত্যনা হৌজিক্কী পুন্সিবু মশক তাক্লম্লি। মিৎয়েং অমনা লোইদে। মওং কয়ানি। অদুবু সাহিত্যদি সমাজগা লোয়ননা চৎমিন্নগদবনি হায়বসিমদি পুম্নমক্কী য়ানবা মতনি। খুৎশমনগদবনি। অদুবু অমুক অমতা ওইখিবস্তু য়াদ্রি। 'ট্রেজিক প্লেন' হায়বা অরাবগী লৈই অমগা 'টি ভিএল প্লেন' হায়বা পুন্সিগী লৈই অমগা অনীগী কক্লফম অদুদগী হৌরকই সাহিত্য অমসুং আর্ট। অনীমক চঙই। ওইগদৌরিবসি লিটরেচর এনরেজদ হায়বদুনি। কা হেঞ্জিল্লুরগা ওইখি অশাউবা সাহিত্য, লিটরেচর এনরেজদ - প্রোপাগণ্ডা। অমুক থাপতোকখরগা ওইখি আইভরি টাৱারগী সাহিত্য - সমাজদগী থাপতোকখিবা অনী অসিগী চাং অসি ফজনা থম্ববু আর্ট কৌই। তশেংবস্তু কোম্টলরগী মততা আর্টিষ্ট অমা হায়বসি থৌরিদা চৎপগুম্বনি। শোয়খিবদা চীংখাদা ওন্থখিদৌরিবনি। মতমগী মিৎয়েংদা অরেপ্পা লৈতনা মতমবু ফাজিনবা লাক্লবনি।

সাহিত্য হায়বসি পুন্সিগী সমালোচনানি। মতমগী সাহিত্যস্তু তশেংনমক হৌজিক্কী সমাজগী সমালোচনানি। থায়নগী জগত্তা লমজিং মৈরা পায়বীরম্বা ঈশ্বর অদু মাঙখিদুনা অমুক অমম্বদা মা-মাদুনা ঈশ্বর মানবা কয়াবু খিনরকপগী লোইবা নাইত্রবা সাহিত্যগী খোঙচৎনি। পুম্নমক ঙাইনরি - ফংদ্রি। অদুবু আশা তৌনবদি য়াওরি—নোংমদি থেংনখিনি। তশেংনমক থেংনরকখিগদ্রা ?

---

## এম, কে, বিনোদিনী

# দার্জ্জিলিং চৎথৌদা

চৎকে হায়না খোঙশানবমক্তি দার্জ্জিলিংনি, ইগে হায়না নীংবস্ত খোঙকমদুগী বারৌনি — অদুবু ঙাইহাল লমথৈ চৎনীংলকই।

লম কোয়ব — অসিমসু অঙকপা নেশানি। 'লম কোয়বা হায়বসি ঐগী হোবীনি' হায়না কয়ানা থওইনা শেন কাইদুনা লম কোয়। চপচানা টুর প্রোগ্রাম শেম্মি — থুংলুগদোবা হোটেলদা থেংনবা শ্রীঅরবীন্দগী কোটো ফাওবা পুই। অদুবু অঙকপা ইমুং অমগী অঙকপা লম মকোয়সু লৈরি। ইমুং অদো কুম খুদিংগী লম কোয়বদি শোয়দ্রবনি। পোৎ য়োম্বা লোইরে — ঈশিং লীঙবা মখোয়গী খোঙ্‌চৎ থৌরাংনি। হাঁওড়া য়োরে — থম্মরকই — কদায়দা চৎসিগে? মচাশিংগী বাস্থু তাকম খোকই. সুপীগীসু। টিকেটপু ক্ষংখিদ্রা হৌজিকপু! কমনো তৌদোসে, কদোমদনো চৎতোসে। কদোমদা চৎখি খঙহৌদ্রে. অদুবু নোংমা উবৈ। ঐনা হংই— "নহালগীদু কদোমদা তাগ্রে?" "মহাক্ষী হায়দি?" "নহাল লম কোয়বা চৎকনি হায়দনা তৌহৌবদো ঐগা হাঁওড়াদা থেংনবদো।"

থনমথৈ থম্মরবা তুংদা খরকপুর চৎলি হায়। মুম মুম্মদুনা মতৈমনাওনা বারৌ তৌই — ঐদি থোইনবু লৌক্ষম থওদে। অদুবু অসিমত্তুংদি শেংনা লৌবা ঙম্মি — মখোয় অদো ইহাঙ হাঙনদি হল্লক্কে। করিগুম্বা খরদি খুত্তা পায়রকই।

চহী কয়ামুক্কী মমাঙদা লোংমা ইত্তোমতা হাঁওড়া ষ্টেসনদা টেক্সি ঙাইদুনা লেপলম্মি। পরেং লেপ্পমক্তি য়াওরক্কে—কুলিদুনা ঙাইবীগে হায়। মুংশা হাইফেৎ থী, ঐবু মীয়াম মরক অসিদা মাঙদুনা ত্তোক্লগদরা? হয়া য়েংখিবদা ইনাক্তা জেসস খ্রাইষ্ট মানবা পাখঙ্ অমা লেপলম্মি। হংলকই অশেম্বা খোম্থোক্লা, —Are you a tourist? পুক্লীংদা মুঙাইবা অমা পোকখি, মীনমদুনা খুমখি—'মানি হোয়'। মায় খনমাল্লে থাইলেগুগী নক্রগা মালয়শিয়াদগী লাকপী কনাগুম্বী অমা ওইনা। খঙহৌদনা পাখঙ্গী পুক্লীংদা পোকখিমাল্লে-উৎকে মুপামচা ওইবগী অচৌবা পুকচেল। ইত্তেং শাংবীগে হায়রকই। ঐনা খুমখি—'Thank you, just waiting for a taxi' ভাঙা অসিদা মাঙদা চৎলিবা ভিক্ষানিবদা পুকচেল চাউবদুনা অনায়া সিকিরা করিনো অমা পী। উৎকে নীংথ্রবোই মিয়োক মীচান কবগী অয়ংবা খুদম। ওম্থোক-পনি, ইংলেগুগুম্বা লমদদি ভিক্ষা নিবা মী থেংনরবদি পুলিশতা পী হায়। খঙদ্রে কদায়দবু করিবনো? রায়ী অসি মত্তেক খরপা লৈরি। মাবাঙবী ভিক্ষানিবীদুনা খরা চঙশিনখিদুনা পাখঙ্গী কজরবা খদাং-কোইদা খিত্তং নানদুনা হায়—'ইপা, লুপা অমত্তাদ কাহল্লুদনা.........'। ক্রিং চোংথোকই পাখঙ্না খোঙ্কাপ অনী তুংলোমদা। হাইফেৎ ঈকায়না ঐঙোন্দা য়েংলকই। ঐমু নোকফেৎ ত্তোদুনা মায় ওম্থোকই। ঐনা নোকপদো মা উরমদবসু য়াই। থৌদোক অদো করিমু লৈত্তবনি অদুবু কম্ভেদনা তুরিষ্ট অমনা মদুমক উখিবদি।

মতুংগী সুমিত্তা দম্ দম্ প্লেন ভাকমদা প্লেন তোংনবা চৎলম্মি। লেংজুম অনৌদা খাউ ময়াম অমসু য়াম্থরি। খুত্তনা লুপা নিপান পীত্রুনা লৈবা বক্সিগড় অনী হাপ্পা উচেক পোন মচা অমা। পোংকী পোৎমক্তা হাইবেৎ রাই শংনদি চৎলে হায়রবু। মাঙদা চৎলি ইম্ফালদা হাইবেৎ খঙনবা ভদ্রলোক অমা। ঐনা আশা তৌরুই— পোৎ ময়োম অমত্তা ওইরবসু পুবীগে হায়রকপা য়াই—করা কত্রবসু ইরৈবাক মচানি। অদুবু ইয়াং য়াংনা সুপা ওইবগী খোঙ-থাংদা মাঙদা চৎখৎখি। ঐনা খলহৌই—টুরিষ্ট ওইরম্লবদি ফদোবা।

পিরামিডনা লৈতেংবা, নাইল তুরেলনা কোনবা ইজিপ্ট য়ৌরু'দ্র, চাওখৎলবা আমেরিকাগী রোকী চৌংতাও কারুদ্রি। ইনক নক্না দার্জিলিং ফংওবতনি। ফেব্রুয়ারীগী সুঙাইবা মতম অমা। মরূপ অমগা লোয়ননা দার্জিলিং চৎকে হায়না কলকত্তা পাংলকই। চুম্বা য়েংগে কোয়গে হায়না চৎপমক্তি নত্তে থবক অমগী চৎপনি। মঙা-তরুকনি কলকত্তাদা কাইখি। সুপীঙাক্তা লৈবা খুদোং চায় ত কপীরকুনা অমুক্তা থুংলুপ্রিবা হোটেল অমদা থুংলুই। হোটেলগী মেনেজর মিষ্টর আলিনা কুইনা খঙনরকপা মরূপকুম তরাম তরাম ওকপীরম্মি। করা থাক য়াংবা হোটেলদা থুংখিবসু ময়াওরে অদুবু হোটেল অদুগী আবহাওয়া তোঙালি - ইস্তনে'স-নেল ওইবা রাখল অমা পোকহল্লি। হোটেল মপু মতৈমনাওদো নোংচুপলোমগী মীনি। সুপাদুদি অনীশুবা লাঞ্জাওদা কেপটেন ওইনা মণিপুরদসু খোররুম্মি হায়। য়াম্না তরাম তরাম তৌবী।

ব্রাগী ব্রাতাই ভাইহ কসু শান্নতুনা ইমুং অমত্তদা লৈবা মী ওইনা খলহল্লি। থাক্তৈংশেংবমক 'ইন্তর্নেসনেল টুরিষ্ট হোম' হায়না মিং থোনবা য়াই। উনবা খুদিংগী থঙনবা থঙনদবা 'গুদ মোর্নিং' হায়নৈ। অদুদগী কনানা কদায়দা চৎখিবা করম্বা মতমদা লাকপা থোইনা হিসাব থম্নদে।

মু'দাংব্রাই খুদিংগী বারান্দাদা অনী কোয়শিন, অহুম কোয়-শিন, তুমিন তুমিন ফম্লে। নোংমদি মরূপকা ঐগসু হকচিক লাংল্মি। থংনবা টেবলদা ইজিপসিয়ান অনীনা পীক্লবা মেছিন অমদা ঈশৈ খোংলি। ঈশৈ অদু তারিবরা তাদবরা মায়থোংদা কঙিসু ফোঙদোক্কে। হংলকই—কদায়দগীনো মেডাম নখোয় অনীবু, করি জাৎনো? ঐনা হায় "ঐনা মণিপুরী, মানা খাসী।" খাসী হীল, মণিপুর ভেন্সী। থঙলমগদরা? চাউরবা পৃথিবীগী মেপ্তা করি মচুবু শঙবা পীকলবা বিন্দু অনীদু শোয়দনা মিৎয়েংদগী চিৎৎরমগনি। হায়রকই অমুকসু –"নখোয় অনীগী ঈশৈ অমমমতং লোগে মেছিন্দা য়াগরা?" য়ানীংই ঐখোয়সু। ঐগী খোঞ্জেলনা ইজিপ্তকী অভিয়াদা ভিনখিবা। নোং-ফাদোকসু নিংথৌরেনগী মোংফমদা পিকনিক চৎপা কাঙবুনা খোংলুখসু য়াই —পীক্লবা ঐগী খোঞ্জেলনা যুগ যুগ য়াহীপ তানগ্রবী ক্লিয়োপাট্রাবু হোদোকপা ঙমদবদি য়াই। অদুবু ঈশৈ শকহৌদরে। কনা কনানো মখোয়গা থঙনবা কাঙবু অমা লাক্কুনা 'Sorry, next time' হায়না নোল্লুকপা রাহৈ হায়রম্লগা চৎখ্রে। মতুংগী মুমিত্তা অমুক হন্না উখিদরে চৎখ্রমালে।

নোংমা অমনা মতুংদু সন্ধ্যাদনি। মণ্ডাল ফাজিল্লবা থাংবৈ পরেংনা থাবলগুম নীংথিহল্লবা, অতপ্পা ইংলিশ মু্যাজিক্কা পুক্লীং মরাঙ হৌহল্লবা দোতলাগী মাঙ্গোল মচাদা য়ুম্বু অমসুং য়ুম্বুরেম্বীনা মী থরগা বারী শাবম্মি। নুপাগী নেমনেম্বা রাঙাংগা নুপীগী মীনোক্কী ঈথক্কা মশম অদু নিল্লি–অদুবু চরাংনবদি নত্তে। মখোয়গী অসিমক্তংদি ওম্ষোক্কা পামজখরে। মঙা ভরা তিম্নবদা মখোয়গী অপুনবা খোঙ্গেলদো নিলবতনি, লাঙবদি থক লাঙদে, থৎনা-চৈনবমক নত্রবদি। ঐখোয় অনীমু চঙদুনা কমলুই, ঙাইহাক বারী শাব, য়াওরুই। বাখল তৌজ্জ পুক্লীংদা করিদ ব্যবহার কায়খিগদগে, করিদা রাঙাঙ শোয়খিগদগে। নোংথাং মানবী য়ুম্বুরেম্বীনা মঙাল য়েদবা হাইফেৎ উরুম চাংবা মফমদা কমদুনা মীবু শুম্বাৎলি। ঙসাই অমুক শেৎপা শংলেনগী পোষাকতু নত্তে। ঙৌরোক ঙৌবা লেসগী হকচাং নপ্পা ফিজেৎনি। কোক্তা উচেক মচুমগী মতমগী ইউনিফোর্ম শমবুল। অহাপ্পা শাংলবা পানা মিৎয় থম্বাল লৈতেংলি। ঐনা খনখি খরা ঙানবা মফমদা ফমলবম্র য়েংবা নুঙাইদৌবা। অদুবু "করম্না ওইখোক্কদৌরিবনো অপঙ্‌বী", মরূপ্পা নোঙাল্লগা বারী শাবদা হায়খি। চুম্মী, পুন্সিগী অমম অঙাল শিম্নবা মতমদা থোকপা শক্তিক থবানা করম্না বিজু-লিগী মৈঙাল থাঙগনি? অরাবনি, চহী য়াথৈগী সিমানাদা খোঙ নামা থাংজিল্লবা য়ুম্বুরেম্বীগী মায়খোংদা চহীগী লৈই চিংবা হৌরক্লে। মতাং অসিদা থাবল মঙালবু নৌহোননা নুংশিদবা কনানো?

দার্জিলিংগীদমক প্লেন হেক কংবা মতমদা ইন্টর্নেসনেল হোটেলগী অকা অপুনবা রাখল হুক্লোকখ্রে। "Am I presentable"? ঐবু মীমাঙ খোকপা য়াবগদবা হায়বা বাইচিনবা পুক্নীংগী বাহং অমুক হন্না থল্লুদরে। কাদা হোটেলগী বই চঙলকপা খুদিংগী ড্রেশিং গাউন লাম্বগী অরাবা লৈতরে। মতাং অমদা ঙাঙ্নরকই, হিমালয় মাঙদা উরে। উরকই - ইলং লংবা হিমালয়না নিক নিক লেপ্পি। খঙহৌদনা মিত্তা ঈরা চেনখি অদুগা পুকন্নুংদা হায়রকই— "হে অপালবা, অরুবা। হে অৱাংবা নঙ্বু কনানা শাবনো? পুন্নমক লৌখিসনু নঙ্বুদি পীবা ঙমলোই।"

বাগডোগ্রা য়োরে। লুহোংবা, নৌরিবা মতৈমনাওস্রু দার্জিলিং চংলম্মি। হোনী মুন চৎপা ওইরম্মারে। ব্রেক ফাস্ট টেবলদা খঙনবা হৌই। সুপাদো মরুমদা চাবা য়াম্না পেৎমাপ্লে, রেস্টোরেন্টকী খানসামাদা য়াম্না ঙাঙই—এ ক্যা বনায়া…দুসরা লাও, বদলী করো……অসিনচিংবা। মাগী নিঙাই থেমনরিবৈদা লেডিনি হায়রুনা কমজরিবী ঐখোয় অনী রুনা কুইনা চাবা যংদে। কার অমত্তদা ঐখোয় মরি তোংমিরৈ। অদুদগীদি দার্জিলিং। থরায় অসি উত্রিবা দার্জিলিংনা থল্লম্মি। উমংনা তুংলোমদা চেল্লহোই। অদুক সুঙাক্লিরিবৈদা অনৌবীত্নুনা বাকায় শুরকই। হায়রকই মপুরোইবদা—"অসি ওইরে নখোয়গী দার্জিলিং হায়বদো। ঐদি য়াম্না ফজরমদবোই নীংলুই।" ঐনা চৈন্দি খোক্তে, পুকন্নুংদা খুম্মি—হো ইবেম্মা, নখোয় অনুবাইদুবু হিমালয়কা লৈজরা? উদরা নঙবু চীং লম্বীগী নাকল অনৌদা প্যারেল

কুপ্তোমোয়রিয়া জেপোনিকাগী ঈুপায়, ফ্রৈরিসে, য়েংই কৈরোগে চৌংমায়ৎথয়া শাৎলিবা য়েহাদোত্রেংস্রানগী কুমৈসে।

হিমালয়না নাউকোনবা লম দার্জিলিং অচৌকপা সহররি। জাতি কয়াগী মীনা তিল্লরি। কলকাত্তাদগী তিনি—অতুবু, মদুদি সমুত্রনি। ঈথক ঈচাও পানশিল্লকপনি, কনাবু কনাদো খঙবনি। বসন্ত চঙলক্লবগী দার্জিলিং শাথিনা ঈংলল্লি। সন্ধ্যাদা থিকম লাককয় খঙদদুনা অহোঙবা হোটেল অমদা অদুম থুংলে অদুবু সুঙাইতবদি নত্তে। হোটেলগী মেনেজর অদু খোঙবা কোয়বা চৎথি হায়বনা লৈরমদে, নেপালী অহল অমনা শঙলল্লি। মহাক মশামক্লা ঈশিং অশাবা থাউ অমমম কৈজুপ মথাদা থবিরমত্রবসি অহৌং অদো উনগী ফমুংদা লেপ্লমগনি। অন্নৈবা মকম ওইবনা ঙন্তা মিকপ থোরকই—মরূপতি অদু ফাওবা কৈসি কোন্দুনা তুমলি। ঐনা মিহুংথোং মথাদা লেপ্লি, উরকই—কাঞ্চনজঙ্ঘা। অচৌকপা অয়ুক অদুদা মুনিসিপালগী মোটরগী মখোলতনদি য়াম্না লাউনা তাকলমই—দার্জিলিং মিকপ থে কল্লে, ভাইরঙ শিঙ্খা হোরকলে। তাঙ্গা অসিদা কদায়দগীনো মাইক পানথত্তুনা চৌংঙ্গোল শেৎ কায়না থোংগৎলকই। হিমালয়গী অচৌকপা থুগাইখি, থুরক্তা চত্তুনা লাউরিবা মথা, অদো য়েন-শিমীংলুই। ওয়্যোক্লা নাত্তে, ছককিদরে, মখোয় অদুবাগী পুলিশশিংদুনা থর তাথীবরা কৰিনো খঙদে।

দার্জিলিংগী কৈথেল অসি মাট শুমিৎ—নত্তবা মুমিনদি থোইনা চাউনা কাদে। কৈথেলগী নাকল অমদা টিবেটানশিংনা

খোইরু, শামতু লং টুপী খোঙউপ মথল মথল য়াম্না য়োল্লি। মখোয়দগী লৈবা চঙই। লৈনিংবদি থরতনি অদুবু অয়াম্বদি খঙনীংবনি। ঐগা মান্নবা করিগুম্বনা চিংশিনবা অসি হৌনশা ওইরমাল্লে। কান্নবা কান্নদবা য়েংদনা পোৎ খরা লৈ — মরোলদি খঙদে পঙনোক নোকমিম্নে। মখোয় অদু উরগা কুইখ্রবা খোদোক অমা নীংশিংলকই। অদুগুম্ব বুদ্ধগয়া কোয়বা চৎলৈঙদা থোকখিবা খোদোকনি। ক্যামেরা নৌনা পায়বা হৌবতা মঙাম্নরি। অঙাংনা ময়া হৌবা হৌগৎলকপদা অফং অফং চিকপগুম ঐসু অফং অফং পংনমত নম্মি। থোইনা ফজবা ফজদবা থিরুদে। মতম অদো টিবেটান যাত্রী ময়াম বুদ্ধগয়াগী মন্দির দর্শন লাকপা মতমনি। কনা কনাগুম্বা ভক্তদি দণ্ডবৎ তৌদুনা শাংলবা চীংলম্বীদা, উন মরক্তা বুদ্ধনা মঙাল ফংখিবা মফম থুরুম্বা লাক্লম্মী। লাইনীং লম্বীগী অচুম অয়ান খঙদে—অদুবু থাজবগী পুক্নীং শেংবগী করিগুম্বা থরদি ফংগনি থাজরুই। ভক্ত অদো লেম্না মাঙগনি নীংদে। কদায়-দগীনো ঐসু টিবেটান যাত্রীক অমগী ফোটো কোক নমলুরে। হেক লোইবগা মানা মথুং তিংথোরকই—কদায় ঐগী ফোটো পীরো। ওস্তোকপা দযানি, মরোলদি খঙনদে। কনা ইংগিৎনা হায় কোমা থারকে, কৈদোগে নঙবু ঠিকানা পীরম্মু .... ... অসিনচিংবা। বুদ্ধগয়াদা মঙানি তরুকনি লৈবদে। মাগা থেংননি থল্লুবদা ওস্তোকপা লাইমন ওইখরে। নোংমদি মন্দিরগী অকোয়-বদা কোক হেক থেংনৈ। মথুং তিংথোরকই, শাসু নোকই,

ঐস্থ নোকই। লাইবক ফড়ুনা যাত্রীক মরক্তা লাইরিক হৈবী অমা য়াওরমদুনা মঙোন্দা ঐগী অরাবদো তমলে। লৈশাবীদুনা মরোলদা তাকপীরবা তুংদা মুপাদুনা 'ও' হায়রবা শাংলবা খোম্থোক অমা ঃথোকহল্লমলগা নোক-নোক্পুনা চৎখি। মতুংদদি ঐবু অমুক হন্না ওৎখিদরে।

ঐনা খ্বাইদগী ঙকপা অমা লৈখি— মদুদি করিগী মীওইবনা হিমালয়বু জয় তৌগে থৌরাঙবা। করিগীদমক হিমালয়গীদমক থব্রায় থারীবা? মসিগী অর্থ হিমালয়গী মাউন্তেনিয়ারিং ক্লবকী ম্যুজিয়ম উবদা মমি শামি ওইনা থরমখৈদি খঙবোই নীংখি। অওইবদি অনৌবা যুগকী মীওইবনা যুগ যুগ কয়াদগী পৈশিল্লক্লবা হিমালয়গী লনগৈদগী পোৎচোই থরদি খূনবা ঙমলে—অদুবু কদায় মাগী শুঙ্কৎলাংগী মশকপু করিনো?

ঐখোয়না লৈবা হোটেলদো অয়ুক্কী ব্রেক ফাষ্টতি পী। মুপা অনীখকস্থ ঐখোয়গা হেক হেক চামিন্নে। মখোয়না খঙনবা হৌরকই। করি জাৎনো কদায়দগীনো ঐখোয়দি থোইনা হংনীংলুদে মরমদি অয়ুক অদো ওম্থোক্না ঈংগ্রে, থোইনা রারী শানীংলুদে। অনীদু অমনা Vicks Vaporub কী কেনভেশরনি অমনা Lakme´গী। Lakme´গী মুপাদুনা থরা থরায় য়াওশিল্লি—ঐখোয়না মুপী ওইবদুদা। হায়রকই—"মেডাম Lakme´গী মকেশেন্নবা পোৎকী মমিং তাবিররিনিদনা?.... তাবিদ্রি? অঙকপনি। অদুদি রারী অমা লীজগেকো। Lakme´গী পোৎ পুন্নমক অসি ভারত্তা শাবা ঙাক্লনি।

য়াওবীরম্বসু য়াই, চহী কয়ামুক্কী মমাঙদা চাউরবা মুপীগী আন্দোলন অমা তৌখি······· ও! অদুসু য়াওবীহৌদেএ, খবর-কাদদি য়াম্না ইনখিবনিদা। অসুম তৌবনিমা। মপান্দগী লাকপা কোস্মেতিক অসি লাকপা খংলেপ লেপখিবদগী ভারতকী মশা নানবী মুপী পূম্নমক য়াম্না মিপাইখি। হায়দোকপদি য়াবা নত্তে মসি ভারতকী পোলিসিনি। ফোরেন কোস্মেতিক্তা ভারতনা চহী অমদা তিংবা শেন অসি য়ামগ্রে। মসিদগী মুপীশিংনা হৌরকপা আন্দোলননি। বোম্বেদা চাউরবা মুপীগী সভা অমা ফমদুনা নুপী মঙা খনগৎলগা জবাহরলাল উম্নবা থাখি। মসিগী তুংদা প্রধান মন্ত্রিনা শ্রীটাটা কৌদুনা হায়— 'সে, ভাই টাটা, ভারতকী মুপীশিংগী ঊনশা মাঙবা তারে, অদুদসু নত্তনা লৈবাক কায়বা তারে অদুনা Yardley অমসুং Max Factor গা লাম্বা তৌবা য়াবা মকে শেম্বগী মপোৎ মচৈ শুনা কনাগী হেয়ার স্প্রে অমসুং বাথ সোল্ট ফাওবা য়াওনা ভারত্তা শাদবা য়াদ্রে।' অদুদগীনিসে Lakme´ থোরকইবসে। হৌজিক্তি মেডাম Lakme´ অসি মপান্দবু য়াম্না পাম্নগ্রেনে। সে ········ য়েংবিয়ু সে।" অসি হায়দুনা পমক্লেট অমমম পী। হৌজিক ফাওবা পমক্লেট অদু লৈরি। অদুবু নোংমতা Lakme´ থাবা কৈনোমত। লৈদনা শীজিন্নগে তৌববু ঙমদ্রি। Vicks কী পাড়া লৌথরমদাইদা টেক্সি লাক্কুনা ঐখোয় অনী অদুম কোয়বা চৎলে। মরুপনা গাড়ী মনুংদা হায়—"কয়া মচীন থীরিবনো কদায় কদায়দগী ৱারীনো শাশিনবা কয়া হৈরিবা।"

ঘুমদা লৈবা মোনাষ্ট্রি অসি কনা লীরবা মোনাষ্ট্রিনি। চীরুবা মন্দিরগী ময়ায়দা লৌশিংগী থাউমৈ থাল্লম্মি। মচু শুকমূৎ মূৎপা য়াদে হায়। কোয়না চত্ত্না ঐখোয়না অস্থুম য়েংই, ময়ায়দা চাউরবা বুদ্ধগী মূর্ত্তিনা চীংলেম্মি ; মখোঙ অনীতুদা কনানো অমনা কোমলা মশুং অনীগা লফোয় অমগা কৎলম্বগী লৈরম্মি ; ঐনা হংই হে অথোইবা কনা লায়রবগী চম্নবা পূজানা নঙ্গী নখোঙ থম্বালবু লৈতেংলি। ওন্থোকপনি, নঙ্গী লৌশিংগী মঙালনা পৃথিবী শীন্না শন্দোকখিবা অদুগা ভারতকী মন্দিবদনা খূদমগী মঙালনা মহুৎ শিলহৌবা অৱাবনি।

দার্জ্জিলিংগী টাইগর হীল কাড়না মুমিৎ থোকপা য়েংদনা ময়ুম হনখিবা লমকোয়বা মী অতাঙবনি। মুমিং থোকপা অসিতা য়েংগে হায়দুনা কুম-থা টুরিষ্ট অয়াম্বা লাকনৈ। অহীং হৌনা জিপ তোংদুনা ঐখোয় অনীম্থু চৎলি। কলিকত্তা মহানগরীদা পংকিদা কিবা, পংচিংদা চিংনবদো দার্জ্জিলিংদদি লৈতে। জিপ থৌরিবা ড্রাইভর দাজুদো চহী কয়াদগী খঙনরকপগুম থাজরকই। টাইগর হীল! কদায়দনোনে মসিবো ঐনা য়াম্না নক্না তাখিবগুম তৌরিসিবো। খঙনীং নীংশীংলকই নন্দগোপাল হায়না কৌবা কবি অমনা ইখিবা 'উন্নবা' হায়বা কবিতাগী পরেং খবা—

উন্নখি অহানবা ওইনা নঙ্গা টাইগর হীলদা,

থোরকখি মুমিৎ তাঙ্গাতুদা...... ........

চপ চাবদি নীংশীংদরে অস্থুম হায়না ইমাল্লে। হৌজিক্তি টাইগর হীলগী চীংদোলদা লম কোয়বশিং খুদোং চানবা পোথাশঙ

অমস্থ শারে। চা, কফিস্থ ফংলে। হৌজিকমক কনাগুম্বা শাবী শানৌ অহানবা ওইনা উনরবদি ইবস্থ য়াই—

উনখি অহানবা নঙ্গা
টাইগর হীলগী পোথাশঙদা
অশাবা কফিগী মনিল,
নঙ্গী ঐগী কপতগী,
তিনখি পূন্না হিমালয়দা।

মিনিট নিফুত্তরেৎলোম ঝাৎলি হায় নুমিৎ মশক উগদবা। অদুনা ঙাইবা তাথি। কেরোসিন থাউমৈ মঙালদা, ঙরাং খাকপা অচাপোৎকা চৌকিদারগী ফোঙ ফোঙ শাবা কফিগা পাবদি স্বর্গগী চীঙ্গাক্লা কৈদৌনি ? নুং-পাল ভূনা খরা শারবোই নীংই। ঙস্থমখৈ অথাবা ফি শেৎচিন, কম্পর অমা য়েৎশিন অদুগা ঙরাং লৈবা টিবেটান টুপী উপশিন ঐখোয় অনী নুমিৎ য়েংবা পোথা-শঙগী মথক্তা কাখৎলে। অতৈ অতৈস্থ য়াম্না ঙাইরম্মি। ঈংবনা তরৎ তরৎ চিংশিল্লি। হিন্দুস্থানী নুপী অমদি ফমথদুনা খাঙই, লোয়নররকপা নুপাদুনা চা-কা ফনা থকউ হায়—অদু ফাওবা য়াখিদ্রে। অনাবদু মঙায়খরে। অস্থম য়েংখিবদা অরাং মায়কৈদা টিবেট চীংশাংনা শাংথ লেংথখ্রি। পৃথিবীগী লৈমায়দগী ফুট ১৫,০০০ ঝাংবা মফমদা লোৎলিবা অঙকপা লমবু অস্থম খল্লুবদা মিত্তা উরকই চহী কয়া কয়াগী মমাঙদা ফিঙাঙ শেৎপা বৌদ্ধ ভিক্ষুনা হিমালয়গী উন মরক্তা টিবেট পাংনা অস্থম চৎলি। অঙৌবা উনগী মরক্তা গেরুরা মচুগী লৈতেং মচেৎ অমত্তংদো

কয়াদা ফজরিবা। মুংশিদকো দালাই লামাগী টিবেট। নঙগী তোঙাল্লবা সভ্যতা অসুম মাঙথ্রগদরা ? অদুদগী করি ·· ·······? অদুদগী করম তৌবা·············?

য়েংনা য়েংনা মিনিট নিফুত্তরেৎ লানথোকখ্রে। ভাঙ্খানবা নোংপোক ঈপাক্তা সনাগী মশেক উরক্লে— অহানবদা সনাগী লৈই অমত্তুং অদুদগী অসুম অসুম মপুং ফারকই। অসোমদা লুপানা ফদোংবা কাঞ্চনজঙ্ঘগী চীংমায়দা সনাগী লৈই অমত্তুং অদুদগী অসুম অসুম মপুং ফারকই। সনাগী লৌরী চেল্লকই; সনাগী ঈপোম হৌরকই। ভাইহাক্কী মনুংদা সনরূপ্পা কাঞ্চনজঙ্ঘনা নিক নিক লাউরক্লে। কদায়দবু মিৎ থমশিগে, মুমিত্তবু য়েংশিরা, কাঞ্চনজঙ্ঘদবু য়েংশিরা মফম খঙখিদে। কনানা কনাবু হেল্লিবা। মিকুপ অমতা মাঙহল্লীংদে—মতম অসিদদি কদায়দগী কেমেরা খুন্তা পায়গনি ? অরাপ্পদা অমুক উথ্রি—তিনকন্যা অমসুং গৌরিশঙ্করগী চীংদোল।

মুমিৎতুদা খঙলক্লে করিগীনো মীওইবনা হিমালয়দা ভাওরিবা, করিগী মুনি ঋষিশিংনা হিমালয়দা কাদুনা উনগী লাইমীং আসন লৌরিবা, করিদগী হিমালয়না শিল্পী কয়াগী থম্মোই হূরিবা, কবি কয়াগী থম্মোইদা ইথিল-ইনোৎ হাপলিবা। খঙলক্লে, মদুদি হিমালয়বু জয় তৌগে থৌরাংবা 'ওইরমদরে, মসিদি মীওইবগী ব্রাংলবা সাধনা মথল অমা ওইরমলে।

---

# মাংখোই থাইমৈ

## নাওশুম অমত্তদগী

মণিপুরগী চীংমী অমসুং তম্মীগী শাওং-শাবান, কুচু-কুমেন অমদি মিত্তা-নাতামকসু মখোয়গী হৌরকফম অমত্তনি হায়বগী প্রমাণ অমা ফজনা পীরি। ঐখোয় অসি কাঙলুপ অমত্তগী মীওইনি হায়বা অসিমদি ঐখোয়গী শক-চু অসিমকসু অচুম চেন্নবা ইয়া য়াদ্রবা খুদম অমা ওইরবনি। মপানগী অখণ্ড-অহৈ-শিংনসু ঐখোয় অসিবু মঙ্গোলিয়ান কাঙলুপকী মীওইনি হায়রি।

হৌরকফমগী মতাংদসু ঐখোয় অসি তোংঙান তোংঙানবা মফমদগী হৌরকপনি হায়না মমি-শামি ওইনা খল্লুবমক য়াওরল্লবসু চীং অসিনা ঐখোয়গী থায়নগী অহল-লমনশিংগী ইহান হানবা শাইদাংফম ওইরমলিবনি। হৌজিক লৈরিবা তম্পাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা চীংলোন মাপন অসিনা মখোয়গী অহানবা য়াকাবুং অমসুং খোঙদাফম ওইরম্বনি। চীংদা মতৌ অসুন্না শাইদাংজুনা লৈখিবা মতম অসিনা ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী অহানবা য়াওননি, হৌজিক ঐখোয় খ্বাইনা "তম্পাক" হায়রগা খুঙনরিবা লমদম অসিদি মতম অতুদা চাংজৌ নাইদ্রবা ঈশিংগী ঈথৎ অমা ওইরম্মি হায়বসিদি মৈতৈগী অরিবা লাইরিক কয়ানসু প্রমাণ ওইরি। লাইগী নোংদমদগী হায়খ্রিবা ঈশিং অসিনা

অসুম অসুম কংথগ্রবদা চীংদা শাইদাংলম্বশিং অদুগী মনুংদা কাঙবু খরনা তমদা খুন্দাবা হৌথি। "শফন্ন কাওরগা কাওই" হায়রবা মৈতৈ অহল-লম্মনগী পাউরোগুম্না মতম অমদি মফমগী মতুং ইন্না মী মী অদুগী পূক্লীং, ব্রাখল হোংলকপা ফিজেৎ-চাকচা, শাজৎ-লোনচৎ হোংলকপসি মীওইবগী হৌনশানি। মসিগুম্বা শকমগী মতুংইন্না পোক্লকপা অনৌবা ব্রাখল অমদি শাজৎ-লীচৎ অসিনা মতমদা কুলকপা কাঙলুপ অদুগী সভ্যতাদা অনৌবা য়াওন অমা লাকখি। অদুগা অসিগুম্বা অনৌ অনৌবা ব্রাখল অসিগী লমজীং মতুংইন্না চৎথখিবা লোনচৎ-শাজৎ কয়াসিনা মনুং হুনজিন্না য়েংলুদবা কনাগুম্বগী মিৎয়েংদদি মখোয় অসিবু ইতোপ তোপ্পা কাঙলুপ অমা ওইনম্ন উহল্লি। অওইবমক মসিগুম্বা মিৎয়েং অসিমক্তি ঐখোয় খ্বাইগী লাইবক থীবনি।

অদুন্নদি ওইরবদা হৌজিক অসিদা হায়খ্রিবা কাঙলুপ অনৌ অসিগী লোনচং-শাজং অমদি ফিজেৎ-চাকচা য়েংলগা কাঙলুপ অনৌ অসিবু মান্নৈ, অমত্তনি হায়গদবসিবু কদাইদনো? অওইবমকন্ন জগত্তা লৈরিবা মীশিং অসিবু অনৌশুনা মান্নৈ অমত্তনি হায়গদবসি হৌজিক্কী মতমদা ইরায় লায়বা রাক্ষম নংলক্লবনি। অতৈগী ব্রাদি লায়খ্রদুনা মাবু থা তরা নাউপুদুনা হেক পোকপীরকইবা মমা অদুগা মচাগা অমত্তনি মান্নৈ করম হায়সিগে? মমাগী গর্ভদগী হৌনা শক্তা-চুদা শাওংদা-শাদাদা মচাদুনা মমাগা পুমখেন খেন্ননা অদুম লাক্লবনি।

অদুমকপু মসিদা উন্নিবা খেন্নবা মান্নদ্রিবসিগী অয়াম্বদি কুরাং-বান্দনি, মপানথোংগী কুয়োমদতনি মনুংগী ওইবা মপুং ওইবা বাফম হায়নবদি ঈদদি খেন্নবা করিস্তু নৈবা নত্তে, অমত্তনি।

মতৌ অন্নন্না ঙসি পৃথিবীগী মীপুম খুদিংমক্না তমজ-নীঙাই ওইনা লৈন্নিবা চাওখৎলবা আমেরিকাগী লোনচৎ-শাজৎ সংস্কৃতি অমদি সভ্যতা অসি ব্রিটেনদা লৈরিবা ইংলিশ-শিংগা খেন্নদবা নত্রি। অদুবু হায়খ্রিবা আমেরিকানশিং অসিবু ঐখোয়না ইংলিশকী ঈ নত্তে করম হায়সিগে? ঙসি ঐখোয়গী মিৎ অসিদা তোংঙানবা মী কাঙলুপ অমগুম্না উন্নিবা আমে-রিকানশিং অসিবু খৃষ্টগী কুমজ। চহী চা তরাতরুক শুরকপগী অদুন্নাইদা ইংরেজী হায়রিবা কাঙলুপ অসিগী মমা পোক্লকম লমদম ব্রিটেনদা পোকপা, মফম অদুদগী চাউখিবা ব্রিটিশকী অশেংবা ঈগী মীওই কয়ানা খুৎশেম-লৈশেমদুনা খুন্দাখিবা অখোবশিং অদুগী অশেংবা চারোন-শূরোন ঙাক্ত নত্রা? অদুনা মপানথোংগী ওইবা মিৎকী কুমৈদা মখোয় মখোয়গী সংস্কৃতি অমদি সভ্যতাদা মান্নদবা খেন্নবা কয়া লৈজখ্রবস্তু, লৈফম তোংঙানজরবস্তু চাওখৎলবা আমেরিকানা লাপখ্রবা ব্রিটেনগা থম্মোইদদি থায়নদগী হৌনা অমত্তা ওইনা অদুম লাকলি।

মায়গৈ কয়াদগী চেনশিন্নকপা অচৌ-অপিশকী ঈশিং ঈচেল খিখিক্না পুন্নগা চাংজৌ নাইত্রবা সমুদ্রগী ঈপাক অসি ওইখিবগুম মণিপুর ভম্প্যাকী শরুক্তা লৈরিবা থাইনা "মৈতৈ" হায়নগা খঙনরিবা কাঙবু অসিগী সভ্যতাসিস্তু তোংঙান তোংঙানবা

যুগতা তোংঙান তোংঙানবা কাঙলুপকী তোংঙান তোংঙানবা সংস্কৃতিগী লৈথেৎ-লৈচন কয়া অমস্ত য়ানখিদবা নত্তে হায়বসি অয়াম্বনা খঙমরবা ৱাকমনি। মাদুগী মনুংদা নোংপোক থংবা মায়গৈদগী হাইজিনখিবা লৈচনগী মনুংদা বর্ম্মীজ, শান, চাইনীজ, টাইনচিংবা খরসিগী মমিং পনবা য়াই। তম্মীগী নীংথিজগ্রবা সংস্কৃতিগী লৈকোন অসিদা হায়খ্রিবা মথন মথেন ময়াম অদুগী অনৌবা মপাল মউ চোংখিদবস্ত নত্তে। মদুগী মথক্তা অমুকস্ত নোংচুপ থংবা মায়গৈদগী হাইজিনখিবা লৈচনগী মনুংদা বৈদিক অমদি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইথিন অসিনা অমুকস্ত হেনখিবগুম তৌরি।

করি অমুক হায়রুরনি—শমফাবীনা হোঙলবা, সমাগী নাচোম, নায়িন্না তাউরবা যুগ অসিদা, মতম অমদদি শাবী শানৌগী পামজগ্রবা মাপগী লৈতেংতা ওইজরম্লবা লম্ফেল পাৎকী কোশ্বীরৈ, উরীরৈ, ইঙেল্লৈ, তখেল্লৈ, চিগোংলৈ পেত্রকলৈ, লৈহাউ, নাগেশ্বর, কেতুকি, চিনি চম্প্রানা ঙসি নীংবা কায়বগী মৈশানা লৈমায় থক্তা কেন-কেন্দুনা অবা-মৈচাক খাওবগুম, লৈপাক মীয়ামনা মতম অমদা পামজয়মগ্রবা অরিবা চীং-তমগী লীচং-শাজৎ, ফিজেৎ-চাকচা, লাইনীং-লাইশোল কয়াস্ত বৈষ্ণব অমদি ইসাই ভক্তশিংগী মমাংদা কোঙ্গোল তাকপগুম তাকগ্রবনি। মথোম অদুগী মমাংদা মাঙখিবা য়াবা অরিবা কয়াশু মাঙগ্রবনি অদুগা মাঙবমক্তি য়াখিদ্রদুনা লৈহৌরবা কয়া অমস্ত মদুগী মচুদি ফনা চঙথোম্না শঙজিল্লুরবা ঙাকনি।

অমম্লোমদা হৌজিক্কী জগৎনস্তু মীওইবগী ফজবা নীংথিবা অরূ-অহেন পুন্নমকসি মখোয়দগীনি হায়না খল্লিবা আর্য্য হায়-রিবা মী কাংলুপ অদুনা ভারতকী অৱাং নোংপোক থংবা মায়গৈদগী হাইজিল্লকুনা ভারত শীনবা থুংনা সভ্যতাগী উকায়-শমচেৎ চিং চিংদুনা অরিবা সভ্যতা কয়া মরু ফংনা ফুক্তোকে হোৎ-নখিদুনস্তু চাওখৎলবা আর্য্যশিং অদুনা মমী ফাওবা তমত্রিবৈদগী হৌনা ভারতকী ওইনা লৈজরম্লবা দ্রাবীদিয়ানশিংগী ফজপ্রবা সভ্যতাগী চারা খরদি হেন্নদুম মপাল মউ ফগৎহোবগুম ভারতকীদি নোংপোক চিদাইদা লৈতাই-খুন্দাইবা লম ওইনদি তৌরবা মণিপুরগী চীং-তম অনীমক্তদস্তু নীংশীংবা থোক্তবমখৈ লিপ্রবা মতমদগী হৌনা মায়গৈ কয়াদগী কল্ল-কল্লবা, অতিয়া খেৎনা ৱাংপ্রবা সভ্যতাগী মুংশিৎ নোংলৈ কয়া কয়া ফুজিনপ্রবনি। মদু পুন্নমক্কী মমি কয়া অমস্তু ঙসি মণিপুরগী সভ্যতাগী ঈচেন অসিদা মমি তাদবদি নত্তে। অদুম্নদি ওইরগা হল্লিবৈদা ফজরমপ্রবা, পাল্লমপ্রবা মচু শঙলবা চরৈ ফিদুশু কুইরক্লগা মঙোন্দা শঙ-জিনখিবা মচুদুনা অস্তুম অস্তুম শিথরক্তুনা মমৈদা ফি অদুগী মশাগী অশেংবা মচুদুদা অমুক হঞ্জিল্লকপগুম জগৎকী সভ্যতাগী ঈচাও কয়া লাকখিদুনস্তু শারেপ ফাদুনা লৈজরমলবা মণিপুরগী সংস্কৃতিদি হেন্নদুম মদুনা অনৌবা য়েন্নীং হুলহলখি। মায়গৈ কয়াদগী কল্ল-কল্লবা সংস্কৃতিগী ঈনোৎ-ঈপোম কয়া লাক্তুনস্তু মাবু নক্ষৎপতদি মঙমখিদ্রবা ঐখোয়গী অশেংবা সভ্যতাগী ফজপ্রবা মচন কয়া লৈরম্মি। হৌজিকস্তু মদু পুমমুৎ মুৎখিবদি

নত্রি ; লৈপাকলৈগুম থাঙবা কল্লবীনি মখোঙ শোম্বীনবা লৈত-বনা মকারাম্না শাৎচবদং ফংজদবনি।

মণিপুরগী চীং অমম্নং তমদা লৈরিবা মীশিংসিগী মরক্তা লৈনরকপা মরী অসিদি ঙসি ঙরাংতগী রাফম নত্রে য়েহেলো-ঙৈদগী লৈরক্লবা মরীনি। অমরোমদা হায়রগম্নু মসিদি মণিপুর হায়রিবা লমদম অসিদা চীং অমম্নং তম হায়না হেক লৈখিবা মুমিৎতুদগী হৌনা অদুম লৈনরক্লবা মরীনি। অদুগা হায়খ্রিবা লমদম অনী অসি হৌখিবা মীরোন কয়াদম্নু অমগা অমগা তৎন থানবা লৈরক্লবা অদুগা মতুংদম্নু কায়নবা ইয়া য়াদনা অম্নুম লৈহৌরগদবা লমদমনি। অমরোমদদি মসি মৈতৈ অহল লমনগী পাউরোদা "কৈ মপান নাপীনা তাং, নাপী মপান কৈনা তাং" হায়নবা অদুগুম্না চীং-তম অনী অসি চীংনম্নু তমগী মতেং লৌ তমনম্নু চীংগী মতেং লৌ, খুৎ ওয় য়েৎনা অনীনা তৌবগুম লৈনরক্লিবনি।

মসিগী মতাংদা কনগুম্না চীংমী নত্রগা তম্মী অমনা অম্না খনবীবা য়াই মতুদি লৈফম লৈফমগী (ভৌগলিক অবস্থাগী) মতুংইন্না লৈনজবা মরী অসি অদুক য়াম্না চম্না মরী-চুমক্তি ওইরমদ্রে। চীংমী-তম্মী ঐখোয় অসিদি লৈফম তিম্নরুবগী রাকমতা নৎলমত্রি। ঈ-ম্নু তিম্নরম্মি।

অহল লমম্না হায়নরম্বা রা, লীরম্বা রারী অমদি ইতুনা থম্বীরম্বা লাইরিক কয়ানা মসিগী সাক্ষী ওইরি। মখোয়না অম্নুম্না হায়রম্মি – খুন্টগীম্নু মমাঙ নোংদা লাইরেন পাখঙবনা

পানখিবা মতম অদুগীমু চহী-চা কয়ামুক্কী মমাঙদা চকপা, শরাং লৈশাংথেম, খা-ঙানবা অসিনচিংবা তোংঙান তোংঙানবা কাঙলুপ-কী নিংথৌ কয়ানা লৈবাক অসিদা পানখি। 'চকপা খুন্দাখুম্থোক' কৌবা লাইরিক অদুদা হায়বদি পাখঙবনা মোইরাংদগী লান হৌরক্লুনা—খাব নোংচেনবগা লান শোক্লবদা খাব নোংচেনবসি য়াম্না শাথিনা মায়থীবা ফংখি অদুগা মদুগী ফলনা খাবগী লৈবাক অসি কাং-খোং চাইদুনা অমুক্তোইনা পূমকায় কায়খি। মদুনা মরম ওইদুনা খাব খরনা কবুই মুংনাং ওইখ্রে, খরনা তাংখুল ওইখ্রে, খরনা মহৌ লোম্তাই ওইখ্রে, খরনা অঙোমদা চংখ্রে অদুগা খরা অমনা অমুক নোংদা লাইরেল পাখঙবদা চঙজখি। মতৌ অসুম্না খাবগী লৈবাক কায়দুনা কাং-খোং চাইরবা মতম অদুদা খাব হায়না খঙনরবা মী কাঙলুপতুমা পূমকায় কায়রক্লুনা চীং-তমদা লৈরম্বা তোংঙান তোংঙানবা শাগৈদা তিনখি হায়বসি লাইরিক অসিনা শেংনা উৎলি।

অদুগা লৈথক-লৈখারোন, পুদিন অমদি লৈশাংথেম লোননা অমুক শরাং লৈশাংথেমগী মবুথৌ মুংঙৌ য়ুমথংবগী ময়াম্বা লম-লেকশাংনা চীংদা কাদুনা চাংমী ওইখি হায়রি। মসিদা হায়খ্রিবা লমলেকশাং অসিনা ওইখ্রিবা চীংমী অসি করম্বা চীংমীনো হায়-বগী মতাংদা মোইরাং নিংথৌরোন লম্বুবনা কবুইনি হায়না য়াম্নমক শেংনা অমুক তাকলি।

অদুগা হৌজিক্কী মণিপুরগী অরাং-থংবা শরুক্তা লৈরিবা চীংমীগী মসুংদা মাওগীমু মখোয়গী পারি-পুরিগী মতাংদা মতাং

অসিগন্থ চানবা য়াম্লগ্ন মুঙাইগ্রবা ব্বারী খব্বা লৈ। "চীংগী ব্বারী" হায়বা লাইরিক অদুনা ভাক্লি মতুদি মাও হায়রিবা কাঙলুপ অসিগী হৌরকফমদি লৈমুংদগীনি। মখোয়না লৈমুংদগী থোরক-পদা মোনম্নু, চৎতু অমম্নুং অায়াকা হায়না কৌবা মচিন মনাও অহুম থোকমিয়খি। অহুম অদুগী মমুংদা মোনমুনা মাও ওইদুনা মখোংদগী লালহৌরে। অদুগা তারাফা হায়রিবা অসিনা মৈতৈ ওইখিদুনা মখেংদগী খা পাংনা চত্তুনা পানখি হায়রি। ব্বারী অসিনস্থ মৈতৈগা, মাওগগী হৌরকফম ফিল্লখি অমদি মচিন মনাওনি ঈ অমত্তা ওইব্রম্বনি হায়বসি অমুক উংলি।

মতৌ অম্নম্না থায়নগী কবুইগী অহল লমনশিংনা লৌরম্বা ব্বারী অমদস্থ অম্নম্না হায়ঃ—থায়না মমাঙৈউদা কনাগুম্বগী মচা মুপা অহুম লৈরম্মি। হায়খ্রিব। মচিন মনাও অহুম অসিনা লেপ্পখিবা মতুংইন্না খ্বাইগী অহন অদুনা খোংজাই ওইখি, য়ায়মা অদুনা কবুই ওইখি অদুগা ইতোন তোনবা মনাও অদুনা মৈতৈ ওইখি। মতৌ অম্নম্না ঐখোয়না ঙসি অমগা অমগা মরী করিম্নু লৈতবা ইতোং-তোংঙ'নবা মী কাংলুপ অমমমগুম উরিবা খোংজাই, কবুই, মৈতৈ হায়না খঙনরিবা কাঙবুশিং অসিগু মমা অমত্তনা পোকপ মচিন মনাওদগী থাইদে'ক্লখিবা শাগৈনি হায়বসিমদি ব্বারী অসিনা তাকলি।

মসিদম্ব নত্তনা হৌভিক ফাওবদা হায়খ্রিবা চীংমী অমম্নুং তম্মীগী তোংঙান তোংঙানবা কাঙলুপকী চৎনবীদা মাম ময়্মবা কয়া ঐখোয়না উবা ফংলি। চীংমী অয়াম্বগী খুন খুনগী ব্বায়েন

বিচারগী থবক পুরিবা অংস্বশিং অদুবু মহৌশানা 'খুনবু খুল্লাক" হায়না খঙনৈ। অদুগা তম্মীশিংগী মমুংদসু খুরখুন, শেকমাই, অন্দ্রোনচিংবা মফমদদি হৌজিক ফাওবদসু হায়গ্রিবা "খুনবু খুল্লাক" হায়বা ফমশিং অসি ইকায়-কায়দনা অদুম লৈবা উরি। অদুগা চীংমীগী মমুংদা থোইবু অমদি খোংজাইগীদনা "খুল্লাকপা" হায়বসিগী মহুত্তা "নিংথৌ" হায়না চৎনৈ।

ইম্ফালগী অকোয়বদা ইম্ফাল সহরদগীদি পঙলাপ লাপ্তনা লৈরিবা তমদা লৈবা মৈতৈশিংনা "খুন" হায়বা ৱাহৈসিগী মহুত্তা "লৈকায়" হায়বসিবুনা হেন্না পাম্বরকই। মতৌ অসুম্না মমাঙতৌদা নিংথৌ পানবা মতমদগী হৌনা তম্পাক অসিবু "পানা" নত্ত্রগা "লৈকায়" কয়ামুক থোক্লা খায়দোক্লম্মি। খুদম ওইনা, ৱাংখৈ, খ্বাই, য়াইস্কুল, নাহারুপ, অহললুপ, খাবম, লাইকম অসিনচিংবা। অদুগা হায়খ্রিবা পানা নত্ত্রগা লৈকায়শিং অসিগী লাকপা অমমম লৈরম্মি। খুদম ওইনা ৱাংখৈরাকপা, খ্বাইরাকপা, য়াইস্কুল লাকপা অসিনচিংবা।

মতাং অসিদা য়েংগদবা অমদি তমদা লৈকায় লৈকায়গী ওইনা লৈরম্মিবা "লৈকায়রাকপা" অসিগা চীংদা লৈরিবা খুনগী "খুল্লাকপা" গা ম ওং মতৌ অমদি মথৌদা করি থেন্নবগে অসিনি। অওইবমক্তি মসিদা থেন্নবা হায়বসি শুকলৈবু লৈবা নত্ত্রে। মসিদা থেন্নগে হায়না থেন্নরবদা "খুন" অমদি "লৈকায়" হায়রিবা ৱাহৈ অনী অসিতনি।

অদুগা অমুকস্থ হায়খ্রিবা খুন নত্রগা লৈকায়  অমমমগী মমুংদা মুপা মুপী নহা  অহনগী ওইবা  তোংঙান তোংঙানবা কাঙলুপকীস্থ মকোক  মরুওইবা অমমম অমুক লৈখ্রি। মহাক অদুবুস্থ “লাকপা” হায়বা ফমথোল অসি পীরম্মি। মতৌ অস্থুম্না হায়খ্রিবা “কাঙলুপ” খুদিংগী লৈরিবা “লাকপা” অদুবু “লুপলাকপা” হায়রগা খঙনৈ—খুদম ওইনা “নিংথোল লাকপা” “নহারাকপা” “পাখঙ লাকপা” অসিনচিংবা।



# মণিম্না শাস্ত্রী

## ফজবা

ফজবা, ফজবা, ফজবা ! মী পূম্নমক ফজবতা পান্নে, মাবুতা কোয়তান তান্নে। ফজবা কদায়দা লৈ ? ফজবা কম্নিনো ? ব্রাহংশিংসি হংনরকপা কুইরে অদুবু চপচাবা অমত্তা ওইরবা পাউখুমদি ঙসি ফাওবা ফংনদ্রি । খন্নফমস্ন লুই। মরমদি, মমাঙতৈ ফজরম্বা হৌজিক থীরে, নুংদাং ফজবদু অয়ুক থীরে, অয়ুক ফজরম্বনা নুংথিল থীরে, য়ূমদা ফজবনা লম থোকখ্রগা থীরে, লমদা ফজবদু য়ূমদা থীরে। য়ূমদগী লৈতেং ওইনগদবদু থোঙ্গান্দা থেৎচিল্লুদুনা থীরে। টাইবু কম্ফোটি ওইহনবদগী মীনা লঙনরে। ফজবা মপোপ কায়হন্নী-দবদগী অহনবা শাইকল থোঙনা ইন্দূনতা পুবদগী মীনা লঙনরে। অসিনচিংবশিংসি পোৎ শাজিন্নফম, মফম-মতম-পাত্র অমসুং থৌদৌ ওন্নখিবদগী ফজবা মাঙখিবনি। ফনা নুংশিদুনম্ন লৈ নাতোন্দা খক নমশিনফদে।

ফজবা শক লেপ্লমদায়দা এরিষ্টোটলগী বা নীংশীংই :— মানা মীওইবগী মশক-মতৌ লেপ্লদা মতু পান্দবা মখোঙ অনী পানবা জীববু মী কৌই, অস্নুম্না হায়খি। মদু তাবদা মাগী ছাত্র অমনা য়েন অমা মতু লোইনা কোকথোক্লগা এরিষ্টোটলগী টেবলদা থমখি অমসুং হায়খি, "মসি ওজা এরিষ্টোটলগী মীনি ।'

মহাক মথা তাখিদে। অওইবয়ুক্তি কদ্দিঙুম্না পোৎ অমগী চপ-চানা মশক মতৌ তাকপা, শক্লাই-চুনাইদববু শক্লাই-চুনাইরগুম পুথোকপা শোয়নিঙাইনি। শক চু নাইরিবা, মওং মতৌ লৈরিবা পোৎকী মওং মতৌ তাকপা লুরবদা চুম্না মীওইবগী রাথলদতা লৈরিবা - ফজবা' গুণগী মওং-মতৌ লেপ্পা কনানা ঙমগনি ? অদু-মকপু হোৎনবদা হালেংত্রবা মীওইবা হনবা লৈতে, হোৎনরি।

মীওইবা মশাগী থোপকী মতেংনা অতৈ জীবশিংদগী মকোক থোংই। অসিদম্ভু নত্তন, মীওইবদি মাগী থম্মোইদা তিং লাউনা পানখিবা অমম্ভুং মদুবু মশাগী থোপ পাম্বৈনবদুনা চামরক চাম-থোক্লগা মচা তানা অফববু লৌশিনবা, ফত্তববু লংথোকপা, মিৎকুপ অমত্তা পোথাদনা থবক তৌরিবা রাথল থনবা হায়রসিতনা মীওইবনা অতে জীবদগী মকোক থোংলিবনি। মহাক অসিগী মথা পোল্লিবনি। মসিতনা কাঙলুপ নাইনা হিংমিন্নরিবনি। হায়রিবা গুণ অসিতনা 'ফজবা' মশকম্ভু থঙনরি।

ফজবা পোত্তা মতৌ থরতা ওইনা অদুগা মীওইবগী রাথলদনা মপুং ওইনা লৈ। মীওইবনা ফজবা গুণ লৌশিন্নবা রাথল থল্লিবা অদুগুম্না প্রকৃতিগী (মায়া শক্তি) মতৌ তমদুনা খুৎশেমগী পোৎ পুথোরক্লিবা মীনম্ভু মতিক চানা রাথল মুম্না থনগদবনি। খীহম্নীংবা কজহম্নীংবা, ময়াম ওইনা থম্নীংবা, কিহম্নীংবা, সুংশিহম্নীংবা পুম্নমক মচা তানা ময়েক লা-না উৎলকদবনি। মদু নত্রবদি ভাবোক্না লৌশিনবা ঙমদে, মাপ্পী মত পীক্কম লৈত্রে। মত্রাং অসিদা নীংশিং-গদবা অমনা, প্রকৃতিগী পোথোক পুম্নমক্তি মানা পাম্মুম্না মতুংইন্না

লোইনা মপুং ইফা ফায়। অদুগা মাগী মতৌ তন্নিবা মীওইবগী খুৎশেমদদি মপুং ইফা ফাদে।৮ মসিদা অমুক সুঙাইরিবদি মপুং ইফা ফাদ্রবা খুৎশেম পুন্নমক মমান্নবা মীওই অতৈনা মরৌশিংতনা অদুম মপুং ফাহল্লি। মসিগী খুদমদি কলাগী কাঙলুপ্তগী ফংই। লাইয়েকপগী উপালদু নাপ ওল্লুব। ইয়া য়াদনা নাকল অমত্তা উরগা অসুক চাউগনি, অসুক ৱাংলমগনি মশা মরেং অসুক য়াম্না ফনগনি অদুগা পুন্সিবু শন্দোক্না তাক্লবা সাহিত্যগী করিগুম্বা লৈচন অমা নৈনরগা চাউবা চাউবীগী উৎথোক্লমদ্রবা পুন্সি মতাংশিংসিদি অসুম তৌরমগনি, তমথীরমগনি, ফজরমগনি অসিনচিংবা ৱা কয়া ভাবনা শারদুনা মপুং ফাজদ্রবা ৱাখল অনী চুঙশি।রগা মপুং ফাবা অমা থোকহল্লি। •মসি মীওইবনা কলাবু মপুং ফারবা মওংদা ফুদোংল-ডুনা ফোংদোক্লবগী লংলবা খুদম্নি। ষ্টেজদা জগোই শারিবত্ত নৃত্য-কলা খঙদবা নত্রগা তৌরিবত্তু শীংথানীংদবা মীগী মিৎয়েংদদি চুম্না চোংজবদগী হেল্লোই। কলাসিবু মমুৎ তানা খঙলবা মী নত্রগা তৌরিবত্তু শীংথানীংবা মীদি ফজবা উরগা কৈজ, থীরগা থী হায়গনি। মিৎয়েং, খুৎহাই, তাম্থা খুদিংমক্তা অর্থ ইরৈ লৈগনি। মসিনা তাক্লি ফজবা পোত্তা থরা অদুগা মপুংনা ভাবোক্তী পূক্লীং ৱাখলদা লৈবনি।

মীওইবগী পূক্লীং ৱাখলতনা সংসার পুম্বসি ফজরে নীংলুবত্তু ফজরে, থীরে থাজরুবত্তু থীরে। ৱাখল চপ য়ুংলবদি চরোৎ হাবুং মখোঙ পান্দুনা চৎলি। থাবলদা লৈকংবু ঈশিং, ঈশিংবু লৈকংগুম উই। ৱাখলনা থেংকহনবা ঙাক্তনি। অম্মুন্না ফজববু মীওইবগী

পুক্নীং ৱাখলগী মথা ইপোল পোল্লি। মচা শিবগী মঙ্কারক্লিবী মমানা মচানা থাজরম্বা আদোরগুলাপ তঙাং তঙাংনা শাৎলিবদু উরগা অচাকপদা ঘী হৈক্লিনবগুম, মুংশ্যাদা মৈ তীকপগুম ৱাগনি। অদুগা মাঙগী ৱাসু অমুক্তং নীংশিংসি মথাসিমু মচানা হিংলি-ঙৈদদি মানা থাজবা লৈশিংদু লোইনা ফজনা উই, চুম্মি মতমদুদা মাগী পুক্নীং ৱাখলদু ফজবা ফোটো লৌবা ঙম্লবা ফিল্ম য়াওরবা কেমেরা ওইরম্মি, তৌইগুম্বমুং ঙসিদি মদুগী ওম্নতৈনৱে। হৌনশানি মুঙাইরিঙৈদা মুঙাইহম্লবা মচাকশিংদু ৱারবদা অৱা মৈচাক হেল্লহম্লবগী মচাকশিংনি। অঙাঙবা আদোরগুলাপশিংদু মৈতাল অরাবনি, নোংমৈ গুলিনি।

ঐখোয়দগী মাঙ থানা লময়ানখিবশিংনা ফজববু কমদৌনা শীংথারম্বগে হায়বদু মপুং ফানা ফংনরিবা সাহিত্য জগৎলোমদগী লৌরগা য়েংসি। মসি ফজবা ময়ামগী মরক্তা মপুং ইফা ফানা চাউরবা শরুক য়ারিবনি। অসিদসু নত্তনা কনাগুম্বা থরদি কাব্য অমদি সাহিত্যগী মমাঙদা ফজবা হায়বা অমা অমুক তোপ্পা নৈনফম থোক্কে, মরমদি মসিদি মথক্কী অনীসিদা পুঞ্জরগনি, অসুম্না কন্নমক হায়বিগনি। অসোমদা শাংথররোই। লেখক অসিনা উৎনীংলিবা ৱাফমগী ঙাক্লো ওইনা কাব্য কাঙলুপকী খোঙ্গুল লীরগা অতৈ অতৈ হীরমদসু ফজবা কদায়দা কমদৌনা লৈ হায়বগী খুদম পাউখুম ফংননবা উপায় থরদং লৌরি। কালিদাসকী দুষ্যন্তনা—"শকুন্তলাসে বনদা লৈদুনা উকু শেত্তু নমকপু থোইনা পুক্নীং হুনবগী শককম ওইরি; মরমদি মহোশানা ফজদুনা লৈজর-

বদুদি থোইদোকপা লৈতেং অমদি অচম্বা ফিজোল অনীমক্তা ইকদা মকজৈ।"

অমুকস্তু কালিদাসনা মাগী পার্ব্বতীসি ফজবা পূম্বগী অপুনবা শকফম্নি হায়না পুথোক্লি—

"পার্ব্বতীসে ব্রহ্মানা তয়াইনা শেমখিবা নত্তে, ফজবগী শীংথাদা হেক শীংথানিংঙাই ওইরিবা পুম্নমক মফম চানা চানা হাপ্লদুনা ফজবা ময়ামগী মীংথিরবা 'অপুনবা শকফম' উৎপ শুম্না জগৎসিদা হেক লৈরিবা ফজবা মতৌ মওং পুম্নমক মফম অমত্তদা পুনশিন্দুনা লৈবদু ব্রহ্মানা ফজন। উজনীংলদুনা য়াম্না চোকশিন্না পার্ব্বতীবু শেমখি।''

কবি কোলেরিজনা "ইবেম্মা, ঐথোয় ইশানা নঙোন্দা হেক পীজখিবা (ফজবা গুণশিং) অদুতনি ঐথোয়না নঙোন্দগী ফংনীংবা।"

মুপীদনা হেম্না মপুং ফানা লৈ নীংনরিবা পুক্নীং হূনবা মতৌ (রমনীয়তা) গী মওংদি পণ্ডিতশিংনা অসুন্না শীংথারি

"মিৎকুপ মিৎকুপ খুদিংদা অনৌ অনৌবা শক্লোনতা পুরিবা শকফমদুমক পুক্নীং হূনবা মতৌগী শকফন্নি।"

দার্শনিক প্লেটোনা—'ফজবা, অধ্যাত্মিককী ওইবা রাথলতা কোংদোকপবুনি।" মথক্তসু হায়খিবগুম্না উচেক্না উচেকী ময়োল খঙবগুম—ফজরবা পুক্নীং রাথলতনা ফজবা মশক খঙগদবনি। হায়রিবা পুক্নীং রাথলসিদি আধ্যাত্মিকী শেংলবা তরু তরুরবা অদুতদা কাওরকদবনি। ঈথক হৌদ্রবা ঈপাক্তা থাবল অমসুং থাগী শকফম ময়েক শেংনা তাবা উই, ঈশিংদুনা য়াম্নক তথক

তথক ঈথক হৌরবদি থাজগী নীংথিরবা মায়থোংদু লৌশিনফম খঙদে, ইচোই চোই। ফজবা মশক মুন্না মখঙলগে হায়রবদি মীদু পুক্নীং লৈতাবা তাই, রাখল চোইদ্রবা মুনি ওইবা তাই। মীদুগী পুক্নীং রাখলদু সাত্বিক ওইবা তাই।

আচার্য্য রামচন্দ্র শুক্লনা ফজবা মশক খঙননবগীদমক অসুম্না লৌই : "তুংনফম ওইরিবা পোত্তু উরগা মীওইবগী পুক্নীং রাখল সিমন্না (থম্মোইসিমন্না) মহাক্কী শক অদুমক ওইখিদবনি।" অওইবমক্তি—ঐগী পুক্নীং রাখলসিমন্না জগোই শারুদ্রবদি অয়েকপা লাই (শিল্পরি) দু মখোল মরোল থোক্না য়েংলুদ্রবদি সীতা-রাম, রাধা কৃষ্ণ, খম্বা-থোইবী, ওসমান-থম্বাল, লৈলা-মজনু, শীরীন-ফরহাদ হেক হেক ওইরুবা ভমদ্রিবদি হায়বদি ফজরবা গুণ চেল্লবদুবু সত্বগুণগী পাত্র অমনা তরাম্না ওক্লুদ্রবদি য়েংলিবা তারিবা পুম্বা অরেম্বনি। অদুগা কল্লক-মিহৌ চাউরবা, মশাগী ওইজবতা থিরিবা কাঙবুদি হায়রিবা সত্বগুণ চেনবা কাঙবুগী থোঙ অসিদা চঙবা ইফং ফংলোই। মখোয়সিদসু নত্তনা প্রকৃতিগী পোৎ পুম্নমকপু মাগী মাগী কান্নফম শীজিন্নফম রাখল অদোমতদা খম্থদুনা লৈজরবা, কান্নবা থিবতনা পোথাফম ওইজরবা পীক্লবা রাখলতনা মপুং ওইরবা কাঙবুদদি হায়খ্রিবা সত্বগুণগী মিংয়েংগী রাফম সিদগী য়াম্নমক ওম্নৈতৈনৈ। মখোয়গী স্বার্থ থিবনা মাঙ থারবা তথক তথক্লবা ঈথক্লুম্নবা পুক্নীং রাখলদুদা ফজবা থাজ-মায়থোঙ ময়েক-শেংনা খক মমি তারোই। থূদম ওইনা কবি নত্তবা ইঞ্জিনিয়র অমনা উপাল কয়া কুংনা হৌরবা চীংজাও অমা উরগা মখোয়দুগী

কান্নগদবা মন্নাম শীংথাগনি ; শীজিন্নগদবা ষেংল ষেংলদুনা ককথৎসি থুগাইসি হায়গনি। তৌবদি মাগী ব'সিদা কান্নগদবা লমলোমদা ফজবা ইরৈ লৈতবদি নত্তে তৌইগুম্বসুং মন্নামত্তু ফংদ্রিনৈ মমাঙদা প্রকৃতিগী কান্নবা শীংথাবা নত্তগা থুগাইবা মতাংদদি ইন্দ্রিয়য়র নত্তবা কবি অমনা মথক্তা হায়ব্রিবা চীং জাওডু উরগা মপুক্লীংদা অঙকপা মুঙাইবা ফজবনা পুল্লবা রাখল অমা ফাওগনি, অদুমক্তা মানা মী অতৈদসু অঙকপ-মুঙাইব-ফজবনচিংবা রাখল পোকহনগনি। মরমদি—কবিগী মিৎয়েংনা সাত্বিক-ভাব চেল্লবা মীওইশিংবু বাংলবা শেংলবা রাখলগী লম অমদা পুদুনা মশামক্কা লোয়নন। চৎমিন্নৈ। পণ্ডিতশিংনা হায়নরিবা পুক্লীং রাখল-চাওখৎনবগী লমলোমদা কলা শীজিন্নগদবনি, মাগী কান্নফমদি অসিনি, হায়নবদু অসিগুম্বা খুদমসিবুনি। অদুগা 'কলা' গী লমদা ইন্দ্রিয়রগী কান্নবতা থিজবা রাখলতনা মাঙ-থাবশিংদু থোইনা কান্নবা ফংলোই। মথোয়না থিরুরিবদু পুম্-লাল লাল্লি।

হায়ব্রিবসিগী বা মচংদি—"ফজবা" মশামক্তা মীওইবগী থম্মোই শেংদোকই, তরু তরুহল্লি থোৎহল্লি, পাকথোক চাউথোকহল্লি।

---

# চোংথাম মণিহার

## চাওবগী কবিতা

"ঐখোয়না তেংবানবা অসিদা কনাবু কবিনি হায়না খঙহনা মহাক্কী খুমাদা কবিগী মতিক চাবা খুদোল নত্রগা লৈরাংগী খুজোক অমতংবু কত্তুনা পেন্নগিগে, ফনা লুবা পাওখুমনি।" অসুম্না চাওবা মশানা ইজবা রচনা অমগী রাহৌদোক ওইরমই। মথল মথেল নৈনরুরবা মতুংদা মহাক্না চাউরাকপা কবি ওইবগী মওং অদু তাক্লমই: "কবিগী তাঙলবা খুফম অসিদি নংগী পুক্নীং মথা পোনবা নত্তে.........নথায় শোকনা হায়বা রাংহত্না মীগী মথায় শোকহনবা ঙম্মি। অওইবমক অরাবা মুংচাইবা মুংশি- বনচিংবা লোন অসি নংগী রাখলগী মতুং ইন্না তোঙানবা শকফম ওই। অমরোমদা কবি হায়বসি ধ্যান তৌরিবা মুনি নত্রগা লাই তোংলবা মাইবীগুম্বনি"

পীরল্লিবা মশাগী অচাবা মতকী নৈঙান্দা চাওবগী মশাগী কবিতাশিং অসি পুশিন্দুনা য়েংলবদি মহাক মশামক কয়া য়াম্না কবি ওইবগী গুণ অদু চেনবগে হায়বা খঙবা ঙমবা য়াই। মহাক্কী মত অসিদি মুম্না য়েংশিল্লবদা হৌজিক্কী মতমগী টি, এস, এলিয়টকুম্বগী কবিতাগী রাখল অদু নত্তে। হৌগ্রবা রোমান্টিক কবিশিংগী মওকা য়াম্না নরুনা উই। রার্ডসবার্থকী 'the

spontaneous overflow powerful feelings in a man who, being posessed of more than usual organic sensibility, had also thought long and deeply.' হায়-বদুগা নকশিন্নবা উই। অমরোমদা রোমান্টিক কবিশিংগী মতৌগুম্না 'imagination' (কল্পনা) অমসুং 'inspired insight' (পোৎকী মনুং হুঞ্জিন্না উবা ঙম্বা) লৈবদগী পোৎ খুদিংমক্কী মমুং-ফাওনা উবা ঙমই হায়বা সিমস্তু থাজৈ। অসিগুম্বা মথলগী কবিশিংদি উঙমদবা অধ্যাত্মিকী জগৎ অসি ফংনবা থিবদা মখোয়গী অরাংবা রাখলগী ঈথক ঈপোম অদু ফংজৈ। মখোয়গী কবিতাগী ঈচেলগী হৌফমদি শরূক থরনা থাঙ্গৈশেংবা অচুম্বা অদু ফংনবা হোৎনবদা, শরূক থরনা ফংলে হায়না থনবদগী নুঙাইবা পোকপা অনী অসিদগী হৌরকই। মখোয়গী মরুওইবা উদ্দেশ্যদি পোৎ খুদিংমক্তা লোত্তুনা লৈরিবা অরোনবা অথুপ্পা অদু পুথোকপনি অমসুং মখোয়গী থাঙ্গৈশেংবা অর্থ করিনো হায়না তাকপনি। হায়রিবা অসিদি রাম্বা মরম থিবা (logical mind) রাখলনদি লৌশিনবা ঙমদে, অথোৎপা থরায় হকচাং-তদা ফাওবা ঙমই অমসুং অসিগুম্বা অসিদি কবিগী কল্পনানা থেংনরুবা অদুতংনা উৎপা ঙমই। মখোয়শিং অসিগী মরক্তা করিগুম্বা মতমদা রাহৈনা চপচানা ফোংদোকপা ঙমদবস্তু য়াওই অমসুং চুমনগী ইংগিৎনা অমদি অতোপ্পা প্রমাণ, পাম্থৈ পীরবা মতমদদা হায়রিবশিং অদুগী চপচাবা অর্থ থঙবা ঙমই। কবি রার্ডসরার্থনা প্রকৃতিগী মফমদা উথিবা শক্তি অমসুং কবি শেলিনা

মুংশিবগী মফমদা ফংখিবা পাঙ্গল পুম্নমক অদু অম্পুক্কী মতিক থাংনা লৈরেগ্রে মতুদি মখোয়না অরাবা খুদম পীতুনা তাক্লবদদা খণ্ডবা ঙমই। অতুনা জগৎকী মথল মথা অয়াম্বা পোৎশিংদা লোত্তুনা লৈরিবা অহিংবা শক্তিশিং অদুবু মওং তানা শেমজিন্দুনা পুখোকপা অসিনা কল্পনাগী হৌফম্রি। চাওবম্ব ফজবা লৈরাং অমদা, অচীকপদা খোংবা উচেক অমদা, কোয়না পাইবা উচেক অমদা নত্রগা মপূং ফাবরা প্রকৃতিগী খুৎশেম চাংজৌ চোল্লবা পাৎ উবদা, লোত্তুনা লৈরিবা শক্তিশিং অদু পুগোক্লবা হে ৎনরকই। মহাক্কী 'থাইনগী লৈরাং' কবিতাগী লাইরিক্তা মাওরিবা 'লোক্তাক মপান্দা' ফ'ঙ্গব' কবিতা অসিনা প্রকৃতিনা মীওইবগী থাখলদা কথা য়াম্না অকনবা প্রভাব তাহনবা ঙম্বগে হায়বদু উৎলি। 'মৈতৈগী ঈপাকনা, মাঙদা ঙানবদু ইমিৎনা উজবা' ফংজবদা কবিনা হায়রি. 'ঙসিদি পুন্সিগী, অনৌবা ঈচেন্দা অনৌবা ঈথকনা হৌরক্লে' অহানবদা মিৎ পেন্নবা ফজবমখৈ য়েংবা ফংজরে অমসুং মতুগা লোয়নননা কবিনা খল্লকই; হিথক্তা তো'তুনা ঈপাক্তা তৌবগুম নৌগী জংগাইবু শাজগে।' অসুম্না অহানবদা মপানগী ইন্দ্রি, মিৎ পেন্নবা ফজবা অদু উরবদা, অনীশুবদা থাখলগী ঈথক হৌরকই অমসুং মতুগী মতু'দা কল্পনাগী মশাদা তোংদুনা উৎমদবা পোৎশক অদু উবা ফংলক্লে :

ঈয়াইদা থুংবদা, মপুগী নীংথিবা
গুণবু উজবা ফংদুনা

কবিগী খোঞ্জেলনা অরাংবা শুরদা মপুগী গুণবু শকনীংবা কাওরকই। অসুম্না মহৌশাগী ফজবা অসিদা ঐখোয়না উবা

ফংত্রবা জগৎপু শেম্বা শক্তিগী ঈচেল অদু লোক্তুনা লৈবা ফংই ফজব অসিমত্তং মুম্ন খঙলবদা মথল মথা য়াম্বা জগৎকী অপুনবা লীচিং অদুবুম্ন খঙবা ঙম্লকই। থাঙ্গশেংবা অর্থদা খর খেন্নরবম্ন ৱার্ডসৱার্থমক্কী "While with an' eye made quiet by the power of harmony, and the deep power of joy, we see into the life of things" হায়বা ৱাহৈশিং অসি নী শিংদবা ঙমদে।

মথংদা 'পি থাদো'ই' কবিত'দা উচেক অমগী নোংথিবা খোঞ্জেলগা মীওইবগী পুক্নীংগা কয়া য়াম্না মরী লৈনবগে হায়বদু উৎলি। বসন্তগী ফজবা মতমদা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মো'ই লাঙ-তক্লবা, নোংহোনরবা মতমদা পি-থাদোইগী তেংথা-নাওইবা খোঞ্জেল তারবদা থম্মে ই লাঙতক্লবা ফাওরক্লে। কবিগী মকা-রাম্বা ৱাখল্লনা চেক্লা অসিবু অচম্বা নত্তে, প্রেমীক অমগী থরায়নি হায়বা খঙলুরে। মুংশিবা অদুনা প্রকৃতিগী মশক নাইবা জীব ওইনা খোরক্লুনা, হৌগ্রবা কোঙয়ানবগী মুংশি ৱারী অমুক শীবদা, থম্মোই খুদিংমক্তা ফুমদুনা লৈরিবা মুংশিবা অদু মকা লাক্নম্লে:

খঙলে চেক্লা খঙজরে
প্রকৃতিনা থারকপনি নঙসে
তম্মিনবা বিশ্ব-প্রেম।

মসিনি কবিনা ফংলুরিবা পি-থা দাইগী খো'ঞ্জেলগী অর্থ। লোইবী চীংগী ন'পোমদা শাৎলমবী লৈরা' অমদা ফজবগী মথক্তা কল্পনাগী মতেংনা লোম্না থুপ্পা লৈরিবা মগুণ অদুবু খঙবা ঙম্লই:

নখোয় ভাইবং মীগুম্না
মপান্দা অফবা শাজরোই
নীংবগা ভৌবগা মায়্গে
পূকচেন শেংবা তম্জগে।

মিষ্টিক ( Mystic ) অমগী মতৌগুম্না জগৎ পুম্নমক অসি লেপ্পা নৈতবা খুৎশেম হৈবা মপুগী লীচিংদা। নৈরি হায়বা 'লমগী চেক্লা অমদা' হায়বা কবিতাদা উৎলি। মদুগী চপচাব' ফংফমদি মনীং তম্না পাইরিবা চেক্লা অমগী মকৎদগীনি।

মপুগী নৈপাক'সুংশিদা হীরম থোদোক খুদিংদা
কনানা লমজৌ'বিবগে ?
হয়েংস্থ শে:ইদনা মরাকে, ভসিদোনা পাইরকে ;
মপুগী মগুণ তম্লগে।

অস্থম্না চাওবা কবিনা, কল্পনাগী মতেংনা জগৎকী পোৎ খুদিংমক্কী মসুংদা চেল্লিবা শক্তি অমস্থং অমত্তা ওইবা খুৎশেমগী লীচিং থিজিল্লুরবস্থ, মঙোন্দা পোথাকম খঙদবা অরাবা অমা নৈরে—মদুদি মীওইবগী পুন্সি। থূনা হোংবা নাইবা অমস্থং অত্তেনবা মীওইবগী পুন্সিবু খল্লুবদা, ঙাইহাক মথৈগী সুঙাই-রম্লবস্থ, খঙহৌদনা চিংনবা অমস্থং অরাবগী নৈচিম্না হেক্লা কৃপ-শিল্লকই। মহাকনা মসিগী মরমদা মশাদা কম্না ফাওরে, খনবমথৈ খন্থরুরে—অদুবু মরম্নাইগী ওইবা ফিলোসোফি অমদি পুথোকপা ঙম্লমদরে। মহাক্কী অহানবগী মিৎয়েংদি সেক্সপিয়রগী:

We are such stuff
As dreams are made on, and
Our little life
Is rounded with a sleep.

হায়বন্থ নীংশিংহল্লি। মরম অদুনা অহনবা নাইবা শৈশক ওইনা কবিতা খুদিংমক্তা মসিগী মাখল অদু ফোঙদোক্লি :

(ক) কেমনবা শাৎপনি
শিননবা পোকপনি।
(খ) সমুদ্র ঈপাক থক্তুদা
চীকমাংনবা কোঙ্গোনগা
তাইবং মাঙ্গোনশঙদুদা মালেম মোংফম মথক্তা
তাইবং মীওইবা মপোক্কা
করি খেননবা লৈবগে ?
(গ) পঙনা পানবা তাইবংনি
ঐখোয়স্থ ন থায়গুম্বনি
শিবা ডাইনবা হিংবনি।

অমস্থং অতৈ কবিতাশিংদা। অসিগুম্বা অরাবা মাখল অসিনা চিংদুনা ওইরম্বা মাই শ্রীচাওবনা থরায় য়াওনা ইংরাজী কবি Gray গী 'Elegy: written in a country church yard' অমস্থং রামায়ন্দগী 'শক্তিশেলনা পাল্লবদা লক্ষমন তুব'গী কবিতাশিং অশুবাদ তৌরম্বা। মহাক্কী অসিগুম্বা কবিতাশিং অসি পা'রুবদা 'Poetry is the criticism of life' হায়বদু নীংশিলকই।

অদুবু মহাক অসিগুম্ব অরাবা রাখল ঙাক্তনা লাকহৎপ। পামখিদে। মরম অদুনা W. Longfellow গী খোংস্থোক 'Life is real, life is earnest' হায়বগী মওংদা তত্তনা অপাবশিংবু খেমজিননবা হোৎনরম্মি :

মপুগী শিনশঙ অসিদা
মপুগী শিম্থা পাঙদুনা
পুক্নীং তুজুং হরাওনা নীংবা কায়বা লৈত্তনা
মিংচৎকী উরোং খিন্দুনা
পোকপা মহৈ য়ানগনি।

মশাগী অরাবগী পোৎলুম অসি লোত্তুনা থম্নবা মথক্তা পনখ্রিবা আমেরিকাগী কবি অসিগী মিৎয়েং অদু শ্রীচাওবনা থরায় তানা লৌশিনবা ওইনা উই। অদুবু চৈনাখোন অমা ফাওরবা মীগী রাঙাওগা, চৈনাখোন ফাওখ্রিবা মীগীগা খেন্নবদি অদুম উবা ফংগনি।

শ্রীচাওবনা থাঙ্গৈশেংনা পামজরম্বদি হৌখ্রবা মতমগী খোদোক অমম্মুং রারীবু পুথোক্নুনা অমুক হন্না শৈশকচবনি। মদুদা মহাকী রাখলদা অমুক হন্না শেমগত্তুনা নায়ক, নায়িকাশিংগী পুক্নীং অমম্মুং খোদোকশিংগী মতাঙ পুম্বা মরীক চুন্না থাজবা ওমই।

অসিগুম্বা কবিতাশিং অসিগী মমুংদা 'লোইকাবা' অমম্মুং তোমু লাইজিংলেম্বী' থাইদগী মরীক চুম্বনি। অহানবগী কবিতা অসিদা মপা ওইবা চীংখুবগী অরাবা নিঙোল ওইবগী মুংশি পম্মুংনদবগী অমম্মুং মীরমদা লৈবগী অরাবা, লৌশিং চাওবী

খোইবীনা, কোওয়ানবগী লাংদগী নাম্বোররুবা হোৎনবা অমস্তুং মতুং তাবা কুইম, ফজবা শৈরেংগী তাম্থাদা ময়েক লানা থারি। ময়ুম লমদম্বু থাবদা হায়রম্লি:

ইপাম লমদম হায়বসি,
শাংদোকহৈবা য়োৎহ্নিলংনা
খোঙজেং পালোইনদুনা
চথোক্লগা, খোইনা চেৎনা পুম্লিবা।

খোইবী সুংশি কায়নগী বাথল অদুবুনা:

লৌরাং শূবা কর্নানা, অনৌবা খোঙলম য়ানবদা
কক্ল কক্ল শাংবগুম
খল্লু খল্লুরে হায়রগা
থম্মোইগী লকা 'সুংদুদা অরাবতা মহেল্লি।

নোংবানগী মখুত্তগী নাম্বোক্লুনা য়াঙ্গোই তোংদুনা, চেল্লরুবা, সুংশি পন্থুংনগদোরবা খোইবীগী মতৌবু কয়াদা লায়না থাগ্রবা:

'কাক্তা সুংশিৎ নামিবা'
শুরাবু য়োগীশীংদা চলহল্লি।

মথংগী কবিতাদা, বসন্ত ওইবগী মহোশাগী ফজবা পুম্নমক্তি অদুম লেঙদনা মরৈরি, অদুবু মথঙলেন কায়নরবী তোম্বুগী অরাবদি কনানা খঙবিদে, মথন্ত ওমখোইনা খাঙবা নত্তনা। সুরাগী অরাবদুবু ফোঙদোক্লি:

নুমিৎ চীংয়া থাংখরে।
মচুগা পালোইনচুনা নুঙাইবা নুমিৎ তাখরে।
চৎপ্রবা নুমিত্তি ফখরে
লাক্তি্রবা নুমিত্তি নুরাগী সাক্ষী ওইররোই।

অয়োইবদা, কবি চাওবগী থোইদোকপা মগুন্দি অমেগুবা অথোৎপা অমসুং অচম্বা য়াহৈশিংদা কবিতাগী শৈশক পুথোকপা ঙম্ব অসি'নি। মহাক্কী কবিতা পুম্নমক অঙৈংবা অতপ্পা ঈচেলদা তাউবগী পাংথক ওইনা তৌই। থায়নগী মৈতৈগী শৈশক্তা, মরু ওইনা থোক্লোক তরেৎনা শাবা অমসুং তরূক্তগী নিপাল ফাওবগী মনুংদা চেন্থোক চেনশিন নাইনা থম্বা য়াহৈ পরেংশিং অসিনা পাবদা তাংথক নাইদনা চৎহনবগী মওংদা থমই। মহাক্কী ইংরাজীগী অনুবাদ 'অরাবা ঈশৈ' হায়বদা কবিতা মশাগী অর্থ অমসুং মচংগী অরাবা ঈচেল অদু করিমত্তা তাহনবা লৈতনা পুথোকপা ঙম্বদা, হায়ব্রিবা মথক্কী শৈশেমগী নীংথিজবা অমসুং কবিতাগী লোনগী মপূংফাবা অদু উৎলি।

## কে, পদ্মকুমার

## কলাকার অমসুং সমালোচক

লেওনার্দো দা ভিনছিগী 'মোনালিসা' অয়াম্বনা উবীরম্লগনি। খনবীবা য়াই, করিগুম্বা পোৎশক অমবু সমালোচনা তৌবা হায়বদি পোৎ শাগৎপদা চঙলিবা পোৎচঙশিং অদুবু তোঙান তোঙাম্না খায়দোকপনি। তৌইগুম্বসু মদুদি নত্তে। সমালোচনাদি কলা অদুবু শাগৎপদা য়াওরিবা মচাকশিং অদু চোইনা তাবদগী পুনশিল্লগা য়েংবা মিৎয়েংনি, সমালোচকনা থম্মোই অমসুং রাখলদা লৈবা মচাক মতুং ইন্না ইনৌ নৌনা অমুক শাগৎপনি। করিগুম্বা কলাগী পোত্থোক অমা হায়বসে করিগুম্বা ভাব অমা ফোঙদোকপনি। হায়রিবা ভাব অসিদি কলাকারগী অথঙবা অমসুং খঙদবা ঙমখৈ নাইত্রবা বেকগ্রাউণ্ডদা লৈবা শক্তিশিংদগী থোকপা মহাক্কী পীকংবা মচেৎ অমনি হায়বদি, কলাগী থবকসে অসিগুম্বা পাকত্রবা শক্তিশিং অসিদগী খনগৎতুনা মতিক চাবা খরদং ফোঙদোকপনি। অসুম্না কলা হায়বসে কলাকারগী ভাবতগী শাগৎপা মশক নাইবা পোৎ অমনি। মরম অদুনা কনাগুম্বা সমালোচক অমনা মাগী লৈজব মী, তাইবং মহৌশাগী জ্ঞান পুম্নমক অদু মানা সমালোচনা তৌরিবা পোৎশক অদুদা পুশিনদুনা য়েংত্রবদি অচুম্বা বিচার অদু পীবা ওইথে'ক্কে।

কলাকার অমগী শেমগৎ·শাগৎপগী অথোইবা গুণ অদুমক লৈত্রবস্থ, মওং অমা ওইনা হায়রবা য়াই—সমালোচকতি কলাকার-দগী হেন্না সংসারগী অপূনবা জ্ঞান চেনগদবনি। অসিগুম্বা অপূনবা জ্ঞান অসি য়াওদনদি মহাক্না কলাকারগী ভাব, রাখল অদু খঙবা ঙমদে। ফূট-চৈ অমা পায়রগা হিমালয় ওনবা য়াবা হৌনদে।

কলাকার অমনা করিগুম্বা পোৎ অমা পুথোক্তি ৈঙদা খনবা রাখল অদুগা রাখল অদুবু লাকশিনগদৌরিবা সমালোচক্কী অহৌবা রাখলগা মান্নগদবনি। হায়রিবা রাখল অনিনি মান্নদ্রবদি অমস্থং চুনদ্রবদি কৈদৌঙৈদস্থ কলাগী পোৎ অমতস্থ নীংথিনা খঙবা ঙম্লোই। অসিগুম্বা কলাকার সমালোচক অনীগী মরক্তা লৈরিবা মান্নবা মরী অসিদি গেষ্ট্রিক জুইসগা চাংদম্নবা য়াই। জুইস অসিনা চৌঞাক্কী রস খঙহনবগুম মরী অসিনা সমালোচক্তা মানা সমালোচনা তৌরিবা পোৎ অদুগী মহাও খঙহল্লি। মরম অদুনা কলাকার অমস্থং সমালোচক্কী শাগৎলিবা মূর্ত্তি অনিস্থ মান্নদনদি কৈদৌঙৈদস্থ কলাগী পোৎশক অমতবু এপ্রীসিএসন তৌবা ওইথোক্তে।

তৌইগুম্বস্থং মসিদি চুম্নগী কলাগী পোৎথোক অদু খেন-চাং ওনবনি, ফজৈ ফজদে লেপ্পতনি। সমালোচক্কী অহানবা থবক্তি মহাক মশামক কলাকারগী ফজবা লম্বীশিং অদুদা তম্বনি —শিক্ষা লৌবনি। অতোপ্পা মীশিংবু তাকপা অমস্থং তম্বীবনা অকোনবা য়াকমনি। মরম অদুনা মহাক মশামক কলাকারগী

আধ্যাত্মিক জ্ঞানগী অরূ-অহেন খঙবা তাই ; কলাকারগী ভিজন মহাকস্থময়েক শেংনা উবা তাই, মতুংদা মাদু জগংতা ফোঙদোক্‌-দবনি। মরম অদুনা সমালোচকতি সমত্রু মন্নুংদা লূপতুনা মুক্তা খুনবনি। তৌইগুম্বস্থুং মানা খুনবা কোঙ্গেুং পুন্নমক্তা কলাকারগী তাঙলবা মুক্তা পুন্নমক্তি লোইবা য়াওদে। অস্তুম্বা, কলাগী পোৎ অমবু সমালোচনা তৌগে হায়রবদি সমালোচক মশামক হান্না সাংসারিক জ্ঞানগী ফিজোলনা মতিকচানা লৈতেংদবা য়াদে। শেংনা হায়রবদা, সমালোচকতি কলাগী মশক ত কপনি, থূপতুনা লৈবা পোৎপু হাংদোকপনি, কলাগী উদ্দেশ্য উৎপনি। শন্না হায়রবদা, মহাক্তি কলাগী লম শাবনি।

কলাকারগী খূৎশেম, ঈশ্বরগী খূৎশেমগী অপীকপা মওং অমনি, ঈশ্বরগী খূৎশেম্না সমত্রু ওইরবদি মহাক্তীদি মরীক অমত্তনি। অমরোমদা হায়রগা খ্বাইদগী হেনবা কলাদো কাউগ্রবা সাংসারিক ইতিহাসকী নীংশিংলকপা ব্বারী মতেক অমত্তনি। ঈশ্বরগী খূৎশেমদা লৈবা অচুম্বা, ফজবা অমস্থুং অফবা অদু মীগী খূৎশেমদস্থ লৈ—অথোই অহেনগী ব্বাতনি। কলাকারগী খূৎশেমদা তাকপা ঈশ্বরগী অঙকপা গুণশিংবু তশেং তশেংনা মচাতানা অমস্থুং ইন্দ্রিগী মমি তাদনা ফোঙদোকপনা সমালো-চনাগী উদ্দেশ্যনি। মরম অদুনা, মশাগী সংস্কার লৈতবা, শেমগৎ-শাগৎপগী ভাব ব্বাৎপা অমস্থুং মদুং ফাওবা উবা ঙম্নবগী শক্তি য়াওদবা মসিগা লোয়ননা মতম অমস্থুং মফমগী ব্বাংমদা লৈবা পুন্সিগী ভেন্নুশিংবু খঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈতবা মীনা অশেংবা

সমালোচক অমা ওইবা য়াদে। গুণশিং অসি য়াওদনা মহাক্না কদৌঙৈদস্তু অশেংবা অচুম্বা অমস্তুং মঙাল পীবা সমালোচক ওইবা ওইথোক্কে।

কলাকারগী ভাব, বাখল অমস্তুং তেক্নিক পূন্নমক অসি মমূৎতানা খণ্ডনবগীদমক সমালোচক অমনা লৈগদবা গুণদি মখুম-খুমদবা পুক্নীং অমস্তুং খঙনীংবদগী পোকপা অথোইবা অপাম্বনি। হায়রিবা গুণ অসি চেন্দ্রবদি কলাকারগী বাখল অমস্তুং ভাব খঙবা ওইথোক্কে। সমালোচক্কী পুক্নীংদি মিংশেলগুম চাংদম্নবা য়াই। মিংশেলনা অদুক্কী মতিক তরু-তরু থম্লগা মমাঙদা লৈবা পোৎ ময়েকশেংনা মমি তাবগুম মাগী পুক্নীংস্তু অদুক্কী মতিক তশেং তশেংনা থম্লগা কলাকারগী ভাব বাখলনচিংবা অদু চপচানা খঙগদবনি।

কলাকার অমস্তুং সমালোচক হায়বসে মথোয়গী মতমদুগী নাউশুমদা য়োক্লুনা চাউবা অঙাংনি। মথোয়গী শিংলি, তোংশা, হকচাং কায়ৎ, ইন্দ্রি অমদি বাখলদা চুপ্রবা ঐতিহাসিক মনম-শিংদগী কৈদৌঙৈদস্তু কোকপা য়াদে, মপুং ফানা নীংতম্বা ওমদে। মরম অদুনা কলাকার অমগী হৌফম চাফম খঙবা হায়বসে সমা-লোচক্কী তৌদ্রবা য়াদ্রবা মথৌনি। মরমদি কলাকারগী বাখল পূন্নমক মহাক্কী পোকফমগী রুহি মতুংইন্না লেপ্পনি অমস্তুং শেম্বনি। "লৈকায় অমা, শৈশক অমা, লৈরক অমা, বাঙাঙ অমা" শোয়দ্রবনি।

মীগী পুক্লীং অমসুং সংস্কৃতি লৈরোং খেন্নবা মরমদগী কলাগী উদ্দেশ্যসু খেন্নৈ অমসুং মসিদা মোৎ কয়া লৈ। কাঙবু অমনা হায়রি : কলাদি কলাগীদমক্তি, অতৈ করিত্তসু নত্তে; কাঙবু অমনা অমুক করি হায়রি : কলাদি মীগী লমচৎ অমসুং শাজং শেন্নবগীদমক্তি, অদুগা অমুক অতোপ্প কাঙবু অমনা করি হায়রি : কলাদি কান্নবগীদমক্তি, করিসু নত্তে। মরম অসিদগী কলাদগী ফজবা থিবদা অশেংবা মীগী থম্মোইদা লম্মুক্রবা অমসুং পোত্থাফম খঙদবা ভাব অমা পোকহল্লি।

মসিদা ঐনা হায়জনীংই : মথল মথলগী ফিজোলনা লৈ-তেংলবসু মীদি মী ওইদুনা লৈগনি ; অদুগুম্না তোঙান তোঙানবা মিৎয়েংগী মতুইন্না কলাগী উদ্দেশ্য খেন্নরবসু কলাদি কলানি। কলাদি মীওইবগী ইন্দ্রিদা নুঙাইবগী ইপোম কাহল্লি, মহাক্তি নুঙাইবা অমসুং কান্নবা পুন্না পীবা ঙম্বা তোপ তোপ্পা পোৎ অমনি ; মঙোন্দা মীওইবগী আত্মাবু শেংলবা লমদমদা চিংখৎপা ঙম্নবগী শক্তি লৈ। য়েৎননিংঙাই লৈতে—কলাদি আধ্যাত্মিক লম্বীদা খ্বাইদগী থোইবা লমজীংনি। অসুম্না কলাগী উদ্দেশ্য অমসুং থবক্তি পুন্সি অসিদগী নত্তে। কলাদি অমরনি মীওই-বদা মসিনা আশা অমসুং মতেং পী। মহাক্তি অৱাৎপা লৈতে মতমলৈবখিবিক্তা মপুং ফায়। কলানা ফোঙদোকফম ওইরিবা মওংশিং অদুসু মথল-মথা য়ামই, অথস্বা লৈতে। মসিদি অদুকী মতিক পুখোক্লগা অদুকী মতিক লেমহৌই। হকচাংদি হেন্না চাশিল্লগা মাঙনবা ওই, তৌইগুম্নসুং মসিদি হেনবগী অমাঙবা

লৈতে। কলাগী মতুংদা মাঙহঙবা ঙমত্রবা নিয়ম লৈরোঃনচিংবা লোৎতুনা লৈ। পুনতবু পুনশিন্নবদি, কুইনতবু খাঙলবদি কলাদি লোইরে, অক-কত্ত অমসুং অচুম চুমদগী বা খোইনা লৈতে। মরম অদুনা সমালোচক অমগী মরুওইবা মথৌদি মপানগী শক্তম তাকপা নত্তে, শক্তম অসিগী মমুংদা থুপতুনা লৈরিবা অচুম্বা অদুতবুনি। মরম অসিদগী ঐখোয়না খঙলে, অশেংবা সমালোচক্তি ফিবম তাকপা মীনি।

কবিগুম্বা কলাগী পোৎ অমা কজৈ কজদে য়েংলবদি হোংবা নাইত্রবা পুন্সিগী ফিদমশিংগী মঙালদা তৌগদবনি। কনা কনাগুম্বা সমালোচকশিংনা অসুম্না হায়বা য়াওই, মসিদি মেতাফিজিকেল ওই নত্রগা সাইকোলোজিকেল। মসিদি কত্তে, বাখল অমসুং ভাবকী হৌকম পুক্লীংনা ওইরবদি, কলাগী সিনশিংগী মতুংদা লৈরিবা নায়ক্তি মীওইবগী পুক্লীংনি। ডাঃ কোজিন্সনা হাঃরি, "কলাদি মপান্দা লৈথোক্লক্লবা ধর্ম্মনি, ধর্ম্মদি মমুংদা লৈশিনগ্রবা কলানি।" কলাকারনা মরম্নাই মিৎয়েংতনা হায়বদি মনীংমখা তম্না কবিগুম্বা পোৎ অমা পুথোকপদা অনৌবনি হায়দুনা চুম্মি হেকমক হায়রবদি সমালোচকী চুমদবা বিচারনি। অনৌবা অমা হেক পুথোকপনা শোয়দনমক কজবগী পোৎচঙ অমা ওইগনি হায়নিঙাই লৈতে। অশেংবমকনি তাইবংপান অসিদা পুম্নৌ নৌবা পোৎ লৈবা হৌনদে, অঙাওবশিংগী বানা বাখল অমনি মথোয়না তৌথোরকপা থবক্তি হৌখিবগসু নত্রগা লাক্কদবগসু মরী সুকলৈ লৈনদে হায়বা য়াই। অয়াম্বা মীনা

হেক খঙলগা কলাগী পো'ৎ অমবু ফজবা নত্রগা চুম্বা হেনগৎ-লকপা নত্তে। অদুগুম্বা ময়াম্বা খঙনদ্রগা ফজবা হন্থবগী ব্রাস্থু লৈতে। মরম অদুনা সাধারন মীশিংনা কলাকারবু অমস্থং মাগী কলাবু খঙনবা হোৎনবদা সমালোচকনা পোরম তাকপা ওইরৈ।

খরগী মখৈ খঙহল্লবস্থ, কলাকার অমনা য়েকলিবা, শা-ব্রিবা নত্রগা ইব্রিবা পো'ৎ অদুনা মহাক্কী গুণ পুম্নমক মপূং ফানা খঙহনবা ঙমদে। মতুদি মাগী করিগুম্বা অকক্লবা মিৎকুপ খরদা ওইবা পুক্লিংগী ঈথিল নত্রগা মতম অংদা মানা ওইরিবা অদুগী শিঞ্জিলহৌবতনি। অস্থুম্না কলানা খঙহনবা ঙম্বা হায়বমক্তবু মতম মতম অদুগী খেঙচত্তুনি ; ওইরক্লিবদি খঙহনবা ঙমদে। অইরক্কদবা অদুদি প্রোফেতিক্কী রাফমনি। মসিস্থ চূম্মি—কলাগী থবক অয়াম্বা কলাকারগী পুক্লিংগী অব্রা-মুংঙাই অমস্থং আধ্যাত্মিক মঙালশিংগী মমি অমা খোৎচিলহৌবনি। য়াম্নমক ব্রাংখিদুনা ঈশ্বরগী মনাক-মক য়ৌবা গুণ নত্রবদি, হায়রিবা মিৎকুপশিং অসিদি অরেম্প্লা লৈতে, ঙাইহাক্কীদমক্তি। অসিগুম্বা পারাদোকসিকেল ওইবা কলা-কারগী মওং হায়বদি অমুকস্থ ঙাইহাক ঙাইগাক্কী অইবা অমুকস্থ মতম পুম্নমক্কী ওইবা, কলাকার অমস্থং মাগী খূৎশেমশিংদা ঙক্লা থোকপা নত্তে; মরিং মরাংবগী রাফম থোইনা লৈতে। মরম অদুনা অসিগুম্বা কলাকারগী মওং অসি খঙবস্থ সমা-লোচক অমগী মথৌনি।

নীংথিবা সমালোচনাদি সমালোচক মশাগী মমি তাদে। করিগুম্বা তারবস্থ, অর্থ মহল, ষ্টাইল অদু মঙাই। কলাকারনা

অরাংবা রাখল পুবা অদুক্কী মতিক সমালোচকসু রাখল অদু চুম্না অর্থ পী। মরম অদুনা সমালোচকনা মানা নীংবা মতুংইন্না পণ্ডহার হ য়বা য়াদে। মওং অমা ওইনা হায়বা য়াই, অচুম্বা সমালোচক্তি কলাকারগী খ্বাইদগী কবা উথোকফম্নি।

করিগুম্বা কলাগী পোৎ অমা সমালোচনা তৌবদা, অফবা সমালোচকতি কলাকার মশামক্তা চপ মান্নবা সুণ্ডাইমিন্নে। মসিদা সাধারন মীশিংগা মহাক্কা খেন্নবা অমদি লৈ। মহাক্কা সুণ্ডাইরিবা অমসুং খণ্ডইবা অদুক য়েৌনা মীনা সুণ্ডাইবা অমসুং খণ্ডজিনবা ঙমদে। মরম অসিদগীনি মহাকপু অর্থ পীবা অমসুং শিক্ষা-দাতা হায়বা উপাধি পীরিবা।

অরাংবা থাক্কী কলাদি মতম মতম অদুগী অশেংবা মমি তাবসু য়াই; তাদবসু য়াই। তৌইগুম্বসুং হন্থবা মথলগী কলাদি মতম অদুগী মমি তাদবা ঙমদে। অসিগুম্বা হন্থবা কলাগী মথল-শিংনা মতম মতম অদুগী সমাজগী শেল-থুমগী ফিভম অমসুং মোরেলিতিগী রাখল ফোংদোকই। কলাগী মথল খুদিংমক্তা জ্ঞান্না অমদি মিৎ-নাকোংনা তশেংনা খণ্ডবা ঙমদবা করিগুম্বা অমা ইউৎ উৎলি। ধর্ম্মগী ইবা অশেংবা লাইরিকশিং অসি খুদম ওইনা পীবা য়াই। মসিদি তাইবংপানবগী রাখলদগী হেনবা আধ্যাত্মিক্কী মপুং ফুঞ্জিনবা মিৎয়েংনি। আধ্যাত্মিক কলাকার-গুম্বা সমালোচকসু "মী খুদিংদা লৈবা মীদি নত্তে, মীদা লৈতবা মী খুদিংদি" ওইগদবনি। অচম্বা লোন্দা হায়রবদা অচুম্বা অমসুং মতিকচাবা সমালোচনা পীগে হায়রবদি, সমালোচক্কী

ময়ামদগী ভোপভোয়া পুন্সি অমসুং লমচৎ অদু সংসারদা লুপশিনহনগদবনি। অচুম্বা, নীংথিবা অমসুং শুক্নৎপা সমালোচনা ওইনবা কলাগী পোৎ পুম্নমক "সত্যম, শিবম অমসুং সুন্দরম্" গী মঙালদা য়েংবা হায়বসি মহাক্কী মোৎ ওইগদবনি। হায়বা য়াই, অকম্বা সমালোচকতি কলাকারগী মভোংগুম্না ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা পোরোহিতনি, মরমদি মহাক্না কলাকারগী পোৎশক তাকপদা ঈশ্বরবু তাকই। কলাকারগী মথৌবু করিনো? থুপ্তুনা লৈবা অঙকপশিংবু তাকপা অমসুং খঙহনবনি। মুমিৎ-থাদা লৈবা অমম্বা মফমশিংতবু শক-শোনবনা মাগী মথৌ ওইবা য়াবা নত্তে। অমম্বশিং অসিগী মনুংদা লৈবা অঙানবা তাকপনা মাগী উদ্দেশ্যনি। শম্না হায়রবদা, মহাক্তি অথীবদা লৈবা ফজবা উৎপনি। হিংচাবীদা লৈবা লাই পুথোকপনি। অসুম্না লম্বী তোংঙাল্লবসু কলাকার অমসুং সমালোচক মথোয় অনীমক ঈশ্বর নীংবা ঙাক্তনি। খঙবা হায়বা থবক অসিদা খঙইবা মী অমা চঙদবা য়াদবগুম, মথোয় অনীদি ইথা থানবা য়াদে। কলাকারনা আইদিএলিষ্ট ওইবগুম সমালোচকসু ওইগদবনি। মরমদি "মপুংফাদবা তাইবংপান, মহৌশা অমসুং মীওইববু মথোয় চপচাবা মপুংফাবা মওংদা য়েংবনা কলাকারগী থবক্নি" (ব্রাউন্নিং)। লাইয়েকপা মীনা মানা য়েক্লিবা লাই অদু ফক্লাংদা য়ান্দুনা থম্বতা নত্তনা মাগী মিৎনাহাদম্ব পুদুনা চৎলি। মরম অদুনা ঐথোয়না মাগী মমিত্তা মুম্না য়েংদুনা মাগী মমিত্তা লৈরিবা লাইদু খঙগদবনি, হায়বদি মহাক অসি করম্বা মীতানো খিগদবনি। মাগী রাশি খঙগদবনি।

কলাকার অমস্তুং সমালোচক্কী অহানবা থবকপু করিনো ? মীনা তাইবংপান হায়বদি অসিনি হায়দুনা লৌজরিবা ভাব অদু পাকথোকহনবনি, মপুং ফাহনবনি। পুক্নীংবু ওইরবস্থ নত্রগা মিৎনা উবা পোৎপু ওইরবস্থ, ঐথোয়গী অকোয়বদা থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক্কী মরম থগুহন্দুনা মীওইববু অরাংবা থাক্তা পুথৎপনা মথোয়গী উদ্দেশ্যনি। সঙ্করাচার্য্যগী বাহৈদা হায়রগা, কলাকার অমস্তুং সমালোচক্না ফংগে তানবদি "ঈশ্বরগী মথুৎ মনুংদা লৈবা তাইবংপানগী হৌরকফম ওইবা লংলবা মরূশিং" অদুনি।

## ডাঃ আই, আর, বাবু

### কাছাড়দগী হন্নকপা

ঐগী রারীসিদি ইচম চম্বনি; অনৌবা মতম কুইনা মাঙ-লুরবা সভ্যতা অমা পুথোকলুবা নত্তে, সিঙ্কু, হারাপ্পাগী মমি, শাথীরবা ফুরা, দলান, নগরগী লৈরক-খুল্লক্তা, "কেতকীগুম্বা লৈনম চাউরম্বী" মীওইবগী খুৎশেম অমা য়েংবা, থিবা চৎলুবা নত্তে। চুম্না কাছাড়দা মুমিৎ মরি মঙানিদং কোয়রুবনি; কাছাড়গী মণিপুরীশিংগা অচুক শকখঙনরুবগী রারীনি, লৈত-লায়রগী মরমদা থম্মোই শেংনা অনীংবা ফোঙদোক্লরুবতনি।

সভ্যতাগী খোঙথাংদি কনানসু থিংবা ঙমদে। মেছিনগী যুগ অসিদা মীওইবা খুদিংমক মেছিনগী খোঙথাং ইনবা তাই; হোংলক্লিবা মীওইবগী রাখলগী পরীং, সমাজগী য়াওল পুম্নমক অসিদা ঐখোয় ইন্দুনা চৎপা ঙম্লনবা হোৎনবা তাই। মতমগী সভ্যতাগী শকক্ষম —কল—কারখানাগী "চীংমুক রাংবা মৈখু" অহিং-মুংথিল লেপ্পা লৈতনা খোরক্লিবা মেছিনগী মখোল, মঙ-গুম্লবা দলান কয়া, বস, কেব, অরবানাইজেসন সহর শেমগৎপা পুম্নমক অসিদা য়ানীংদবা তৌরুদে। অদুবু সভ্যতাগী অসি-গুম্বা মপাস্থোংগী শকক্ষম অসিনা কাছাড়দা লৈরিবা মীতৈশিংগী পুন্সিদা চাউরবা পরীক্ষা অমা ওইরি। ডারউইনগী থিয়রি— "খ্বাইদগী মতিক চাবতনা হিংবা" হায়রবসিগী মিৎনা উবা, অশেংবা

মশক অমা য়েংগে হায়রবদি শিলচর টাউনগী মনুং চনবা মালুর-গ্রাম হায়বা মণিপুরীশিংনা মতম অমদা খুন্দাদুনা লৈরম্বা মফম অসিদা ফংগনি। (হিজম ৺অঙাংহল সিংহনা মফম অসিদা লৈদুনা মাগী "শীঙেল ইন্দু" হায়বা লাইরিক অদু ইখি; মণি-পুরগী নিংথৌ কয়াস্থ মফম অসিদা লৈবা য়াওখি)। মতম অম-দদি মালুরগ্রাম হায়রিবা মফম অসি মণিপুরীশিংতগী ওইনা তোপ তোপ্পা লৈজরম্বা মফম্নি। অদুবু খুঙ্গংগী পুন্সিদা হৈনজররুবা. লৌউ-শিংউবতনা পুন্সিগী হিংনফম ওইররুবা, মশানা রায়াম ঙাঙবা হৈনজদ্রবা, ধর্ম্মদা মথায় লূপচবা মণিপুরীশিংগী চয়্নবা পুন্সি অদুদা কদোমদগীনো রেল গাড়ীগী শ্রেং-শ্রেং লাউরবা খোঞ্জেলনা য়ৈথ্রে। বসকী, টেক্সিগী তহা তহাবা খোঙচত্তা অমুক তপথহল্লক্লে, কারখানাদগী থোরকপা লোইবা নাইদ্রবা কয়লাগী মুরবা মৈথুরক্তা নীংতম্না, খুম্না তুশিৎনা লৈজরম্বা হৌদ্রবা পুন্সিগী ফিদম অমসুং তুংগী মুৎলি মুৎলিরবা আশা কয়াস্থ খুমজিন্দুনা মমি শামথ্রে। চাউরবা সভ্যতা শন্দোরকপগী লাঙ্গং অসিদা মালুরগ্রামগী মণিপুরীশিং মায়থীবা ফংদুনা ঙমজবা মপোৎ-মচৈ খরা পুরগা থাদ্রবা লবায়-থবাইদা, চীংখোং-চীংয়াদা খাঙলি— "ত্রাহি ত্রাহি" হায়না। মালুরগ্রাম হৌজিক্তি কবোক য়োনবী, চেং তাইবী সভ্যতাগী থোরবা খুৎলাই চঙদ্রবী মীতৈ ইমা-ইবেল খরতনা লমমৈনা মশা মরেং চাকথোকপ্রবা য়েম্লিং হুনবা ঙমদ্রবা উপালগুম লেপ্তুনা লৈহৌরি; অতৈদি—মহৈ হৈবা, লৌশিং-শিংবা বাঙ্গালী বাবুশিং।

ষামনগরদি শিলচরগী নোংচুপ্তা লৈবা অনকপা মীতৈ ঙাক্তা তাবা খুল অমনি। খুল অসি য়েমবা চৎনবা লম্বী খোইদোকপা, রেল গাড়ীগী ট্রেক মতুং ইন্না চৎপা নত্তনা, অতৈ লৈতে। সভ্যতাগী ইরাং ইয়েৌবু য়েৌদ্রি হায়বা য়াই, য়েৌদবনস্থ হেন্না কৈ। মণিপুরীশিংনা মশাগী অশেংবা মশক অদু ঙাক্তুনা হিংজনবগীদমক। লম্বায়গী খুঙ্গংগী অচম্বা পুন্সিনি — চহী অমগী চানবা শুরুবা পৈশিঞ্জবা, মীঙোন্দগী নমথাক তৌদুনা হিংদুনা লৈবগী অচীকপা থুগাইরুদবা। মফম অসিদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মপোক মুমিৎ পোয়মুগী ১৩নি পানবা মুমিত্তা কীর্ত্তন শক্তুনা য়াম্না চাউনা পাঙথোক্লম্মি। অহল, নাহা, মুপী, অঙাং অম্বাম্বা মাগুবত্তা লাক্তুনা রাজর্ষিগী মফমদা ভক্তি কৎলি। রাণীপুর জিরি চৎপা লম্বীদা শিলচরদগী মাইল ৯ লোম নোংপোক্তা চৎলগা লৈবা মীতৈ খুল অমনি। মফম অসিদস্থ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মপোক মুমিৎকী থৌরাং পাঙথোক্লম্মি। মথংদা চৎলুই ললাঙদা। ললাঙ চৎকনি হায়বা খঙবদা অবোক্পা লীবিথিবা মীতৈ নিংথৌশিংগী ললাঙ কীর্ত্তনগী ষা নৌহোনা নীংশিংলুই। য়েংনীংবনা ভুপথহন্দে পূক্লীংসি।

কাছাড়দা মুমিৎ মরি মঙানি লৈরুবসিদা মতমগী মমল নীংথিনা খঙলকই। মী কয়া কয়াগা উনৈ, ষারী-ষাতাই শাই, মিটিং য়াওরুই, ষা ঙাঙলুই তৌবা য়াবা থবক 'কয়াস্থ খম্নৈ, ঐখোয়না ঙমজবা পীরম্মি, লৌবা'য়াবা কয়াস্থ মখোয়দগী লৌরকই। ঐখোয়গী চাউরবা অরাৎপা অমদি শেংনা উরকই।

মণিপুরদা ঐখোয়না সাহিত্যগী রাঁরী শাই, লোনগী মরমদা খন্নে ; মেজর ভর্নেকুলার কৈদৌঙৈ, ভারত কমষ্টিট্যুসনগী ৮শুবা সিদ্ধ্যালদা য়াওহনবগী মভাং- খল্লি, ঐখোয়স্ত হোৎনরিদনা। অদুবু মণিপুরী নত্তবা অতৈ জাতিশিংদা মণিপুরী লোন অমস্তুং সাহিত্যগী মরমদা লৈরম্লিবা রাখল অদু য়েংলুবদদি ওন্থোক্লা নীংবা কায়। ঐখোয়গী লোন অমস্তুং সাহিত্য অসি মণিপুর পব্লিক লাইব্রেরীগী কম্প্যাউণ্ডগী হেন্না খোঙ থাংদোকপা ঙমদ্রমাল্লে খন্দবা ঙমদে। ময়াং অমনা মিটিংদা মীতৈলোন্দা মুতিগী ফোঙবা পাউজেল চে লৈত্রা হংই। শাউনীংবনা ঙাইহাক্তি খুম্ফম খঙদে। মণিপুরী নত্তবা মপালগী মীশিংনা ঐখোয়গী লোন অমস্তুং সাহিত্যগী মরমদা অস্তুক য়াম্না লান্না খল্লমলিবা অসিগীস্ত খনবা য়াবা মরম লৈ, মখোয়দতা শাউরুবগী, মরাল পীরুবগী অর্থ লৈতে। মণিপুরী সাহিত্য, লোন অমস্তুং সংস্কৃতিগী মরমদা মীচম্না ইরায় লায়না খঙবা য়াবা বাংলা, ইংরাজীনচিংবা লোল-শিংদা ইবা লাইরিক্তি লায়রদুনা হীরমশিং অসিগী মরমদা ইবা মীতৈলোনগী লাইরিক ফাওবা ইরৈ লৈত্রি হায়বা য়াই। মণি-পুরগী মরমদা ইবা লাইরিক খরা লৈবস্ত অয়াম্বনা মিউজিয়মগী লৈতেং ওইনা লৈখ্রে ; মীচম্না ইরায় লায়না হেক্তা ফংবা য়াবগী খুদোং চাবদু রাৎলি। মিৎয়েং অসোমদদি মণিপুরীদি মপানগী মিৎয়েংদা "মোইরাং পর্ব্বগী মতৌগুম্না" লুবাকমুংদা ত্বুমলি হৌজিক কাওবা। অসিগুম্বা অরাৎপশিং অসি খঙবা তাই, নৈনবা তাই অমস্তুং মেনশিন্নবা হোৎনবা তাই।

কাছাড়গী মণিপুরীশিংনা মণিপুরবু 'স্না লৈবাক মণিপুর" হায়না কৌই। মণিপুরগী চীং, তুরেল, লম্মিৎ-তুমিৎ খুদিংমক খঙনীংবগী অকনবা অপাম্বা অমা লৈ। অয়াম্বগী পুন্সিগী ফিদমদি মণিপুরসি হঙ্গৎনা য়েংবদস্থ মাঙলোমদা য়েংলুবদস্থ ফিজেৎলাকচেৎ অয়াম্বা মণিপুরগী মতৌ তম্নবা হোৎনৈ। চৎনবী ব্যবহারস্থ অচু মঙায়—অচুবু মণিপুরদগী অহানবা চৎখিবা মীনা করিগুম্বা লোন খরদা ভাব তাদবা থোকপদি শোয়দে। নৌনা শকখঙনবা মীতৈ অমনা মুমিদাং কায়নরমদাইদা 'হয়েং অমুক ফংনরসি" হায়। ভাব তাদনা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈ; মথংদা 'ফংনরসি" গী অর্থ "উনবা" হায়বনি খঙলকপদা খুমখি—"ফনি"। মতৌ অসিগুম্না "তৌফম থোকপা" তোয়না হায়নবা "দরকার লৈবা" হায়বসিবু কাছাড়গী মীতৈনা হায় "মথৌ তাবা"। মণিপুরবু মুংশিবগী, পামজবগী মশক শেংনা উরকই। মিটিং অমগী শৈহোদা "মণিপুর কৌবী জন্মভূমিসে, অকনবগী পোক্লফমনি" হায়বা ঈশৈচু থরায় য়াওনা শকই; কবি সম্মেলন অমদা মীতৈ মচা অনীথক্লা "চীংনা কোয়না পনশাবা..." হায়দুনা মণিপুরগী ফজববু মিত্তগী পি তাগদবমথৈ তেংথা নাওইনা শৈরেং পাই। মণিপুরদগী চৎলুবা ঐখোয়দা দাবী কয়া তৌই, কমপ্লেইন্ট তৌই মখোয়গী অরাবা কয়াগী মরমদা মণিপুরদা লৈবা মীশিংনা মখোয়বু থোওইদবগী মতাংদা, লোনগী রাফমদা।

লোন অসিদি কাছাড়গী মণিপুরীশিংগী চাউরবা রাফম অমনি। মীতৈলোনগী এম, ই, স্কুল খরা মফম থরদা হোগৎলে।

তম্বীবস্থ মীতৈলোন্দা তম্বীরি। অদুবু চাউরবা রাফম অমদি মণিপুরী লোন্না মেজর ভর্নেকুলার ওইদবা মরম্না হৌজিক মণিপুরী লোন্দা তম্বীরিবা এম, ই, স্কুল ছাত্রশিং অসি ক্লাস সেভেন কারকপদগীদি বাংলা নত্রগা আসামীদা অমুক তম্বীবা তারে। মতাং অসিদা ওইরকদবা ছাত্রশিংগী তুংগী পুন্সি মচু-গীদমক তশেংনা অৱাবা অমদি লৈরে। রাফম অসিনি ঐখোয়না চৎলু-চৎলুবা মফমদা কাছাড়গী মণিপুরীশিংনা তত্তনা, থরায় য়াওনা হংলিবা রাহং, মেজর ভর্নেকুলারগী রাফম অসিগী মতাংদা তাংদাংবা অরেপ্পা ফিরেপ খঙদবনা ঐখোয়স্থ রায়, মখোয়স্থ রায়। মতাং অসি ফনা য়াম্না মখোয়দা শন্দোক্লা তাক্লবা লাক্লে; অদুবু খঙনীংবনা, পেন্দনা লৈহৌই।

পৃথিবীদা মশীং য়ামদবা কাঙলুপকী ফীভমদি ওম্থোক্লা অৱাবগী মশক্নি। যুগ অসিগী পুন্সিগী লম্বেলদি রাজনীতিনি। পাম্নবস্থ, পামদ্রবস্থ রাজনীতি খন্নদবা য়াদে, থাদোকপা য়াদ্রবা চেনফদ্রবা লম্বীনি। মতাং অসিদা মশীং য়ামজদবা কাঙলুপকী ফীভমদি অমুকস্থ হেন্না রানবগী মশক্নি। আসামদা লৈরিবা মণিপুরগী মশীং অসি চাউরাক্লা লাক অমগা খরা হেল্লি হায়। অদুবু মণিপুরীশিং অসি তোখাই তোখাইনা, মচেৎ মচেৎ ওইনা খুন্দাদুনা লৈখিবনা রাজনীতিগী অপুনবা ইউনিট অমদি ওইবা ঙমদ্রে। মরম অসিনা মশীং য়াম্বা বাঙ্গালী অমস্থং আসামীগী খুদোংচাবা লৌনফম ওইনা মণিপুরীশিং অসি লৈরে। মখোয়না পীখিবা, চানবীবা মিৎয়েংগী মথাদা হিংদুনা লৈবা তারি।

মণিপুরীশিংগী অশেংবা অরাবা, খুদোংথীবা কয়া অসি সরকারদা মশক শেংনা, মুন্না খঙহনবা ঙম্বা কাছাড়গী মণিপুরীশিংগী মরক্তগী মী অমা দরকার ওই। অসিগুম্বা অরাবা ময়াম অসি শেংনা খঙহনবা ঙম্বা সরকারদা ভাব তাহনবা ঙম্বা মী অমতং লৈরবদি কাছাড়গী মণিপুরীশিংগী ওইনা অমম্বং আসামদা লৈরিবা মণি-পুরীশিংগী অপুনবা কান্নবা কয়াদি শোয়দনা ফংবা ঙমগনি।

নোংমা অয়ুক অমা মীতৈ পাখঙ অহুমখক থেংনৈ লম্বীদা। মক্তোঙ্কা চেঙখাউ অমমম পুই। মীতৈ ওইবগী নুংশিদুনা হংই করি লমদগীনো? অদুবু পাখঙ অহুম অদু ফনা কুইনা খুমদে। অমুকস্ত মীয়াম চল্লবী মীতৈ নুপী খরা কবোক খুম্মোক পুরদুনা কবোক য়োনবা চৎলম্বা থেংনখি। অদুবু মখোয় পূম্নমক অসিনা ঐখোয়বু উরগা থৈদোক্তুনা চৎলি, উননীংদবগী মতৌ উৎলি। মখোয়গী বাখলদা তশেংনা মণিপুরদগী লাকপা মীতৈশিংবু হক্লোইবা, শাউনীংবা, বারোবা পোকখ্রবা নত্রগা কল্লবা পুন্সিগী হিংনবগী লানফম অসিদা ঙাইহাক লৈতনা লান্থেংনরুবদগী মীমাঙ থোকপদা মওং চান্দ্ররা ফীভম্ বু ঈকাইদুনা থাপ্পা চেনখ্রগে নীংলব্রা? মখোয়গী মশা, বাঙাঙ-শাঙাঙ, মিৎয়েং-নায়েং অমস্তুং শক্তা-চুদা মীতৈ ওইবগী খুদমদি ময়েক লানা উরি কল্লবা চৈথেং কয়াগী মরক্তা হিংদুনা লৈবা ঙমলি—মীতৈ ওইনা, মণিপুরী ওইনা।

পুরীংদি চৎকে নীংথিবা মফম কয়া চৎপা ফংলক্তে। নুমিৎ মণীং ককশিল্লকই; তহা তহাবা খোঙচৎকী প্রোগ্রাম কয়া ককথৎপা জাখি। যাম্নক থরাম তানা চৎনিংলুবদি হাইল্লাকান্দিনি।

প্রোগ্রামস্থ লৈখি—লাকপা শোয়দ্রে হায়না মী অমা অনীদস্থ পাউ পীখি। অদুবু চৎলুদ্রে হায়লাকান্দি। মসিগী দমক্তা পুক্নীংদা মুঙাইতবা পোকই। মথংগী খুদোংচাবা মতমদা চৎকে নীংলি। অব্রাবা অমদি মণিপুরগা মাইল চামগী মন্নুংদা লৈনরিবা য়ুমলোন্নবা কাছাড়গী মীশিংনা ঐখোয়গা ওন্থোক্না থাপ্না লৈনপ্রে। কাছাড়দা লৈরিবা মণিপুরীশিং অসিস্থ ইতিহাসকী করিগুম্বা থৌওং খরদগী কাছাড়দা খুন্দাম্নবা মণিপুর থাদোক্লুনা লৈখিবনি। মাইল লীশীং লীশীংগী পাউ শিৎকুপ অমগী মংংদা তানরবা মতম অসিদা মাইল চামগী মন্নুংদা লৈনরিবা মণিপুরগী পাউ কাছাড়দা শুকতা তাদে; তানবা হোৎনবদা ৯মিৎ মরি মঙানি চঙই। মসিনস্থ কাছাড়গী মণিপুরীশিংগা মণিপুরদা লৈরিবা কাঙবুগা থাপ্তোক্ন-হন্নবগী চাউরবা পল অমা ওইরি। রেডিও অমস্থং টেলিভিজনগী মতেংনা মফম খুদিংমক মিৎকুপ্ত শম্নহল্লবা মতম অসিদা অব্রাবনি, নক্নথ্রবা মণিপুরগা কাছাড়দা পাউ-ঈ ফাওদোক-ফাওজিন অস্থক খুদোংথৗরিবসি।

কাছাড়গী মণিপুরীশিং হৌজিক তূমদুনদি লৈত্রে; চহী কয়া চয়া মণিপুরদগী তোথায়না হুন্দোকপীরুরবা অমস্থং মণিপুরনা াতাং খরদদি কাউবু কাউথোকপীরুরবা কাছাড়গী মণিপুরীশিং মনৌবা মিৎকপ থোরকপসিদা পুক্নীংদা অনৌবা খঙনীংবা অমস্থং াাঙতরুবগী তপথদ্রবা ঈথিল অমদি ফাওরে। খঙনীংবা অমস্থং াাঙতরুবগী অপাম্বা অসিগী ফংফমমি চীংনা ইকোয় কোয়শিনবা াণিপুরদা ফংগনি নীংই। মতং অসিদা মণিপুরনস্থ কাছাড়গী

ইচিন-ইনাও অসিদসু নত্তনা মনিপুরগী মপান্দা অতৈ অতৈ লমদা লৈখ্রিবা মনিপুরশিংগী থম্মোইগী অপাম্বা অসিদি পীকম থোকই ; মতম অচুদা "অকনবা পোল্লবী, অথৌবা য়েল্লবী" মনিপুরগী শিথরুরবা মিংচত্তা অনৌবা পন্দুপ অমা হৌবদি শোয়দবনি।

---

এ. দীনমণি সিংহ

## ঐগী রেডিও

কয়াদি হেক ফজরে ঐগী অনৌবা রেডিওদো, ফজৈ ওথাক ফজৈবো! পঙরাংদি রাংদে, শাংলপ তৌরদনা অহাঙবা মেজ মচা অতুদা পুমথন থনবোই নীংই ; বেন্দ অত্র, মৈ থাদোক থাজিন তৌনবতুনে, রেব ওন্থোক ওনশিন তৌনবতুনে করিনো মাপলদি শুফাত্রবস্থ তরেৎতি হেল্লে ; ইলং লংলতুনা মখোল থোক্লকফম অত্রদা বর্মাগী চৌ শূমক্কী মচুনি ; মরক্তা ঙাংলি ঙাংলি তৌবা লৈই মচা মচাকা চেল্লতুনা ; ওন্থোক্লা পাম্মি। মতুহেক থম্বদগী ঐগী তূমফম চাফম-থকফম-মৌ ফমফম পুন্না ওইনবা কা মচা অতু পুমঙান। ঙাইহাক চথোকলুই হঙ্খিল্লক্তুনা মায়-খুমফি অতু শৎ হাইগত্তুনা য়েংই, ভজৈ। ঙাইহাক অমুক অখাই ফাওবা চথোকলুই, অমুক য়েংই। অখাইফাও ঙাহৌ ঙাহৌ চথোকলুই, হুৎ হল্লক্তুনা য়েংই, নাল্লি তৈথোকই। অউবা মৌনা উরম্লবদি হায়না চিংনতুনা পর্দা থল্লবা থোঙনাও অতুদা লৈথোক্তুনা য়েংলুই। ফজরম্বগা ময় ম্না পামজনা চেঞ্জরুবগা লুপা চনৌ'মা চহুম্মতুদি পাম্মুদরে। শেল ম্যাম্মৈথৈ থীতুনা থাংথনরুবগা ঐখোয় অবোক্কী চন্দেল উপু অইফবা অত্র মানবস্থ পিক থম্না যাওরি। ঐগীদি লাইবক ফবা হায়বতুনি ঐনা খঙ-লক্তুনা তৌরুবস্থ নত্তে, তান চাবা হায়বতুনি। পামজবা হায়ববু

অহৌং মিংকপ থোক্লকপদা পোদোন থোক চুখৎপসু ঈকাই, মৈখেৎ খেৎলগা অমুমুক লেংল্লিবা জাৎনি।

মমিংকাসু ঐনা অমুক্তা তাদ্রিবা পুমনৌ নৌবা রেডিওনি। খবর অমদি অতৈ চেকোঙ মমুৎ তানা পারুবদগী ঐদবু থেং-নরুবনি; মণিপুরদদবু নত্তে—আসাম, বেঙ্গল, অরাং নোংপোক যায়কৈ অসোমদা ঐগী সিনা ইহান হানবা ওইরিবনি। ফাগি-ওই করিওই পোষ্টকার্ড অমদা খোৎলগা খাদখিবদগী কোক-হেক থারক্লে। তান না চারিবসু ঐগী ফংজৌ হায়বদুনা, রেডিও অসিগী মপু ওইজৌ হায়বদুনা চহৌ তরেংলোম শোৎলুরবা অচেনবা স্কুল অদুগী তলব অদু সরকারনা পীরক্ল হায়দুনা ফংবা মতাং হেক থোকউরে। খরা বাৎপা অদুদি মরুপ-মপাংদগী খর'মা লৌরে অদুগা মতম অদুদা ওফিসতা অচারম খরগা থেংনরুবদুদা চপ হেক চারে। থু লরে হায়বা পাউ হেক ফংবগা ডাকঘরদা চত্তুনা হন্দোকলুরগা ওফিসতা চঙলমদরে, সৌধা য়ুমলোমদা লাক্লে - অমদু কোল্লদুনা।

অমা লাক, অনী চঙলক, অহুম তিল্লা; মুপী অঙাংনা ক্রক ক্রক ইম্নরে-ঐগী মৌ অনৌবা রেডিও য়েংবা লাকপনা। য়োম্লকপা চে-ফি অদু নীংথিনা লৌথোক্লে। লৈরম্মি লংলদুনা, ফজৈ, ফদি-ফরা মরক্তা মণি মুক্তা য়োম্লম্বা থেংনরুবদু, মঙায়, নীংথিজৈ, মেজদা লৌথোক্লুনা হেক থিনবদা ঈশৈ শক্কদবগী, ভাষণ পীগদবগী থৌরম পরেং লাম্থোক্লকদবগী হংম্না ময়া ক'দুনা ঙংদুনা ঙাইদুনা লৈ।

হায়ন-লাক্লদে, গোপালনা খোঙ্গ্‌াও থোক তাখত্তুনা তুলসিবোং ময়াদা হৌরিবা কৌবিলিয়াদা তাপ তাপ কাখৎখি; এরিয়েল তরা হেক্তা তিংলুই। আর্থ কনেকশন হেক্তা শমজিল্লি। কোক পানশিল্লি, তেক হাংই; কিৎ নম্মি, উরু উরু লৈ মখোল হৌরপনা গুহানবমক্তা শক্লকই—

.... ... .... আয়া কোঙ্গ।
বাগো'মে বাহারোংমে আতা জাতা
আয়া কোঙ্গ আয়া কোঙ্গ ....।

ময়েক শেংই, ফকৈ গৌহাটি ফজনা ফারে। অয়াংগী তা-কালা হোবে কোবে চঙলকই। করি করিনো হায়রৈ। থাগৎপনি হায়বদি খঙই ময়েক করি করি হায়খিবনো ঐ কাউরে। মীয়ক খায়-খায়দুনা লাক্লগা চপ লেপ্লে; অমুৎপা বীড়ী অদু মনাদা কোক য়েপশিল্লগা লৈররে- হুৎ-হুৎ য়াম্না খঙ-হৈনা হোংলরৈ। তা-কলাগী খুৎলৈদা মখোল খজিক ওল্লগা মুরা রেডিওনা ঈংনা শকলকই—

জীবন বোন থেগে পাগোল পরা
আমি .... .... ....।

মখুৎ মশা শেমদুনা লৈরবা নিমায়চান্দনা তা-কালাগী মফম শিল্লগা রাকৎপগী মওংদা কোক শেমদোকউরে। থৌদা ইনবদা মথক লৈত্রবী রেডিও দেবী অনিয়ক হায়নদে লাউজ্ঞরকই মখোল অদু ওল্লগা—

"ডিস ইজ ওল ইন্দিয়া রেডিও, ডি নিউজ রেড বাই স্থমিত্রা নায়র .... .... ....।

অস্তুম্বা দিল্লী ফারে, মাদ্রাজ ফারে. বোম্বে, বিবিধ ভারতী লোয়নবা সিলোনগী খোঞ্জেল নীংথিনা ফারে। ময়াম অদু পেম্বরে। অপেনবগী মাহৈদা কল্লকপগী মিৎফম এনা নত্রবস্থ অতৈনা উনহৌব' য়াওই।

মণ্ডানি তরা'নিদো ফরম্মি। ময়েক্সা শেংলিবা, মখোলনা মুংশিরিবা মপাবু লৈতবোই নী'নৈ। মম্'ম্মক্সা এবু থাগৎপী। রেডিওগী মরমদা কারবার তৌবিবা হৈশিংলবা কাঙবুনা এবু হন্না হন্না থাগৎপমক তৌদ্রবস্থ মীওইবগী লাইবক্কী মরমদা দার্শনিক অমগুম মাগী মোৎ ফোংদোকখি। মণ্ডা তরাব্রি অদু কনাগী মীগী থবক এগী ইথৌ, সরকারগী দণ্ডি করিস্থ নী'শিংলুদে। লুহোংবা অনৌবনা খুদ ঙাঙনা সা'বা অমা খুকউ মথা চেন্থরপ শেৎলগা শুমাঙদা, য়েনখাদা, লাপ্লবদা ই'খোল মত্তোনফাওব ঙাহৌ ঙাহৌ চন্দ্রনা শঙব-ডুমঙাই। মীনদি থাজরোই, লুহোংবদগী শরূক কয়া হেন্না পায়মা নৌথোকখি এ।

নোংমা নোংম ইজিং মুমিৎ অম'দ অয়ুক খুৎলামখামদগী অদুম হৌরে। হায়রিবা মুমিৎ অসিদা এখোয়গী অফিসতা থবক তৌমিন্নবী মুপী অহুমথক—অমদি মৌনি. অনী অমনা খোইনৌ মতা শারেপ ফারকপদগী পংয়াক য়াকশিন্দ্রিবী ঙাক্নি—মখোয়দুনা এগী রেডিও দেবী অমা লাক্লে তাবদা অমুক্তা য়েংনীংখরেদা হায়রকপদগী এনা শোয়দনা লাকপীনবা হায়জিল্লুরে। অমুক্তবু নত্তে নমহায় নমহায় মরি মঙারক হায়জিল্লুরে। থাংজ মুমিৎকী আ.ফস কাদগী থোকমিন্নরকপা অদু ফাওবদা শোয়দনা লাকউ

হায়রুরে। রেডিও য়েংহন্নীবা রাদি লায়বু লায়রদুনা লৈশাবী অনৌদুগী মচংদা মুনরং তৌবী রাশি লৈবী অদু ঐনা পামতক চারকপা কুইরবনি। হায়গে হায়গে নীংবদনা কোৎনগে তৌরুবা হোজ হোজ অহুমলক্লুপা শুররিনি। মখোয় অনী অদুমদি লাক্লে লাকসমু লাকওই তোক্লবসু হেন্না কৈ। ঐগী হায়ববু মুনরং তৌবিদো. মাদা ঐখোয় য়ুম খণ্ডহখ্রগা লেইরে। অখোংবী অসি উহন্নীংবগা, লৈফম খণ্ডহন্নীংবগা অপাম্বা অনী হেক পূনথিবনা অমুক অদু য়েন-কাদি লায়রদুনা মকু ফাওবা তূমদ্রি ঐনা য়াহৌবা।

ওরাং পুমিদাং ইমানা কৈথেল কাবদা লৈরকউ হায়খিবা অচ অথক ময়াম অদু মথং মথং য়েংলে। শেম শাবা য়াবনা শেমজিল্লে, ডৌ-খোৎকদবা, থোং-থাক্লদবা অতৈ অপুম্বা ইচন মরিদু হোদোক্লুনা লোইহল্লে। কা-বুদি ওরাং পুমিদাংনা লৈতেং-লম্লবনি। অয়ুক্কী থবক হেক লোবইগা চুরুট অমা কৈ-না চপ্লদুনা রেডিও দেবীগী পুজা তৌনবা চঙলকই। তেক নম্বি, কিৎ নম্মি, শৎ-শৎ লৈ. হৌরকই—

.... .... 'বন্দে মাতরম .... .... বন্দে .... মাতরম'

'বন্দে মাতরম' লোইখরে। থৌরম পরেং মথং মথং চথ-রক্লদবগী ডাইহাক লেপ্লবগী অমুক হৌরকগা মতাং অদুদদি হৌরক্লে—

'ভুক ... ... ভুক। গো ... ' ভুক ভুক ভুক ভুক .... ।'

বেন্দ অমা নমদুনা য়েংগে তৌরকপগী অদুদা মখোয় অহুম অদু লাক্লে। চেম্বোক্লুনা ওকল্লুরে। চঙমিম্নরক্লে। নীংথিনা

শেমশারবা অরায়বা লীগী চৌকিশিং অদুদা ফমহল্লে। অহুম অদুনা মাগী মাগী ফজ ৱাহৈদা ঐগী অনৌবী—অখোংবী তুবু থাগৎলি। তমুবী ৱাশি লৈবীদুনা হায়রকখি—

—"চুম্মীদনা মীনা হায়নবা ফজে; পামজরেদা সত্য।"

মদুদনি ঐনা চুরুপ লাল্লুরিবা। মৌ অদুনা ফাগি তাখোকপা মওংদা উবিরমগ্রবদি ঐবু পেং জাৎ অমা ওইনা তৌরে-কা খনগ্রবদি ঐদি লোইরে। 'চা-মুংদি লাংবি তারসি কমদৌগে য়েংলসি।" হায়নরকপগী অদুদা ঐনা ইতা তানীংদবা ইথো খোশাদবা শাশিন্নদুনা তল্লপ্না হোগৎলি। হংই ঐনা ওনশিন্দুনা—

—করম্বা ষ্টেশন তাবিনীংবগে, ভোইস ওফ আমেরিকা তাবিনীংবরা নত্রগা বী, বী, সী?

—ঐখোয়দি অমা হেক্তা য়াই।

—হে-রা ঈশৈদুম তাসিবা ইচে।

—কৈ, অমা হেক্তা তৌবিরো।

—ফনি অদুদি অরিবা ফিলমগী ঈশৈ অসি, সিলোন হাংজরগে?

—ফরেনে।

তেক. কিৎ, শৎ, শৎ। মদুদগী মানা তৌখোল্লকপা কর্ম্মচু খল্লুখদা তু চূংই। অহানবমক্তদা ঙংলম্মি—ঝং-ঝং ঙ্ং-ঙ্ং। ঐ খোশারুদে। হায়খি, ষ্টেশন হাংদ্রিমাল্লে। অমুম্না অদুনা ঘড়ী য়েংলুরগা মতমগী হায়রুরবদি হেল্লে হায়রকই। খূদাং কৈখত্তুনা য়েংলুই পুংখায়মুক তেল্লম্লে। ওম্নরত্রা কৈনো হায়দুনা

শৎ শৎ লৈরগা মপা চা-ন থমলুবদা কয়া নীংথিজনা শক-লক্লে—'লার লপ, লা'র লপ····দা।' অহুম্না থাগৎলি। এ, লিরবা অমা তানীং তানীং লৈরম্বনি, কুইরেদা তাখিদবা হায়-রকই। ঐ চাউথোকলপ নোক্নই। পুরকপা চা অদু থকমিন্নবা ফমগে হৌরকপগী অদুদা হৌরক্লে—

ব্রিং—ব্রিং—ভুক—ভুক—ভু-ক—লার-লপ ভুক–ভুক ; অজি—উইস-হু ই-স।। ···ঝুথে লরি-ভুক-গ্রে-গ্রে····ক্রুক···ভুক ·· গো ।

চঙশিন্দুনা শেম্মুই, লৈক্নই। য়ারে, শকহৌরে। হেক ফমথরবগী অদুদা —গে হুইস— — হু-হু-গ্রোক— । মিৎ-না য়ুখক্নুনা শেম্মি। কয়া কুইরবনো শেম্নক্লিবা ঐ ভাব তারুদ্রে। অমনা হায়রকপা তাখি-"চা ঈংখ্রে। সিলোন লাপমল্লমাল্লে গৌহাটি হেক্তা থাবীরম্মো। ইম্ফাল ওইরবস্ত য়াইদা।"

—ফনি।

ঐনা থারুরিবদো গৌহাটিনি, ঙাঙলক্লিবদো ইম্ফালদগীনি। অমদা কিৎ নম্মি ব্রিং · ব্রিং অমমুক নম্মি, হুইস—· হুই—স ; অমদা য়েংই গ্রে' গ্রো... গে....। অমনা হায়রকই।

—অ গৌহাটিদদি নোং চীং চুবা নুং কীম্থরকপা য়াওবা ড্রামা অমা তৌরমাল্লে অদুহুম তাসি কৈদোবগে।

"–অ–মাগীসে, এরিয়েলদা মুংশিৎ ফুরমাল্লে য়ারনি"— ঈকাইবা থাংলপ ঐনা খুমখি।

হু— —ইস, হু—ই স, উং— — উং।

'করি ষ্টেশন ওইরবনো ?" অমুবীদুনা হংলকই। "বিবিধ ভারতী ওইরমান্নে," মৌ অদুনা খুম্মি। "ও নোং-মাইজিং মুমিত্তুদি ড্রামা লৈবগুম তৌবনি। নোং মুংশিংকী দৃশ্য অমা উৎলিমান্নে; হন্নুবা অসি ঐখোয়দি হৌজরে," অমুবীদুনা হায়বা তায়।

—"ফনি হাবিরো।"

অমনা অমা হায়, অমনা অমা খুম্মি মখোয় অহুম অদুনা ঙাঙলি। ঐদি পোইমুগী অয়ুক অঙনবা অদুদা য়াঙলেন্দা হুমাং কায়রক্লে। উচিন নাচিন্না য়ারে, লাউরকই ... 'লৌবীরসি, ইবোতোম্বীনা শকপা লাইশোন ঈশৈ' অহুমথক মথং মথং ওইনা, "ভুক .. গো।" "ঐখোয়গী ইম্ফালগী ষ্টেশন অসিনা মরক মরক্তা বেরা হেক হেক তৌবসিনা – ।" অমনা হায়।

—"হোয়নে"—খুম্মি করম্বনো অমনা। "বেরা নত্তেদা টেপ রেকোর্ড মখোলনি।" হায় অমনা। ঐ মায়কৈ মমশিল্লক্লে। গ্রে — — গ্রে .. গ্রোং .. র... রং—ঙ্‌ং — হু — ইস। অমনা হায়—"এ এ চুম্মে। মেচিন উংবগী মখোলফাও হেক ফাবা ঙম্মি। হন্দকী রেডিও অসিদি ফৈ।" রেডিও অদু লৈনা লৈনা, শেন্না শেন্না মখোয়না ঙাঙনরিবা পুন্নমক নাকোংনত্তা নত্তে আ দীর্ঘ য়েনা শোক্না তারি। ইন্দ্রি নীকলক্লে ঐগী। খুৎ নীকলক্লে। করমনো তৌরিবসিবো, ঐ ঙসিদি কুমৈ তারেদনা। তারে, কুমৈদা কুমৈ, অতাক্লরে। চানা চানা ঐঙোন্দা অমদি ঐগী রেডিওদা মুন্না য়েংলগা ফাগি হৈবী মৌ অদুনা ঙাঙলি।

কনস্থ কল্লিদা মাগী মচীন্দো। অনীদুমদি খরবু কৈ, মানা হেক ঙাঙবনা মী মচা অনীদু করি খল্লিদগে ?

ঐবু লাঙ্গরক্তবনিদা! অমুক্তদি ময়েক মশা শেংনা শকউদা. য়ারোই হায়বা লৈরগস্থ মখোয় অহুম অসি চৎখ্রগা পুন্সিগী ওইনা য়ারোই হায়রবস্থ ফরে। হে ঈশ্বর য়াবীয়ুদা। নাম থনুংদা নীংশীংলগা চমন্নরবা বিভুলা মরক অদুদা অনৌ অনৌবা আশাগা লোয়ননা লৈরি, নম্মি, উংলি। শক্তে, ঙাঙদে। ঙাই· হাক লৈরগদি ঙাঙবা লাউবা গো·গো তৌবা অদু চপ লেপখরে। খরা ফরমাল্লে খল্লুরগা মখোম্নি হায়বা মরিক অমা ফাওবা খোক-লক্তরে। লৈ, নম্মি, মেৎলি, উংই। শক্তে, ঙাঙদে, খুমদে তূমিন উতুপ খিনবগুম লৈখ্রে। উপায় লৈত্রদ্রুনা ঐ ওস্থোরক্লা তম্না মখোয় অহুমগী মমাঙ অদুদা কম্মরে। ৱারী পাক-না শারক্তে। ঐস্থ ঙাঙলুদে। ঐনা লাকপদা মৈ অদু মুখৎলম-দ্রমাল্লে ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা অমুক তপ্না ঙঙলক্লে উং—

—গ্রে—গ্রাগী , মখোল য়াওরক্তে। অমুবী অদুনা 'এ খোংলক্লে য়ারে', হায়রকপা অদুদা ঐখোয় মরি পুম্না রেডিও অদুদা চপ মান্নবা য়েংশিল্লি। অঙংবা মখোল অদু অস্থম হৌরক, অস্থম হৌগৎ-লক, স্থম কনখৎলক— ব্রিং···ব্রিং·· হুই····হু ·· ই···· ; মমৈখংদ দি কা অদু কায়খ্রবোই নীংবা মখোলদা ফে কস। ঐ খংপ্রেক খংই। য়েংখিববু শংলি শংলি তৌবা মৈ অদু মুশিন মুবা মরিক মরিক পরেং জাৎ জাৎ অমা ওইনা তৌথোরক্লে। অতৈদি খঙদে ঐদি ঙকখিবনা ভাব অমা তৌরিডৈ চৈরক অদুদা কিবা অমস্থ

য়াওরক্লে। মতাং অতুদা অঙৌবী মৌ অদুনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রকই—"এ, এ কমনো হন্দক্কী রেডিও অসিদি টেলিভিজনগী শরুকস্ত য়াওরে ঈশৈ শকপা মী অত্তগী মকোয় অশাংবদু উরে তো তো য়েংউ।"

থাজরুই ঐস্ত। ঐগী রাখলগী শক্তি চৎখরে; মায়কৈ পূম্মম মমখ্রে। মখোয় অহুম করম্বা মতমদা চৎখিবগে ঐনা করম্বা মতাংদা থিন্দোকলুবগে ঐ খঙহৌদ্রে, ঐনা ভাব খঁরা খরা তারকপা মতমদা ঐগী রেডিওমা⋯উং⋯উং⋯গ্রে⋯গ্রে⋯হুইস্⋯হু-ইস বে ভুক ভুক....।

# রাঃ কুঃ সন্নাহল

## মৈদিংঙু গরীবনিৱাজ হাকথক্কা মণিপুরী সংস্কৃতিগী য়াওন।

খৃষ্টগী তরানিপালশুবা শতাব্দ হৌগৎলকপা মতাং অসি মণিপুরগী ইতিহাসতা অনৌবা যুগ অমা হৌরে। বাদশাহ ঔরঙ্গজেবনা খৃষ্টাব্দ ১৭০৭ তা শিখিবগা লোয়ন লোয়ননা মোগল সাম্রাজ্য কাংখোং চাইবা হৌরকপা মতাংনি। মতাং অসিদা মণিপুরগী রাজনীতিগী অঁতয়'দা মংলম্বা নোং হাইদোকখিদুনা শেংলক্লে। মতাং অসিদা মথৌনা মরিংজেল নৈবা অমসুং তৌবা ঙম্বা নিংথৌ অমা মণিপুরদা থোরক্লবা য়াদবা অদুগুম্বা মতাংনি। মতাং অসিদা খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ দা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবনা নোংগারবদা মজা ইবুংঙো গরীবনিৱাজনা ফম্বাল কাদুনা মণিপুরদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মৈদিংঙু গরীবনিৱাজ খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ দগী খৃষ্টাব্দ ১৭৪৮ ফাওবা চহী ৩৯ মণিপুরদা য়েক্লত্তিংখং লৈতনা খূংকন পাঙ্গন্না পাল্লমই। নিংথৌ অসিগী মিং পামহৈবস্ু কৌই, থোংনাং মম্বাম্বস্ু কৌই; গোপাল সিংহস্ু কৌই। মহাক্নুম্বা শা-লান্দা হৈশিংবা, থৌনা ফবা নিংথৌরেল মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মরক্তা অতাঙবনি। ঔৱা লৈবাক্তা লান্দাদুনা মৈতৈগী লানঙম ফিরাল থেৎখিবা, অরাং ব্রহ্মদেশকী চেগাইন কৌবা মফমদা লৈরিবা ঔৱাগী মমিং চৎলবা

কাউমুদো পেগোদাগী মমাঙ থোংজাওদা ঔৱা জয় তৌরমই হায়বা খূদম চারোন-শুরোন কয়া ফাওবা নীংশীংদুনা লৈহৌনবা থাঙ্‌না য়াল্দুনা থাঙকম থনম্বা নিংথৌরেল অদু মৈদিংঙু গরীব-নিৱাজ অসিনি। নিংথৌরেল অসিগী মথৌনাবু ইতিহ সকার গেইট সাহেবনা অসুক্কী মতিক থাগৎলমই মদুদি মহারাজ গরীব-নিৱাজগী লানগী ফিরাল অদু সুংশিৎনা হুমদোক্লমত্রবদি ব্রহ্মদেশ অপুম্বা অসি নিংথৌরেল অসিনা লৌশিনবা য়ানা লৈরম্বনি। অসি য়োনা থাগৎলমই। ঔৱাগা তথেলগা লৈবাক অনীনা লৌতুনদুনা মতম অমত্তদা মায়কৈ অনীদগী তকশিল্লক্কুনা লান্দা-রক্লবদা নোংশাগী লিংজেল চেনবা নিংথৌরেল অসিনা মায়োক য়াদুনা ঔৱা অমসুং তথেল তেঙ্গোল অনীমকপু মায়থীবা পীখি।

মহারাজ গরীবনিৱাজনা নিংথৌ ওইবদা রাষ্ট্রবিপ্লব অমা থোকহনখিবগুম্না মহাকথক্কা ধর্ম্মবিপ্লব অমসু থোকহনখি। নিংথৌরেন অসিগী ধর্ম্মগী বিপ্লব অসিনা মণিপুরনা ভারতবর্ষগী অতৈ অতৈ লমগা সংস্কৃতিগী মরী লৈনবগী লম্বী লাওনা ফাৎখি।

মপাইবুংঙো চরাইরোংবা সনা হাক্তক্কগী মণিপুরদা বৈষ্ণব, শৈব অমসুং শাক্ত ধর্ম্ম তোৎন য়াম্নমা চৎলকপা ধর্ম্ম অসি মহারাজ গরীবনিৱাজনা স্না লৈবাক কল্লকপা মতাং অসি ফাওবা চৎলমই। উমং লাইনচিংবা মৈতৈগী লাই অয়াম্বসু মতম কুইনা অদুম লাত্তুনা লাক্লি।

মহারাজ গরীবনিৱাজনা বিষ্ণু নীংলম্বগী প্রমাণদি "নিংথৌরোল" হায়বা লাইরিক অদুদা অসুম্না ইদুনা লৈ—"মৈতৈ নিংথৌ জয়

শ্রীগরীবনিবাজ মহারাজ শ্রীগোমতি মহারাণীদনা লৈপাকপু সেংহল্লকে হায়না বিষ্ণুগী অংশনা পোক্লকপা নিংথৌ অতুনা বৈষ্ণকী খুম্না উফুল অতুপু কোকথক্তা থোংনা য়াচরে।" মহাকথক্তা কালিকা অমস্তুং কৃষ্ণগী লাইশঙ শঙ্গাখি। মতাং অসি চৈথারোন কুম্বাবদা অস্তুম্না ইরি: "চোংথাম লৈশংগী কুম শক ১৬৩৮ লমদা থা ৭নি শগোলশেন্দা কালিকাগী কিয়োং (ফুরা) শঙ্গাইএ। পুথেম ইথাইগী কুম শক ১৬৪৪ থৱান থা ২২ নি য়ুমশাকৈশাদা কৃষ্ণগী কিয়োং (ফুরা) শঙ্গাইএ।"

মণিপুরদা তোংন য়াম্রনা চংলক্লিবা ধর্ম্ম ময়াম অসিগী মমুংদা বৈষ্ণব ধর্ম্মনা অস্তুম অস্তুম লাকশিল্লক্লুনা লৈবাক অসি তংথায় চল্লক্লে। অসিগুম্বা মতম অসিদা শ্রীহট্ট জিলাগী নরসিংহ-টিলাদগী শান্তদাস কৌবা রামান্দী ধর্ম্ম চংপা নিপা অমনা মহাক্কী চেলা ভগবানদাস, নারায়ণদাস অনীগা লোয়ননা মণিপুরদা ধর্ম্ম শন্দোকপা থুংলরে। গরীবনিবাজ নিংথৌনা শান্তদাসপু মহাপুরুষ অমা লাকপগী হৌনবা সেবা তৌদুনা থমথরে। হন্দক শান্তদাস মথন্তনা মণিপুরদা থোঙদারকপা অসিনা মণিপুরীশিংগী মরাইবক থীবা হায়গদ্রা মরাইবক ফবা হায়গদ্রা, মণিপুরদা ধর্ম্ম-বিপ্লব অমা থোকহনখি। শান্তদাস মথন্তনা মণিপুরদা থুংলবা মতাং অসি 'সনামহী লাইকন' কৌবা লাইরিক্তা অস্তুম্না ইরি— "তুবী চরাইরোংবা সনা হাক্তক্তা হিন্দু লমচং হাপ ক্ষেত্রি লীচং লেপকে নীংলস্বু থোইয়ুম নোংদম মতুং ইম্না নোংগাখিরে হায়দবরা? বিষ্ণু থয়াং মতানপোম তিনখরে। লিক্লাই মপারি

থোংনাং ময়াম্বা নিংথৌ সনা মহাকথক্তা বামোন গঙ্গাধর কৌবদা সাখ্য ধর্ম্ম লৌনা পোইরৈ সনা লৈবাক ঙাক্লবদা ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌনা ইনোংয়াই অসিদি লাইনিং মহৈ পাল্লরোই হায়বগী শ্রীহট্ট মপূংয়াইদগী শান্তদাস বৈরাগ্য অথোইববু কৌথোকলুইএ। ভগবানদাস, নারায়ণদাস অনীমক্তা ঙাইরোইনা পোইরৈ পুংদা ৱাইথুংলরে।"

'মিয়াৎ' হায়বা লৈতৈ পুরান অদুদা হায়রি—"অসিগী মতুংদা" শান্তিদাসনা নিংথৌ শেনবা য়াইরেকশঙদা লৈরে। নোংচুপ লমগী লম্বোইবা অমা য়াইরেকশঙদা থুংলরে হায়বা তারে। নিংথৌ শেনবনা নিংথৌদা হায়রৈএ—ননাই ঐখোয়গী শঙদা লম্বোইবা অমা থুংলরে হায়না নিংথৌদা হায়বদা মদু ওইরবদি ঐ চত্তুনা উনগে হায়না থোকলক্লে।" নিংথৌগা শান্তদাসগা উনখরে। শান্তদাস নিংথৌনা লুনা তৌদুনা মহাক্কী চেলা অনীগা লোয়নননা মুঙাইনা লৈরক্লে। শান্তদাসনা মহাক্কী রামান্দি ধর্ম্ম অদু শন্দোক্লবা হোৎনবদা লৈবাক প্রজানা বৈষ্ণব ধম্মদা থরায় লুপখিবা মতৌ অদু উবদা তরাই তরাইনা হেক ঙমখিদে।

শান্তদাস হনবা লৈতে, মহাক্কী হোৎনবা লেপ্পা লৈতে। মৈদিংঙু গরীবনিৱাজগী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা অচেৎপা ভক্তি উবদা শান্তদাসগী থবক মওং অমা হোংখরে—মহাক্তা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু থাগৎ থাগৎলগা নিংথৌরেল গরীবনিৱাজবু রামান্দি ধর্ম্মদা দীক্ষা পীনবা হোৎনরক্লে। মতাং অসি 'সনামহী লাইকনদা' অস্তুম্না ইরি— "হে মণিপুর লৈমাবা গরীবনিৱাজ মহারাজ ও, তুবী নঙনা চৎলিবা

গৌরিয়া ধর্ম্ম অথোইবগী ভক্তি রতন অচিকপা অসিদি মোমস্নু মুজা শকহেনবীনে। নমু মীগী লনবু থোড়ু মুংদ্রুম ওইনা নীংবা মোমস্নু চেংলৌ শকোাই হেনবীশিংবু পনেম মমা পোকমাবীগুম উরবা পামেল উগুম থাংহৈবা, মালেম লৈময়োনগুম ময়ারবা, নমু মীপুম খুদিংবু থরাক্ত অমতা ওইনা থোজাল তাইহেল নাইদনা চেংলৌ মীশক য়েংদররবা অসিশিংগী লমচৎ কৌনশানে। গৌরিয়া লাইমরু রসরাজ মুর্ত্তি শংশংবা যুগলব্রহ্ম চংথোনবগী গৌরিয়া লাইরমলেন অসিদি পোইরৈ মী অয়াম্বনা তৌঙমলোই। মহারাজগুম্বা লাইবক ফবা ইন্দ্রি পুক্লিং করু- মিৎয়েং চোইদা য়ামদররবা, কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ মরম মরিবু শমু হক্তা পক্তরিবশিংনা লমচৎ মতীক ওকনা তৌঙময়ে। কেত্রি লমচৎ হৌনশা পোইরৈ লৈবাক ঙাকনবদি সনা অযোধ্যা মপুরেল শ্রীরামচন্দ্র লাইমিংথৌগী অচেৎপবু তৌরবগুম চৎঙমডৈনে হায়না নীংথয়ে।"

অস্নুম হায়রবা শান্তদাসকী মরা তাবদা মৈদিংগু গরীবনিবাজগী সনা পুক্লীং ওনখ্রে। 'মিয়াৎ'তা শান্তদাসনা নাম পীগে হায়বা মতাংদা নিংথৌনা খুমখিবা অমসুং লৈবাক্কী অঙম্বশিংনা তাম্নভুনা নাম লৌবা য়ানখিবা অদু অস্নম্না ইরি, "নিংথৌনা খুমএ - হে লম্বোইবা ঐগী লৈবাকী মন্ত্রী লৈরিএ। ঐবু ঙম্বা অঙম্বা লৈরিএ। রা তাম্নখিগে হায়দুনা কোক্লুংদা চংখ্রে। লৈবাক মীয়াম তিয়ে। নিংথৌনা লৈবাক্কী অঙম্বদা হায়এ— নোংচুপ লমগী লম্বোইবা অমা লাকলে, নাম

পিগে হায়রে। নংনা নংনা নিংবা হায়রো হায়রবদা লৈবাক্তা খুমএ— হে নিংথৌ-ও ঐথোয়দি করি খঙবা? নিংথৌনা খল্লগা অসুম তৌসে হায়বা মতুং ইন্না তৌসে হায়না লৈবাকনা খুমএ। অদু ওইরবদি মানা পিরসুনো য়ারসে হায়না তাম্নরে।" লৈবাক্তা য়ারদুনা গরীবনিৱাজ শকাব্দ ১৬৬১ ইঙা থাগী ৫নি পানবদা রামান্দী ধর্ম্মগী তারক মন্ত্রদা দীক্ষা তৌরে। গরীবনিৱাজনা মবাই হাওবমগী অকোংদা লৈবাক মীয়াম মমাঙদা মহারাজনা খুবাক লোংনা য়ারে অদুগা চক্র কন্দলি কৌবা ব্রাহ্মন অদুনা বেদ মন্ত্র শোন্দুনা আহুতি থী হৈরিহৈদা নিংথৌরেল অসিনা নো·খিল চাইবী অমসুং পীতাম্বর সিংহ ভুবী চরাইরোংবগী মচানিপা ঐদি শ্রীরামচন্দ্রবু নত্তনা অতোপ্পা লাই অতৈ অমা নীংলরোই, চীংঙ্ রাম নামুংববু মিৎয়েং থুকম হোংদনা নীংজরগে, হায়না রাশকখি। মতাং অসি 'সনামহী লাইকন' কৌবা মৈতৈ পুরানদা অসুম্না ইরি—"লাইরেন মৈদিংঙ্না পাইরোরেম অকোং হাওবমচা-ও পোইরৈ পুন্না মাঙলে, রাংঙম পুন্না তিন্না রাশকসে হায়খিয়ে। পোইরৈ পুন্না তিন্নে। লাইরেন মৈদিংঙ্না খুৎপাক লোংনা য়া, চক্রকন্দলি কৌবনা বেদ মন্ত্র শোন, আহুতি থী হৈরিহৈদা লাইরেন মৈদিংঙ্দি য়াওবা খোজেল রাংনা ঐনে ঐনে নোংখিল চাইবী মপারী শ্রীপীতাম্বর সিংহ ভুবী চরাই-রোংবা মপারী হীরাচিংবা থাঙগুম্বদি ঐনে। খোইরম অয়াম্বদি নিংলরোই, চীংঙ্রাম নামুংববু মিৎয়েং থুকম হোংদনা নীংজরগে হায়না রাশকখিয়ে।"

মৈদিংঙু গৰীবনিৱাজনা ৱামান্দী ধৰ্ম্মদা দীক্ষা তৌৰবদা শান্তদাসনা মৈতৈগী লাই পুম্নমক শ্রীৱামচন্দ্ৰদা লোইনা ভিনবনি হায়না ভাকপীখি। মতুমক 'সনামহি লাইকন' কৌবা লাইৱিকা অস্নম্না ইৱি—"নোংথিল চাইবী মপাৱী গৰীবনিৱাজ নিংথৌৱেন্দা পাওমেনখিৱে— সনা মপুৱেন ৱঘু উত্তম থোইথোইবা অদুদি খোইয়ুম লেংনা মালেম শেম্বা মাঙহনবা পুম্নমক চীংঙু সনা মহকশাংদা ভিনবা লাইমৰুনে। খমলাং নখোয়গী পাপললাই ইৱেং নখোয়গী পুপাললাই খিবিক্তি ৱামপ্রভু মহকশাংদা ভিনখিৱো পাওমেল্লময়ে।"

ৱামান্দী ধৰ্ম্ম লৌবা মতম খৰগী মনুংদা মৈদিংঙু গৰীবনীৱাজ অসি গুৰু শান্তদাসকী খুদোম্বীদা লৈদুনা পুখ্রে। গুৰু অসিনা হায়বা অয়াম্বা নিংথৌনা ইনখ্রে।

খৃষ্টগী তৱানিপালশুবা শতাব্দীদা মণিপুৱদা ৱামান্দী ধৰ্ম্ম চৎলম্বগী খুদম— হৌভিক ফাওবা ৱাংখৈ লৈকায়দা নিংথেম পুখ্রী ময়াদা লৈৱিবা ৱামজী প্রভু অমসুং মহাবলী উমংদা লৈৱিবা হনুমান ঠাকুৱ লাৎলিবা অসিনা মসিগী লেঙবা য়াত্রবা সাক্ষীনি।

নিংথৌ লাইবক য়ুমদিম্নবা হায়বদু ওইখ্রে। শান্তদাসনা হায়বা মতুং ইন্না মৈতৈ লৈবাক্তা মতম কুইনা লাত্তুনা লাক্লিবা উমং লাই অয়াম্বা নীংলৱোই হায়দুনা উমং লাইগী খুবম মাঙহনবা হৌৱকলে। শকাব্দ ১৭৬২ ইঙা থাদা মৈতৈ লৈবাক্কী উমংলাই মথৈ থোমগত্তুনা মোংবহনবা উমং (মহাবলী উমং) গী হৈবোং শিদবগী মখোঙদা লোইনা কুমজিনখি। মতৌ অস্নম্না

মৈতৈনা হান্না নীংলম্বা লাইশিং অসি নীংলরোই হায়দুনা মণি-পুরগী মচি মচিদা লৈবা উমংলাইগী কোমায় অমদি কোলু মখৈ পুখত্তুনা মহাবলী উমংদা কোম তৌদুনা ফুমজিল্লগা যজ্ঞ তৌখি। চহী অসিগী ইঙেন থা ২০ নি পানবা নিংথৌকাবা মুমিত্তা পাম্হৌইবী, সনামহী, সরারেন, হোইদোন পোকপীনচিংবা লাই তরেৎ অমসু থুগাইখি।

মসিনসু লোইদ্রি। শান্তদাসনা মৈতৈ ময়েক্তা ইবা মৈতৈগী লাইরিক মখৈ খোমগৎতুনা মৈ থাদোক্লবা খৌরাং তৌরক্লে। গুরু অসিনা নিংথৌদা হায়জিল্লে, "মৈতৈ ময়েক্তি লাইগী ময়েক্লি, মৈতৈ ময়েক্লা ইবা লাইরিক্তি মীগী লাইরিক নত্তে। অদুনা মৈদা লোইনা থাদোকসি।" নিংথৌনা লৈবাক্তা খন্নরে। গুরু লোরেম্বা খোংনাংথাবনা মৈতৈ লৈবাক্কী লাইরিক মখৈবু মৈদা লোইনা থাদোকপা হায়বা ব্রাফম অসি য়ানীংদে হায়না নিংথৌদা হঙ্গৎখি। নিংথৌনা গুরু লোরেম্বা খোংনাং-থাবনা হঙ্গৎপা লৌখিদ্রে, শান্তদাসনা হায়বা অদুনা অফবনি হায়না খনগ্রে। নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না মৈতৈগী অরৈ অরৈবা লাইরিক মখৈ কংলা উত্রা মমাঙদা পৈররো হায়না শামু তোংঙনা কৈথেল পাউ চেল্লে। কনাগুম্বনা লোন্না করি-গুম্বা লাইরিক থমহৌবা লৈরবদি মতিক চাবা দণ্ড ফংগনি হায়না লাউথোক্লমই। নিংথৌগী য়াথং কিবনা মৈতৈ ময়েক্তা ইবা লাইরিক অয়াম্বা কংলা উত্রা মমাঙদা পৈররে। মতম অসিদা গুরু লোরেম্বা খোংনাংথাবা সনা কোপুং কাররক্লে অমসুং-

মবুখৌ নিংথৌরোল কয়াগী সনা হাকথক্তা তৌনরক্তবা পুরান মৈথাবা হায়বা অসি তৌহৈদবা থবক্নি, লৈবাক্কী নিংথৌগী অরাবা ওইগনি হায়না নিংথৌদা হঙ্গৎখি। গুরু শান্তদাসনা হায়বা হান্না য়াথোকখরে হায়না সনা য়াথং তাক্লবদা অফ-কন্তা পুন্নমক নিংথৌগী শরুক্নি হায়রন্নগা গুরু খোংনাংথাবা হনখ্রে।

কংলা উত্রা মমাঙদা পুখত্তুনা পৈরিবা লাইরিকশিং অসি চাম কুন্নিথোইনি হায়না মিয়াৎ কৌবা পুরানদা ইরি। লাইরিকশিং অসিগী মনুংদা তাউরোইনাই য়াঙবী, পাখংবা য়াঙবী, পাখংবা নাউয়োম, সনামহী নাউয়োম অসিনচিংবা অসিনা অথোইবনি।

অঙম্বশিংনা থৌগল তৌদুনা নিংথৌ লেঙথোরক্লে। শান্তদাস থোরক্লে। মহাক্না তাকপা মতুং ইন্না লাইরিক ময়াম অদু খাগা ব্রাংগা পৈরে উচুক তরাক য়ুংলে; শীংথাং তরেৎ হাপলে থোরী অহুম্না মথক্তা ফারে, চীথেক মরিদা উচিরা মরি য়ুংলে, মথক্তা ফিনা থাকল খল্লে, চফু অমদা ঈশিং হাপলে। শান্তদাসনা মথুত্তা থাঙ অমগা মৈবুন অমগা পায়রগা মাঙ থানা নিংথৌ অমসুং লৈবাক মীয়াম য়াওনা তরেৎলক হন্না কোয়রগা চিথেক মরিমক্কী উচুক অদু থাঙনা হক্লমই। ঈশিং খর খরসু হৈরমই অমসুং লাইরিক্তা মৈ চুরমই। মতৌ অসুম্না মৈতৈ লাইরিক মৈ থাখি। মসিবু 'পুরান মৈথাবা' হায়না খঙনৈ। লাইরিক মৈ থাবদা ভৌবা অদুগুম্না অশিবা মীগী পোৎলোইবদসু অদুগুম্না তৌগদবনি হায়না শান্তদাসনা নিংথৌ অমসুং লৈবাক প্রজাশিংদা হায়খি।

মৈতৈ লাইরিক মৈ থাখিবা খৃষ্টগী তরানিপালশুবা শতাব্দীগী অহানবা তংখায় অসি মণিপুরী সাহিত্যগী লাইবক থীবা অমসুং অরাবা মতমনি। অদুবু মৈ থাক্লে হায়রিবা লাইরিকশিং অসিগী খোঙ্গুল পুংমুৎ মুৎথিবদি নত্তে। মৈ থাহৌদবা লোৎশিন্দুনা থমহৌবা লাইরিকশিংগা, মৈ থাদোকখ্রিবা লাইরিকশিং অসিগা মমিং মায়বা লাইরিক কয়া হৌজিক ফাওবা লৈনরি।

নিংথৌরেল গরীবনিরাজনা পায়স্বদি মৈতৈ ময়েক্তা ইবা মৈতৈগী লাইরিকী মহুত্তা সংস্কৃত অমসুং বাংলা লোন্দা ইবা লাইরিক চৎনহনবনি। নিংথৌরেল অসিনা রামান্দী ধর্ম্ম চৎখিবদগী সংস্কৃত অমসুং বাংলা লোন্দা ইবা লাইরিক কয়া কয়া মৈতৈরোন্দা হন্দোকখি। সনা হাকথক অসিদা ফাওখিবা পণ্ডিতশিংগী মনুংদা অঙোম গোপী, লাইশ্রম অরোই, য়ুম্নাম অতিবার, সুঙ্গাংবম গোবিন্দ রাম মখোয়গী মমিংশিং পনবা য়াই। অঙোম গোপীনা কৃত্তিবাসকী রামায়ণ অমসুং গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতকী মতাং কয়া কয়া মৈতৈরোন্দা হন্দোকখি। লাইশ্রম, অরোই অমসুং য়ুম্নাম অতিবার পণ্ডিত অনীনা 'শমসোক ঙম্বা' হায়বা লাইরিক অদু ইরমই। সুঙ্গাংবম গোবিন্দরাম পণ্ডিতনা 'তখেল ঙম্বা' হায়বা লাইরিক অদু ইরমই। লাইরিক অনী অসিমক নিংথৌরেল গরীবনিরাজনা ঔবা লান্দাদুনা শমশোক ঙম্বা অমসুং তখেল লাম্থেংনদুনা তখেল ঙম্নকপা মতাং অসি লৌদুনা ইরম্বনি।

মৈতৈ নিংথৌবু 'লাইয়িংথৌ' কৌনরম্বা অদু, নিংথৌরেল অসিগী সনা হাকথক্তগীদি 'মহারাজ' হায়না শকাব্দ ১৬৪৩ তগী কৌনবা হৌখি।

মহারাজ গরীবনিৱাজ সনা হাকথক অমি মণিপুরদা তান্ত্রিক যুগকী য়াম্না চাওখৎপা মতমনি। মতম অসিদা কামরুপ তন্ত্র, মন্ত্রগী লৈবাক্লি হায়না ভারত্তা মমিং চৎলমই। কামরুপ বিদ্যা অসি য়ুমলোন্নবা লৈবাক মণিপুরদস্থ চাওখৎলম্বগী খুদম ৱাত্তনা লৈ। গুরু খোংনাংথাবগা গুরু শান্তদাসগা মহৈ তাম্নবগী ৱারী মতাং অমা 'মিয়াৎ' কৌবা পুরান্দা অস্থুন্না ইরি "খোংনাংথাবনা হায়—নিংথৌগী হীয়াং অচৌবা অসিবু ইপুক্তা য়োৎলগে। নিংথৌগী মমাংদা, লৈপাক্কী মমাংদা হীয়াং অদু ময়াদা য়োৎগ্রে। অদুগী মতুংদা শান্তিদাসনা নংনা অদুম তৌরবদি ঐস্থ অমা তৌগে হায়দুনা হঙ্গাম মরু উতোং অমা হৈদোক্লগা মানা খুন্থ ওইদুনা খুল্লে। খোংনাংথাবনা মদু উরবদা হৌদোং ওইদুনা লাক্কে তৌরে। শান্তদাসনা কিদুনা তোক্লে।" অসিগুম্বা মহৈ তাম্নবগী থবক অসি কামরুপতা য়াম্না চৎনরমই। বাদশাহ ঔরঙ্গজেবনা আসাম লান্দানবা মহাক্কী সেনাপতি মিরজুমলাবু কামরুপতা থারমদাইদা হায়খি— "কামরুপ হায়বা লৈবাক অদু মরেং যুম্না লৈবনি, মীবু য়োং ওলহনবা ঙম্বনি, চোকশিল্লবা গুরু শান্তদাসনা খুন্থ ওনবা, গুরু খোংনাংথাবনা হৌদোং ওন্দুনা তাম্নবা করি ঙক্লিং[illegible] লৈ ?"

# মোংজনা ফোরক্লমগী লাইরিকশিং

১। ছন্দ মীপা —রাঃ কুঃ সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ লুঃ ১২·০০

২। মতম শৈরেং - সম্পাদক, চোংথাম মণিহার সিংহ লুঃ ২·০০

৩। শৈরেং অথমবা— ,, অশাংবম মীনকেতন সিংহ লুঃ ৪·০

৪। ম্যারেংগী শক্লোন— ,, চোংথাম মণিহার সিংহ লুঃ ৪·৫০

৫। মণিপুরী লীলা মচা (প্রেসতা)

৬। মণিপুরী ময়াই মচা (প্রেসতা)

ফংফম—

দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর

বি, টি, রোড ইম্ফাল।